কয়াদ মতিক চাবা পাউতাক লৌজরিবা ঐগী ওঝা শ্রীকলবা শ্রীমাইবম হরিচরন সিংহ, ইকাইখুম্নকম ওইরবা ওঝা অনিদা পাহঞ্জরকই। অতুবু ওঝা অনিমক্না ঐবু থীনা চৈবিরকই। অসগুম্বা লাইরিকপু হৌজকী মণিপুরদা করম্ না কোংগদৌরিবনো হায়না॥ ঐ মপাম্বোংদদ নোকতি মোকচৈ নোকক্কেৎ নোকক্কেৎ অতুগা থাম্মাইগুংদদি মীপায়খৈ—চংখ্রিবা শেক্ষয়মসি মাংলগদ্রা—? য়াম্লনক চত্রবগ্ন ঐঙোন্দদি য়াম্মনখিবনা—॥

অহানবা ওঝানা ঐঙোন্দা তাকপিরকই—"অসগুম্বা রারৌশিগী নমূনাদা পুক্কিংতু য়াম্না লুপশিনলুগনু। লুপশনলুরবদি মীপুম খুদিংমকসে নংগী নংমত্তা কত্তবা পাপী ওইনা উরক্কন।" অচুম্ববনি, সংসার অসি মশক য়ুম্না য়েংশিল্লুরবদি পাপকি কুয়াম অনা। য়েংমশিন্দুনা লৈরম্ব, য়াই। মসি খিজিল্লুহু—নৌন। নিংবা কাইগনী হায়বগী রাকমনি। ওঝাগী পাউতাকসিন্তু লৌখ্রে। অনিশুবা ওঝানা অমুক ঐঙোন্দা লুরবা রাহং অমা হংবিরকই—"অস্তুক নিক নিক লাউরব চাংয়ে বদা লুরবা হৌজকী নহারোল সমাজসিদা করম্না নংনা লাইরিকসিবু পুথোক্কনা চাং য়েংগদৌরিবনো? নংহাক অকিবা পোক্ত্রা তাইওরবা লম্বী অমদা চৎখ্রবদ কমদৌনী?" ওন্থোক্না লুখ্রবা রাহংনি। ঐগুম্বা খোপ মচা অমনা পাউখুম পিজবা শুমখিদে খুদক্তা! থম্মোইমুংদদি তিং-তিং কাউই—'লাইরিক'সবু কোংলরোইদরা?' ঐগা শামান লেংমান্নবা মরুপ-মপিজা কয়াদি ওন্থোক্না থাগৎপিরকই। নৌরিবা খোপশিংদদি রারৌশি চুশিন্নরুমাল্লে। অরোইবদা ঐনা ইতোমত্তগী পংলবা লোজৌক অমা পুথোকচরে মতুদি জগৎ অসিগী লৈরোনখাদ লৈরিবা থরাইদগী মন্নাওইবা পোৎশক Sex কি মরিক চুমলবা অর্থনা থম্নবা রারৌ কয়াসি পুথোকপা য়াবা মওংদা শেমদোক্লগা সমাজসিদা পুথোক্লবদি মতু মনিং মথা তম্বা সাহিত্য ওইবা য়াই—।

ওস্লোক্লা পংগ্রবা idea নী। অহুম ওইনমক য়াখল অসিমতনা ঐহাক ঙসি লাইরিক অসি পুথোকচবা ঙমজরি। ঐগী কাহেনবু ঙাকপিগনি।

ঐগী মরূপ মধুচন্দ্র সিংহনা লাইরিক অসিগী মথুমগী নমূনা ওস্লোক্লা কজবা মওংদ অ-িরক ভোবিরকই। অহুবু লাইবক থিবদি কোংগনি হায়না লেপ্লরুবা মতমগা য়োকতু মপান মীরমদা শাবগী মতমহুগ চায়'খদহুনা পুথোকচরে। অহুবু মরূপকী মতম মাংনা য়াবিথিবগী লমনদি পুস্তিগী কাউজ.রাই। অকোনবদা ঐগী মরূপ শ্রীমাইবম দেবেন সিংহনা ইরাই লাইনা মকম অসিরাইদা শাবা য়াবা নমুনা অমা য়েকপিরকতুনা লাইরিক অসিগী মথুম ওইজরি। মরূপকি মকমদসু লম্মন তোপ্লে।

লাইরিক অসিগী অচৌবা অশোইবা অমনা বনানগী চাংচং অসিনি। ঐনা অনৌবা কলম পাইরুবনরা বনান :অসি কয়া মায়বা ঙমজখিরে। মসিগীদমকসু ঙাকপিগনি।

অয়োইবদা লাইরিক অসি মৈতৈ সমাজগী লেমছোরিবী নৌন মশাবী কাইনরবী মরাইবক থিরবী লৈকং থম্বালশিংদা খুদোল ভৌজরি।

লৌস্নিগনী ॥

মরামগী—

লাইরিক লেংবা।

---

## লাইরিক অসি পাকুবদা—

মীওইবগী পুক্নিংগী রাখল 'চম্বাস্থে'ংনা ফোংদোক্লবস্থ কুপ্লবা কলমগী মচিন্দগী তারকপা অমুবা কা'লনস্থ মনিংতম্না ফোংদোকপা উমই। হৈশিংলবা চিত্রকারশিংগী টুলি অমস্নুং লেখকশিংগী কলম অমনা অমবু করিস্থ হেন্নবা নত্তে। তোঙান তোঙানবা রাখলগী মখা পোনবনি। মরুপ্প শ্রীজয়কুমারনা লোৎতুনা থম্লম্বা কল্পনাগী ইথক ইপোম অদু ঙসিদি মঙক্লাওনরে 'লৈকং থম্বাল' ওইন।

হোৎনগীনা লোম্বা ফাওবা পাক্ববদা লাইরিক অসিদা লেখক্না পুন্নিবা আদর্শ অসি তোপ-তে প্পা মওং অমা ওইনা উবগুম তোই। বিশ্ব হিন্দু সমাজ অসিগী মন্থুংদা চৎনব'না নৌ'জরিবা চুপী কয়াগী পুন্সিবু অরেম্বদা মাঙহনবা—চুপী ওইবাশিংন মশাগী স্বত্বি অদু ঙাকচনবা ফনা য়াম্না কম্না হোৎনজরবস্থ সমাজগী য়েক্নবা মীওই অচাওরম কারবা, শেঙাও পারবা, চনাকখুনবা ওক্ত্রবা খুপা কয়ানা মখোয়গী লোনমগী মখাদ' চুপী'শংগী পুন্সিবু মাঙহল্লি। অসিগুম্বা মীওইবগী সমাজ অসিদা মপাম্থোংদদি অকবা থবক্তা মীংদা মন্থুংদনা কন্নবা থবক কয়া তোঙনা ধর্মগী কিজেৎ শেৎচিন্নগা পাপকী থবক্লা মপুং ওইহনা মরাইবক থিরবা মীওহ কয়াগী খোংথাং খুদিংদা থুনো'খিবা ওইহ'ন্ন। অস্নুম লেখকনা হোৎনজরিবদি, অসিগুম্বা লূরবা সমাজগী মন্থুদ মকম থগুদন ম'ন্নবা অমুবা লৈচিলগী মচৈ অদুবু ময়ামগী মশাঙদা পুপোক্লনা উৎপনি অদু নত্তনা চুমত্তা অগ্রোমদা ইচম চম্না য়েংলগস্থ অচিকপদা চুপা-চুপী অনিতগী ওইবা সংসারগী অরা মুংঙাই অদুবু মরেক শংনা লেখকী হৈশিংলবা কলমনা নিংথিরবা রাহৈনা ফো'দোকপা উবা ফংই অমস্নুং অপাবা মীগী পুক্নিংগী ইথক হোৎহল্লি। থাগৎনিংঙাইবা! মহায়োল অমা ওইনা চুংগী আশা কয়া লৈজরি॥

ইম্ফাল, তাং ২।৩।৬৮ ইং
লমদা ৫ লি পানবা থাংজ চুমিৎ

শ্রীএল. শরতচন্দ্র শর্ম্মা
কৈশামপাৎ, ইম্ফাল।

---

## লাইরিক অসি পাকপা—

ইম্ফাল

তাং ৩ | ২ | ৬৮ ইং

"সাহিত্য" না মীওইবা সমাজগী মরেক্ শেংলবা মিংশেলনি। তারিবা মমিংশিং অহুম্, লেখকী রাখমা সমাজগী দরকারদা চিং-শিনলক্তুনা মীওইবগী চৎনরোলদা খরদং ওইরবস্ মরেক্ মাইহনবা তমগত্র' হায়বগী আশাদ কুপ্না রানা হোৎনজরগা পুথোরকপনি। মসিগী কিদমদা, তসিস্ নহারেল লেঙ্গারক্তগী মরূপ জয়কুমার না সাহিত্য লৈচল, "লৈকং-থম্বাল" অনৌবা শকওংগী রারি, অসি পুথোককপিরকপা. কোঙদোকক্রম খউদনা হরাওরে। অয়োবা থাকী হয়াওবদা, নহারোল সাহিত্য কল্পনা মরেক শেংন ওাল্লক্লি—"লৈকং থম্বাল" না সাক্কিনি। 'লৈকং-থম্বাল' গী রাহৈ, নৌরিবা উপালগী কজনা মুলব উহৈনি। কমারক হয়া পাকরবদা, রারিসিগী মপুংদা চেপ্লবা কিদম, এপ্রপরিতেটকী মতেংনা 'খানা থুম্বনি' কোঙদোকচরি। মতাং চাবা তাঙ্গাদা. নোংপোক্ নোংচুপকি চৎনরোলমা, কয়া য়েৎশিন্নরক্তুনা. লম্মুক্তরবা মতমসিদা 'লৈকং থম্বাল' দরকারগী মথুংইন্না', মরেক্ লারবা কিদম্নি। মরুওইনা, অচথা রাহৈদা, সমাজগী 'দায়েরী', শেলগী লাইবক্, মুপীওইবিশিংগী দশা, অমা সুংঙাই পিকখনবা. লুখ্রাশিংদা চন্দন সংজবু খোশা-রক্তবমা মপুং ওইখবা রারিনি। অসিগ মুপী ওইবীশিংগী দশা, খোঙকম থুদিদা তিংথ—খোঙথাং থন তমদবা য়াদে—মীৎকম মকম চানা। অসিগুম্বা সমাজগী অরোনবা লোনচৎ, লৈরোনখাগী ঈচেল, কোংনা পুথোকশিরক্তুনা পাঠকশিংদা মংকাওহনবিরকপা, হোৎনজমনগী উহৈ কংলে লোজগে। ভুংদম্ব আশা কয়া লৈরি। লেখকী সাহিত্য খোংচৎ মঙ্গল ওইগনি খল্লি। মীওইব সমাজগী সাহিত্য নোংম-নোংমগী চাওখৎলকহুনা ঈশ্বরনা মঙাল পীবিগনি।

এম. ইবোহল সিংহ

জেনেরেল সেক্রেটরী.

অল মণিপুর ষ্টুডেন্টস ইউনিয়ন, ইম্ফাল।

---

জয়কুমারগী "লৈকং-থম্বাল" পাকথদা পুথি অসি থাজবা মহাউ অমা তংহল্লি। অসি অইব্রিবা হুংঙাইবা থিবগী মপোকনে—অমাথু থিবনী হায়দুগী পাড়া অমা লাইব্রিক অসিনা থরদ'ঙা ওইরবসু তাক্লবা য়াই। নোমা মশাবী শেংনবী লুপ্রাবী অমগী পুথি ইতিহাসতা সমাজসিদা থোংনখিবা কৈশালশিংগী সিচংদুগী অর্থনা থম্লবা ইত্তোপ তোম্প মথংগী লাইরিকসি হায়বা য়াই। তুংদসু অমুক আশা তৈজব্রি।

চহাকী—
অশ্বিনীকুমার শর্ম্মা

---

*Dear Joy !*

Hearty appreciation for your literary production "LEIKANG THAMBAL" in which you not only show a clear picture of present-day-society's treatment with the poor & helpless widows in particular and females in general but also make an indirect fervent appeal to us—members of this materialistic society to remove this bloody evil. Of course, this Novel is not a threat to the spirituality and morality of mankind. It is rather a real image of to-day's society.

I wish you success in future efforts.

Thank you.

Imphal
Dated 3. 3. 68

S. Mangi Singh
Singjamei.

---

# অহানবা লমাঙ্ক

# "লৈকং-থম্বাল"

## থারো হৌদ্রিবৈঙগী মমাংদা :—

ইয়াইনা থম্বাল শাংলি। থম্বাল লৈরাং কজবা মশাক তাক্লবা, কজবগী পূজারিশিংগী মিৎয়েংগী অর্থ কোংদোক্লকমনি। কজবনা মরম ওইহনা পুল্লিসে থাংউওক্লা মাঙখিবসু কোজাইনি। কজবসু পাটয়, কজবনু কলক্লে—কজবকুবু খিলিংই, থমোয় থুদিংমক্লা। মতাং অসিদনী কজবনা মাঙলিবা—কজবনা কেল্লিবা। অদুবু খিরিবা কজবচু করিনো হংলুবা তারবদি মতুগী মতিক চাবা পাউথুম কনানসু পিবা গুমদে। হায়দি হায়রৈ, ইয়াইদা শাংলিবা থম্বালসে কচখেৎদা —করম্মা হেকলুগনি—ইপাক মরকসিদা, চাংজৌরকসিবা। মসিনি থরিবা, মসিনি লৈনরিবা— ।

ইপাক্কয়াইদা শাংপা থম্বালশিংদি থরবু তাকথোক্লবা শক্তি লৈজরি। অদুগা থিথিগী পথার্প তুং-ইন্না লৈকংদা শাংপি থম্বাল-শিংগীদমক্তদি থুদোং খিলিংজাইগী মশক্তি। মহাকপু চুংশিনিবা লৈতে। কয়কপিবা তাক্তনি। ওসিগী লিথজরকদোরিবা থারী অসিন্থ লাইবক থীরবি লৈকং থম্বাল অমনীনি। য়েক্লবা চাজগী

মিৎয়েংখাদা হুমাং মরিক মরিক কাজবি, ফজবা শকয়া তমখিবা শয়ৌ ওইজরবি মহাক অতুগী শন্নথা পুন্সি রাম্বী চথত্রিত্তৈগী মমাংদা কাবক কাবক অয়াবা হায়বত্থু ম'সিনি, ফজবগী স্মৃতিনা মহাকপু নাক্তা থম্মদগী হেন্না আনন্দ কংই হায়বগী উদ্দেশ্যসিনি শানজন্নিবা।

নোংমা বসন্তগী অয়ুক অমদা মথল মথেলগী লৈরাংনা থল্লবা লৈকোল অমদা মুপা অমা চঙলকখি। বসন্ত না'মিবগী শউম ফুংইন্না মুংশিরবা লৈনম কয়া কয়ানা ইন্দ্রিশিংসে ফাওদোক্নুনা পাইথোকখিরম্মী। লৈরাংশিংগী ফজবা প্রকৃতিগী মচু মরাং কয়া অত্থু উবদা মুপা অতুগী থমোয়ত্থু ফজববু পান্বগী য়োংহিলংনা পুনশিনখি। মাংল লৈকা কয়া শাংলিবা ফজবগী কুরাংবায়া য়োন্নবা গুলাব লৈরাং অত্থু লৈথোক্নুগী হেক্তুনা মাগী শমজিদা থেংখি। লৈকোন্দুদগী থোক্লকপদদি হেক্কোরক্রবা গুলাব অতুগী ফজবত্থু মিৎ-মাংমক্তদা মাঙখি। নিংঙমদবগা লোয়ননা লৈরাং অত্থু মচেৎ মচেৎ শেগাইত্থুনা উফুল-অক্তা হুন্দোকপিখি। মতম অসিমক্তদা—মুপা অমত্থু লৈকোল অসিদা চঙলকখি। লৈকোলগী ফজবা, বসন্তগী নিংথিবা, থোইমু কয়া কয়ানা লৈকা লৈকাদা তোংবত্থু উরগা—লাপ্না ফমত্থুনা, ফজবা অতুগীদমক্তা পিরোয়নখি। ফজবগী স্মৃতিনা মহাক লৈকোলদগী মপাল থোক্লকখি। মাগী রাখলগী মিৎমাংদা ফজবনা কাতু-কারল চৎনখি—হয়াও য়োমোম নোকচখি।

রাম্বী লিগদোম্বিবী মুখিলানা রাহং অসি হংলকই—"মুপা অনী অসে ফজবগীদমক কনানা হেন্না মুৎওাইথিবগে—"?

রাহং অসিগা লোয়ননা মহাক্তী রাম্বী হৌথরকই অয়ুমা…

# "লৈকং থম্বাল"

( লুহোংবগী অহিংদা )

মারী হোৌরবদা :—

ঐগী লুহোংবগী মমাংদা ঐনা ঐগী ইপুরোইববু কয়ারক হয়না উখ্রে। মহাক ঐখোয়গা থুজং অমত্তদা লৈমিন্নে। ঐনা ঐগী লুহোংবগী মমাংদা ঐগী ইপুরোইবগা ঐগা কয়া তোংনে তিন্নরুনা থেংনখ্রগম্ম ঐহাক্না লুহোংবগী অহিংচুদি ঐহাকী ইকাইবা অমনি অকিবা অদুদি থিংবা ঙমখিদে। কনাগুম্বা মহাক ভারতবর্ষদা পোক্লবা নত্রগা অশগ্বদা হিন্দু অমা নত্রবদি লুহোংবগী অহিংদা কৈন্যানা কয়াগী মতিক ইকায়বদু থাংবগে হায়বদু থগুবা ঙম্মোই। মসি কন্যাদগী ইকায়বদম্মু নত্তে—বয়চুগীমুনি—মরমদি লুহোংবগী অহিংদা বর-কন্যা অনিমকী অচিকপা কাদা লৈমিন্নরিবৈগী মমাংদা লৈকায়গী অহল ওইরবা মোনহা, মোশরি, লৈশাবী—অমুবা কয়ানা ভাবতদা তু চুংলবা মাহৈ কয়ানা লংনবি। চুংগী পুম্নিদা, থগুরিবা উত্রিবা অনিচুবু থংননবা উননবা ভাক্রকপগদি লৌনা থোংনাজগদো-রিবশিংদু অফবা মচাক তানশিনবরা হায়ববু ইকায়বনা মরম ওইদুনা পাক্লবা লাইববকশিংদু হুমাং মরিক মরিক কানৈ, মতমদু থুনা হৌহন্নিংই। তৌইঙমমুং ঐনা নোক্লিংবদি কনা ইকায় থিংগনবা বর ওইরবম্মু মাগী কন্যাবু লুহোংবগী অহিংদা থুনা অচিকপগা

উনববদি হেক্তা হোৎনরকই। মসিনি ঐনা নোংক্লংলিবা। ঙসিইমথৈ মরাইবক্তা কাখিবা হুরাং মন্নিক্তগী অর্থ মচেৎ অমা কাওবা হন্নোকলমদে।

হুমিদাংগী পুং ১১ য়োম ভারম্লগনি। কৈরোয় লৈকয়গী অখং-অহৈ কয়াগী ইকায়বগী তেঙ্গৈ কয়াগী মমা নাম্বে'রক্লে। মভাংসিদা ঐহাকপু লুহোংবগী চিক্রবা কা অহুদা ইত্তোমত্ত নাইচেংগাম ভানা হন্নোকপিংয়ে দমজিংগী ভুংইন্না হুমিং অহুনা তোগদবা থবক কয়া লোইরবা মতুংদা ঐনা ঐগী কাদা চংলকপ মতমহুদদি ঙসিদা লুহোংবদা ঙায়রিবা ঐগী ইপুবোইবনা ঐহাক্কু খোরা না ভাইভুনা লৈরম্লে। পুম্নগী অহানবা ওইনা মতমহুদা ওংস্তাকপা দমথুং 'য়াওয়বা' যাখল অমা থুংলৈ। ঐগী অরুম্বা কিজোলনা অমদি ইকায়বনা মরম ওইরদুনা ঐনা কাহুদা চঙলকপগী খোংথা সে ওথোক্না লুথখ্রে। ঐহাক্ক কা অহুদা চঙদকপসিদ। ঐহক্কী ইশাসে অহুকী মতিক লে ওম শাওমখিদ্রে মহুদি কমুংগী কাগী চঙকমদা লৈরিবা থোঙগী পর্দা অহু নিকথিবনা থুৎ অসিনা হায়গৎপা ওমদে। ঐগী ইপুবোইবদি চৌকি অমগী মথক্তা নিংঙায়দনা ফমহুনা ঐঙোনতম্না য়াম্না থৌরাংবা মীৎয়েংনা য়েংদুনা লৈরি। মতমসিদা মহাকী থমোয়দুংদা কয়ি থল্লমগদবনো হায়বদুদি ঐ হায়বা ঙমদে। ঐহাকী তুকথরবা মিৎসুনা হায়কেং য়েংলুবা মতমদদি ঐহাক চিংনবা লৈতনা যাখলদে লেপ্পা ঙমজরে মহুদি মহাকি মিৎনা অনিহু অহুকী মতিক চয়াম্লবা নোংশা থাদগী মিৎয়েংনি, অমদি মহাকী চিনথান অহু মতুম কুইনা চয়াম-চঙৎনবক্লবা থৌগংনবা যাত্রিক অমা ওইনা অহুকী মতিক থৌরাংবা শক্তম উৎলি। অসিগুম্বা হুনথৎনকপগী থৌরাংবা বসন্ত ঋতুগী নিংথিবশিংগী অকুপ্পা অর্থ হু ঐহাকী পংলবা বুদ্ধিদা

লাম্বা ফংলুত্রগম্ম ঐহাকী মিৎলিনা মহাকী মিৎল্লা অনিতুগা হেক চানবা মতমতুদা মকম খংদনা হৈপোম অমনা ঐগী হকচাং;সে পুমকুপ কুপশিনখি। ঐহাকী হকচাংদা অসিগুম্বা অহোংবা লাকপা অসিনা মরম ওইরতুনা ঐহাক মুংঙোগী মুর্ত্তিগুম ইপুরোইবগী মাংদা লেপ্তুনা লৈবা তাখি। ঐহাকী মিপাইরবা শকফমসি উবদা খংহৌদনা; মানা খুনা য়াংনা হৌগৎলক্তুনা ঐগী খুদাং পায়রবে। মাংলমচক্তা ইমান্নবা জুপা কয়াগা ঙাইহাক লৈতনা খুৎকা খুৎকা পাইনবা কয়া য়াওশ্রে, অতুবু মিকুপ অসিদা তৌরিবা অসিগুম্বা ঐগী থম্মোয়দা অথুকপা পোকপা হায়বতুদি থোকখিত্রি। করিনো হায়বা খঙবা ঙমদে, করম্বা ঈশ্বরগী লিলানো ঙসি লুহোংবগী অহিংদা শাগদৌরিবা শাওংসে। ঐ লেপ্পা ঙমদে।

ঐগী ইপুরোইবনা ঐহাকপু খুদাং .পায়রতুনা চিংশিনলবপা মতমদা, ঐগী ইফমদা করম্বা খুমাং চাউশিল্লকপগে হায়বগী অশেংবা মরমতু খঙবা ঙমখিদে। লৈরাংতনা থল্লবা, লৈহাও লৈনম্মা, হারবা মুংশিবগী কুরাংবাম্না য়োমলবা কমুং অতু শ্রেক উরুবা মতমদা ঐহাকী ইন্দ্রিশিনা কাজিনবা ঙমত্রবা থম্মোয়াসনী নিক নিক লাউবা রাখল অমদি থুংলরে। মরম লৈতনা ঐনা অসিগুম্বা কমুংদা অকিবা অমা পোক্রুরে। মহাক্না মাগী নাকলদা ঐবু কমহল্লগা ঐগী নাপ অনীদা তপ্না লৈশিল্লক্তুনা খোইথুম্মরবা খোজেলনা মুংশি রাহৈ খরা পাউমেনখি। মতম-তুদা মহাকী মারেংগী অশেংবা অর্থ খঙবা ঙমদে মমমদি কমুংশিবু উরুবদা তথকখিবা থম্মোয় অতু হৌজিক কাওবা মকা লামত্রি। ঐহাকী শোম্বরবা থম্মোয়গী মিহুল অম্মি চিকুপসিদা মহাক্না খঙলহুনা ঐবু খৌগৎলিবা ওইনা ঐগী নাকোংদা কুনা তাখিন মতাগুম মানা লৌম্মা পাউমেল্লকই—"মুশিল্ল! নঙ, ঐগী মুকপা অকিবা লৈবরা? করিগীদমক্তনো-? ঙসিগীদি ঐহাকপু অদুম

নহাক্কীনি, নহাক অসে ঐহাক্কীনি। সেঃ কীরগনু নহাক্কী মুংশিরবা কোইরাউনরবা মিৎস্না অনৈমু ঐঙোন্দা অমুক্তং য়েংলকউসে— !" মহাক্কী খোইথুম্নরবা রাহে অসিগী মতিক চাবা পাউথুম অমু মহাক্না ঐগী হকমদগী ঙাইখিয়ে। থুনা য়াংনা ঐগী হকচাং, পাম্বোম খুদিংমক মহাক্কী থবাক্কা চিংশিল্লক্রে, অহম্নুং মহাক্কী ঙাংলৈনরবা চিনবাম অতুনা ঐহাক্কী ঊইশিল্লবা মিৎস্না অনিসিদা থম্লরে, অমুকমু মতম কুইনা কনা শোকখিনি মতাঙুম শংহুনা থমজরক্লবা ঐগী তবারবা চিনবান সদা অমুকমু নিংঙাইহনবা— ! কনানা খঙগনি ঐদি অমুক তম্নথিগনি, ঐগী পুক্নি খোংচত্তা ঙসিনা ঐহাক্কী অহানবা চাংবেংনি। ঐগী মিস্না অনী অমম চিনবায়া অহুগুবা অণাবা মৈরি অমু থেংনবতা নত্তুনা ঐহাক্কী হকচাংগী মকম খুদিংমক মৈরী অসিগী মৈশা কাওয়ক্রে জ্বালামুখিদগী পাথোরকপ। মৈরীতগী ঈচেল অমা ঐগী শিংজি অমদি তোংলকসিদা নাচুংবা লৈতনা কাওজিন্দুনা চেল্লরে। ঐহাক্কী ঙাকথোক্লবগী শক্তি ঈশ্বরনা মতমসিদা ঐগীদমক পিবিরমত্রে। লুম্লবা হকচাং অসিগী ঙাকলৌ, মাগী মতম কয়বা থবাক্কা তাক্লরে। মুংশাগী মৈশাগী কাহৎলবা নৌরিবা চন্দ্র- মুখিগুম ঐহাক্কী মিৎস্না অনী অসে অমুক পাংথোকপা ঙমদনা ঊইশিল্লে, ঐহাক্কী থবাক্কা ডাথু-থেংথুক্কে, ঐহাক্কী চিনবানসে তনিক তনিকলে, খোঙ অমদি থুংশাশিং অসি ঐগীদমক পিথো- রকপগী মথৌ খঙদনা তাশিন্দুনা লৈরে," অহেংনমক মিকুপ অসিদা ঐহাক শাদানবগী লাংদা থুরবী শর্জি অমোম অমুনি। মুংশি হৈতেদা বিধি! মুশীবু অমুক পাজল শোলহনবা! অহাক্কা মতমদমু নংগী তাম্নবা মীৎয়েং অমু ঙাইহাক্কমু য়েংবিদবা।

লুহোংবগী পুক্নিগী অহানবা লামায়নবা কাপথোকপা মৈরী হায়বমু ঙসিদি মশাং থঙলে। ঐগী মুপাগী থুবায়া শোকপদা

হয়াঙৈ তুজুংবা, মহাক্কী অশাবা মৈরৌগুম্নবা মকা কল্লবা চিনবান্দগী পাখোয়রকপা স্বর ; পুঙমত্রবা খাঙবদা রারবা-অতুগুম্বা উত্তমত্রবা হকচাং শরুক কয়া ফাওহনা চেল্লরিবা থিংবা য়াত্রবা ইচেল— পুম্নমক অসিবু মশক খঙলকপা মতমসিদদি, ঐহাক সুপী অমদি অমস্থুং ঐগাক্কী মতিক থোকপা হকচাং কয়াৎ লৈজরম্মী হায়রবু মিকুপসিদা খঙলক্লে। ঐগী মতম কুইনা লোত্তুনা থমজরক্লবা পোমশাংনবি থবাক্কী থম্বাল লৈরাং অনীসে মহাক্কী খুবাম্বা শোকপদা ইনথংলকপগী সুংশিবা' মনম্না হারবা হুংশাম্বর ফুয়না ফুয়না হোন্দুন, লৈনা অমমমতা ওইনা শাংকাররক্লে। ম্বেংলসুহু পেয়া। অমুক তাইওয়না খনলরোই।

কয়ারক হম্না মাগী চিনবানগা ঐগী চিনবানগা চিয়োক্লখিব ঐ নিংশিংকম থোক্তে। ঐনা নিংশিংবা হায়রবু ঐগী খাংঙনু-ত্রবা পিরোয়নবা খোঞ্জেল হেক হেক খাংঙমদনা লাওজবা খুদিংগী মহাক ঐগী চিনবানগী লৈহী চুপখিদবা তৌদে। ঐনা তত্তনা লাউজৈ—"খাদোক'পিরো ঐবু অসিগুম্বা সুংঙায়বত্তনা থামলবা অয়াবসিদা ঐবু কয়া কুয়না খাঙহনবিগদৌরিবনো ?" ঐগী হায়জবনা ঐগী কান্নবা ফংখিদে—চিনবানশিংসে লেংবা য়াদনা ফাজীনখি, মিৎ অনীসিত্ত অমুক্তা পাঙহনা লৈবা ঙমজদে। ঐহাক্কদি মহাক্কী মতাফররবা থবাক্তগী লাপথোকপা পাম্মী অহুবু ঐহাক্কা ঐগী হকচাং অসি মহাক্কী মতম্বাক্তা কুয়না য়াতাহনা লৈনিংই। থরায় হকচাং অসে অসোমদা লুপশিনদি। ইকায়বনদি হায়—'লাপথোকলো' থম্মোয়নদি য়াদে—'খাদোক্লু' কররম্বা লাক্লেংনো ? পল্লেপকম থংদে।

কয়াম কুইনা ঐহাক অহুগুম্বা অয়া-সুংঙাইগী তম্বাক্তুনা ওন্দুনা লৈখিবগে হায়বহু ঐ হায়বা ঙমজ্রে। ঐহাক্না লুহোংবগী কমুংদা য়াতাহনা লৈবা মতমগী য়ারৌদু ঐহাক লিশাং[illegible]

লিনিংবনি অহুবু করম্বা মওংদা লিগদগে হায়বদু ঐ লিকম থগুদে। মহাক্না ঐগী ইকমদা মসিগী তুংদা করম্বা থুমাং চাওশিল্লকপগে হায়বগী নিংশিংবদু ঐহাক ইথোকপা ওংদে। তৌইগুম্বস্তুং ঐহাক্না নিংশিংবা হায়ববু ঐহাক্কী হকচাংদা মতাং থগুদ্রবা মক্কম অমদা থোইদোক্না অনাবা অমা ফাওখি। অনাবা অসিনা মরম ওইদুনা এনা মাগী লেংবান অনীদু কন্না-কোনশিনখি। কয়াদা তমখিদ্রবা হুপাগী শাজংনো—অহুবু কয়াদা থোজাল হৈখ্রবা! অসিগুম্বা মীকুপ অসি, ঐগী তাইবং নত্তে, তৌইগুম্বস্তুং তুম্বস্তু নত্তে। মতাংসিদা ঐহাক্কী রাথল ঈপাক্তা মংলান কয়া কয়া কাত্তু কারল চৎলে—মসিনি তনৌ তনৌরবি য়ুমগী হুপী অমনা মপুরোইবগী পাম্বোমথাদা খুাইদগী তুংঙায়না মংজবা মংলান! সুংঙায়রবা মংলান অসিগী মতুংদগীদি ঐগী পিৎস্না অনী অসিনা তপ্না তপ্না পাংখোরকপা মতমদা এনা থেংনখি—মীওৎপা মানা ঐগী ইকয়দা হুংশিবা তাম্নবা মিৎয়েংনা য়েংদুনা লৈবা। থোইমুম! অসিগুম্বা মিৎয়েং অসিবু করম্বা হুপীনা থাঙবা ঙমগদগে—! মানা ঐগী নাপদা চংশিল্লক্তুনা চিরোল তৌরকখি—"সুশিলা! সুংশিথোইরবী! নহাক অসে ঐগী পুন্সিগী নিকো—।" রাহৈ অদো হায়রম্বগা লোয়ন লোয়ননা অমুকন্তু ঐগী থাগৎলবা চিনবানসিদা অমুক, নোয়-চাওরবা পাম্বোমসিনা পিক্লবা হকচাংসিবু অমুক থাজৎপিরবা। হায়খিবা রাহৈদু হনজন্দুনা অমুক—"সুশিলা! নহাক অসি ঐগী পুন্সিগী জুড়ানিকো।" মহাক্কী হুংখি মপাও কয়াশিগী মতিক চাবা পাউথুম পিননবা ইকায়খীবি হুপিমচাশিংদা ঈশ্বরনা পাঙল পিনবিরমদে। তৌইগুম্বস্তুং থম্মোয়স্তুংদদি ঐহাকতি থম্মী থবলম্মী—"মতমচুঙদা নহাক্কী ওইরগদবা ঐনি। মীপাইরগদু পাখংজাওবা!"

* * * *

## 'অনিশুবা পন্দুপ'

### ( লুখ্রাশিংদা ভন্নবা সুমিৎ )

অরা স্নংঙাইগী পুন্সি সদা থা অহুমগী মতম লুহোংবা মতুংদা চৌখবশে কয়া চৌখিবনো ঐহাক খঙহৌদে। হিন্দু মৌশিংগী খ্রাইদগী খুদোংথিবা চৎনবি অমা লৈ, মতুংদি কনা গুম্বী নুপী অমতনা ফনা পুকচেল শেংবা মওঙদা ওইরবস্তু মাগী মপুরোইববু অমুক সুংথিলগী মতমদা মিকুপ অমত্তু উনজব যাদে। করিগুম্বা অথুবা থবক অমগী কনা ওটজতুনা ইমুংগী কাচিন্দা ঙাইহাকী ওইনা মপুবোইবগা ৱা-ঙাংনরুবা থোক্লব দ মহাক অত্তু শুকসোই সোইদনা ইনেমবোক, ইনম্ম, ইচেমশংগী মফমদগী অথাবা তুকচবা মিংশ্লং খরুংথৈদি উবা শোয়ত্রবনি মৌনা লুহোংলকপা অনৌবীগী মাইথোং অত্তু অয়ুক সুংথিলগী মতমদা মপুরোইবনা উদনবগীদমক পিক্লবা কা অমদা নুপী অত্তুবু মংন্তা থম্বী। সুমিদাংগী অথেংবা মতমদা, ইমুংগী কাংলুপ থুদংগী চাকচা হৈজাবা লোইনখ্রবা অমদি মহাকী ইমুংগী কুপনোম বয়া লোইশিনজরবা তুংদা মহাকী মপুরোইববু মতমত্তুদা উনজবা ফংনবা অধিকার লৈজে। অনৌবা পুন্সিদা নৌনা খোঙদারক্লিবা বর-কন্যা অনীগী চৎনবিগী মথা পোন্দুনা ৱাহসে সহরগী পুন্সিনা খুজংগী পুক্নিদগী থরা চেন্থ্রী হায়বা য়াই। খুঙ্গদদি থরা কোমথোকই। মরমদি লবুক-লমহাং কয়া কয়া খুজংগী মফমদদি অচিকপা লৈ। মপান্দা থবক সুবা থোকপনা মরম ওইরত্তুনা কনা থঙহন্দনা কৌনানা থম্লবা লবুক্তা, লৈনয়া হারবা লৈকেন্দ', নক্রগা চুঙগী অশাংবা কৈদোয়ক্তা শাবি শানৌ অনিমক নিংঙায়দনা মংলান কয়া মংমিল্লবা য়াই। ঐনা ভমজলিংবদি —ঐগী লুহোংবা মতুংদা ঐগী ইপুরোইবগা ঐগা কৈনৌ-বন্দা নক্রগা চু-গী চুরক্তা ইতৎ ভত্তনা উবৈ। মফম অনী অদি

তুমিংমুংবা মতমদ'দি য়াম্মা চিকই। অ'সিগুম্বা ঐখোয় মনী উ'রবগী লুবব। বিজ্ঞান অসে ঐগী·ইপুয়োইবনা মাংজোননা করিগুম্বা অয়ুক্তা গুহা মপান্দা ঈশিং শোকপা কান্দা পে'নয়বদি ঐগ্রোন্দা মাংজোননা তাকপী। ঐগী তুপানা তম্বীরম্বা মনোবিজ্ঞ ন অ'সনা মরম ওটরক্তনা ঐগী অয়ুক্কী থবক ইনথা' থুনা খুমাং চাউ শ ... উনবনী হর.উবা, থেংনবগী ফজব; মদুতবু খন্দুনতা লৈ। ভাঙনথিবা মতমগী তুংইন্না থংনবা মফমদা মাবুতবু য়েংজনবা লাকপা মতমদা মানা, মনা পুংবা মো'শোং নত্রগা লৌরী মফমদা লৈরগা ঐগী থোরা'বা মিৎয়েং অহুবু তত্তুনা অলোচনা তেই। মসিনি ঐনা য়াম্না লৈনরিবা।

নোংমা তুমিৎনি। ঐনা চুগী ফৈদোম মরক্তা মহাকপু ভাইতুনা লেপ্পমই। ঐহাক কনাবুসু উবা ফংলমদে। ভাইহাক অথকপা মিৎয়েংনা মাইকৈ মরি শিনব থু'না য়েংলম্লগা ঐহাক নিংবা কায়রবগা লোয়ননা য়ুমদা অমুক হন্ননব খোঙ থাংবা হৌরমই। অদুবু ইথঙ থঙহোদনা মানা মোংশোং অমগী মফমদগী চোংথো-রক্তুনা ঐগী ছাড়ৌ মতোন্দা কপ্পা চিংলমই। ঐহাক অথওবা অমগা লোয়ননা চেনপে হায়না তৌবা মতমদদি লাইবক থীবনা চেকশিলহৌব্রবা ছাড়ৌ অদু ওন্থোক্লা কোমলমলে। চুগী চুনা মরক্তা পন্দুনা লৈখে। থুদোংথীবা অসিনা মরম ওইরগনা ঐহাক অশোংবা মোংশোং অম্না ঐগী ফী পক্তুবা হকচাং অসিতবু লোৎননবা চেনশিল্লমই। অদুবু মহাক্না চরায়রবা কৈশালগী মতৌঙম ঐবু মোংশোংলক্কগী চিংথোকপিরে। ঐগী ফী পক্তুবা হকচাংদা মহাকী থুবান্না শোকপদা নোং থাংব্রবা অতিয়াসে থুদক্তা চুমথাং থললরে। রাখল মাঙহনতা লৈরবা মী অমগুম ঐবু মানা চেক্কেৎ কোনশিল্লে ঐন হৈনখিত্রবা—তুংশিজখ্রবা অশাবা চিনবান্দুনা ইকায়বনা ভনিঙ্গব ঐগী চিনবানশিদা অমুক থোংকনলক্লে। ঐনা মাবু ওইনরমই—

"ওক্লুবা হিংচাবা! নহাকপু ইকায়বগী যুথক্তহ য়াওদ্রবরা? ঐন্ন করম্না মিৎশে পাঙথোকসিগে?" ঐহাক্কী হোৎনবা অমদি য়াৈহু কয়াহুনা মহাকপু অমুক অহোইননা তমখিনবগী মচাক ওইরে। ঐহাকপু মথাহুংদা চেজেৎ কোনশিল্লগা চিংনবা লৈতনা হায়রক্লমই—"মুশিলা! ঐহাক্কী চিনবাম্না নহাক্কী তোংশাশিংসে মচেৎ মচেৎ শেগাইরগনি। স্বর্গগী লাইয়াম পুম্নমক্না ঐগী অরানবা নিতীশিগী মাঘোক্তা লেপ্পরবস্থ ঐহাক চিংনবা লৈতে।" য়াৈহু অসিগা লোয়ন-লোয়ননা মহাক্না ঐগী হকচাংসিবু অনুক্কী কম্না নোইখে—মহুদি ঐগী ইন্দ্রিয়শুংগী ঈশিংসে মপান্দা ক্নাওদোক্তুনা চেনখ্রোই নিংলক্লে ইনখৎলকপা চহি কুনগী পাখক্ত অমগী পাম্বোমখাদা তনৌন্নিবা ঐগী করি পাঙ্গল লৈগনী। হোৎনক্লবা পুম্নমক অরেম্বনি। ঐহাক মাগী খুবামশুংদা কয়াম কুয়না লৈখিবগে হায়বহু নিংশিংক্নম থোক্তে। ঐনা য়ীৎ পাঙথোরকপা মতমদদি মহাক ঐগী মিৎয়েংগী য়াংমদা লোৎখ্রে। শেৎচিনবা লোইদ্রিবা তগোম তগোম্নবা ছাড়ীনা ঐগী হকচাংদা লৈহোরে।

অতোপ্পা ফুমিৎ অমদনা—ঐহাক্কী অরা-মুংঙাম্ন থোদোকলে হৈনৌ বন মশুংদনি। মতম অহু, ফুমিৎয়ুংবগী তাঞ্জা ওইরবস্থ নিংথমথা ওইবনা থরমথৈ ইংই, অমস্থং তপ্না শিৎপা অইংবা ফুংশিংস্থ লিরি লিরি হুম্লি। মক্নম অমদগী অমদা মশা মরেংনা থক্লা উজ্জাওশিংনা লাপ্পা লাপ্পা মশাশিং শপ্পোক্তুনা ফুংশা য়াইরি। অশংবা হৈনৌগী অঙৌবা মপালগী মনমশিংহু তপ্না হুম্বা মালংবনা তম্রনা মীপুম খুদিংগী নাতোন্দা য়েম্ননবা হোৎনৈ। ঐহাক্লা অশংবা হৈনৌ মচা অমা শিকায়হুনা লৈতোন্দা তংলুবদা, মহুদা কাউরকপা অশিনবা অমদি অককপা মহাও অহুনা মহোশা অশংবা হৈনৌগা, পুমগা-মোয়োকা, ইতায়োইশিংগা লোয়ননা চামিরখিবহু

নিংশিংলমই। নিংশিংবনা মরম ওইরদুনা ঐহাক্তী মিৎ অনিসে অশংবা হৈনৌ থীবদা উথক কয়া য়েংদুনা তথক তথকহল্লে। মতাংসিদা চাবা ফজদবা ঐগী ইপুরোইবদু খ্বাইদগী য়াংলবা হৈনৌ অমগী মতোন্দা ফমদুনা থরায় তানা অশংবা হৈনৌ চাদুনা লৈরিবদু হেক উরে। ঐনা খুদক্তা হ উরমই— "নংহাকসে কয়াদা করাম চাউখ্রবা! নাইতোম চাবসবু অহাউবা থংব্রা?" খুদক্তা মা উথক্তগী মথাদা কুমথরক্লে। মহাক্না ঐগী মিৎমাংদা পুথরকপা হৈনৌ অশংবা মতা তরক্ত খুবাম চেংনা পায়দুনা লংনবা হোৎরক্লমই। চানিংলবা পোৎশক্ত উবদা ঐ তিল চুংখিবা থংহৌদে। ঐনা হৈনৌশিং অদুবু মুমনবা খুৎসে লাম্বা হোৎকপমক্তদা মানা ঐগী খুৎসে য়েথংলমই, অদুগা হায়রমই —"নংনা ঐঙোন্দা করিগুম্বা থরা পীবা ঙম্মবদ—ঐনসু ঐগী হৈনৌসে নংঙোন্দা পীগনি।" কয়াদা নুংশি হৈখিত্রবা! মাগী মিৎয়েংসে য়েংউ! ঐগী শেমজিনহৌত্রবা থবাকশিদা থমলিবসে। মিৎয়েংগী অর্থ খঙলদুনা ঐসু মহৌশাগুম তুংগী অরোইবা ছাড়ী মতোনসিদা খুদোংচাবা লৌখিগত্রা খন্দুনা থুনা য়াংনা চিংথৎতুনা য়েপশিন্নবা হোৎনরে। খুদক অসিমক্তদা মথুক্তা পায়রম্বা হৈনৌ শিংদু হন্দোকখিদুনা নংহৌররোয় মতাগুম ঐবু চেক্লেৎ কোনশিল্লমই। ঐহাক্না ফনা কয়া মহাকী পাম্বোমথাদগী লিংথোক্লবা হোৎনৈ অদুবু লাইবক থিবদি ঐনা হোৎনারিবগী মতিক ঐহাক্তী ছাড়িগী কিজিশিংসে ঐগী হকচাংদগী অসুম তাখিবদা মথংলে। ঐনা কেজবা অমদি খোইরাংবগী ছন্দদা মঙোন্দা ওইনরম্মী— "করিগুম্বা নংগী হৈনৌশিংদু ঐঙোন্দা পীত্রবদি ঐহাক অমুক হৈনৌবনসিদা নংবু উনবা লাক্লরোয়।" ঐগী য়াহৈশিংসে মপুং ফানা ঙাংখোক্তপা লোইত্রিরৈত্তদা মহাক্তী চিনবাম্না ঐহাক্তী চিনবানসে উমশিনখিরে। অশংবা হৈনৌ চাক্লবদগী কেৎদোক্লবা মাগী

খৌরবা য়াশিংচুনা ঐগী ভবারবা চিনবানসিদা খেংবদা ঐহাক ওনখোক্লা য়ানা অনাবা মৈচাক খাঙবা হায়রকু ওইরে। ঐনা নামমশ্রচুনা লাওরম্মী—"হিংচাবা নহাকসে মী নত্তে" ঐগী শাউ-রংনবা মীচৈনা মাগী মকমদগী কান্নবা অমত্তা কংদে মরমদি মকা লায়া চুপ্লীবনা মুপী ওইরিবশিংগী অশাওবদি লায়না কাজিনবা ওস্মী হায়রবা পাড়াসে মহাক্তি হানা চিনকা পুখ্রবনি। ঐগী খোল্লেল তাবগী মতুত্তা মানা ঐগী চিনবান্দা, তঙাংলবা খজায়সিদা, নাপদা, ওকয়ান্দা অমদি মুপী ওইবিশিংগী অখোৎপদনা লৈতেংলবা ইথক ইপোম্না থল্লবা থবাক্তা চন্না হন্না চুপ্লীচুনা ঐহাকী অশাওববু কাজিন্নবা মত্রনা তৌরমই। ওাইহাক অশুম্না লাক্লরবগী তুংদা ঐসু অশাওবা নেমথরে ইবানিমক উখোঙ অমদা কমথরে। ঐনা মাগী অর্থনা থল্লবা থবাক্তা ওাথচুনা লৈবা মতমদা মাম্ন উজাও অমদা লুম্নবা ভারত পিশিন্দুনা ওাকলৌ ওইরমই। মীকুপ থরা তুমিন্না অশাংবা স্বর হোন্দোক্লরবগী মতুংদা মানা মা ওাংবা হৌরক্লমই—"সুশিলা, সুংশিপোইরবি! অসিগুম্বা সুমিৎয়ুংবদা শান্নবা বসন্ত পুর্নিমাগী রাস অসি কয়াম কুইনা ঐখোয় অনী শান্নচুনা লৈখিগনি? নিত্তি-সুমিৎ থুাদংগী উনচুনতা লৈরিবা নংগী পামজ শককমসে উত্রবোইদা খল্লিবসে করিগীনো? অদুগা সুশি, নংগা ঐগা খম্মোয় খম্মোয় তিম্নরকপদি থা অনীগী মতমদনি, অদুবু করিগীনো মপোক কয়াদগী খোংবু ওইমিন্নরকপী অমগুম্না ঐনা নংবু খনলিবশে?"

মতিক চারবা ইপুরোইবগী পাউথুমদি ইকায়খিবি ওইবনা পীবা ওমখিদে। অদুবু ইপুরোইবগী থবাক্তা ওাজচুনা লৈরি-বতুগী খনলুবদা লেংই—পাল্লিবা জগৎসে, ঐখোয় অনীতগী ঈশ্বরনা খারকপনি হায়না খাম্মোয়নুংদা ইতোমতা খনজৈ। ঐহাক হৈনৌগী বন, তরং তরং খোল্লিবা সূর্য্য দেব, তম্না তুম্বা মালংবা

পুম্নমক কাউথোক্লরে। অসিগুম্না শান্তিপুর্ন ওইরবা মমল য়াম্লবা মিকুপসিদা ঐহাক্না ঐগী ইপুরোইবগী থাম্মোয়মুংগী "দং দং" লৌউবা মীচলগী মখোল অদু ময়েক শেংনা তাবা ফংলমই। ঐনসু থাজে, ঐগী থম্মোযমুংগী মখোলসিসু মহাক শোয়দনা তারমগনি। অসিগুম্বা থাম্মোয় অনি উনবা মতমসিদি পৃথিবী পুম্বা খুম্ভাক লানশিগ্রবনি, পুচিক চিকপ্রবনি। কনানসু অসিগুম্বা নুংশিবনা থল্লবা অচিকপসে থুগায়রবা ওয়ম্ম, মরমদি মীপুম খুদিংনা খঙবা ওমদ্রবা য়ারোল থরা মতমসিদা আত্মা অনীনা য়ারি শানরি। থুগায়নিরগনু—থুগায়বিরগনুকো!

মতাংসিদা মহাক্না ঐগী নাপদা তপ্না চঙশিল্লক্লনা অমুক নুংশি য়ারী হৌররে। মহাক্না হায়রকই—"সুশি! নং ঐসু নুংশিত্রা? ঐদি নংবু উনরিবগী মতিক নহাকপু করম্বা পুংজাদা উনগদাগে থল্লী। করম্বা চৈথেংনো ঐ লেপ্পা ওমদে। নুংশিবগী কুয়াংবায়া অসুক নিংথিনা য়োম্লকপা নঙ অসিবু ঐগীরা? ঐনা মতম খুদিংদা নৈনরিবা সমস্যাদি সুশি! নহাকসে ঐগী নুপী ওইজরবসু ঐগী অশেংবা ইরল নত্তে মসিনি। মরমদি তোঙান তোঙান ঈশ্বরনা পিথোরকপা অম্মা অনীসে অংত্তা ওইথসহু থন্দুনা নংবু ঐনা কয়া কম্মা ইথাম্বুংদা কোনশিনজে। অদুবু নোংমম্বনা ঐগী অনিংবগী মায়োক্তা লেপ্লিহনত্তা মরে। কয়াম কুইনা ঐগী নিংজবসে থুংদনা লৈখিগনি? করম্বা মতম ফাউবা নহাকসে ঐগী ওইগনি?"

ঐসু মংলানচাদা ভাংবগুম ঐগী ইপুরোইবগী পাউথুম পী—"পাথৎচাওবা। কবিগী অদুক তমথিরি! করম্বা রাহেনা ঐহাকসে নংগীনি ফোঙদোকউগে? ঐদি নংবু নুংশি, নুংশিদ নত্তা লৈগনি হায়রবসে নংগী থাজবগী মুখল অদু মাংলরবা? ঐগী

পু'ন্সিদগীস্থ তেন্না নংবু মুংশি—কালদৃস্তীগী থয়াত্তা তাহ্নুনা অশিবা কোবা লাইহ্নুনা ঐখোয় অনীবু শেংনথু্বস্থ নংগী অাত্মাগী থুবাম-মুংদা তোল্লবী ননাইস্থ অহুম য়াতাজগনি। যুগ-যুগান্তর কয়াদা জুড়া কায়রোইদবা পু'ন্সগী খোংলোয়নি—ঐখোয় অনীদি, পাখৎ-লগয়—অদুগী শরুক সে:—য়েংঙো ঐগী লাইবক্তগী হুমাং মরিকশিংসে নংগী তমখিরবা খুবামহ্নুনা অমুক্তা নাম্বোকপিয়ু।"

ঐগী ইপুরোইবনা ঐগী পাউখুম পীরকপগী মহুত্তা মহাক্না য়াম্না চিং-লেম্না ঐগী মিৎস্না অনী, চিনবান অমদি শাইনোন্দা চুপ্পীরম্মী। ঐহাক্না মীকুপ অসিদা মুংঙায়বা অসিমুক ঐগী পু'ন্সিদা খোক্তি্বরা হায়না খনলী। মুপা অমবু মুংশিবগী পুন্সি অসি, অস্থকী মতিক থুম্মী হায়বসে ঐহাক মতমসিদা খঙলকই। তমখিরবা মুংশাগী মৈঙালনা ঐগী উইশিল্লিবা মিৎস্না অনী তম্না শাফু কন্না ফুজিল্লক্লবস্থ ঐহাক অমুক হন্না মিৎস্না অনীসে পাঙখোক্লিংদ্রে। মরমদি মুংঙায়বতনা থাম্লবা মংলান অসি কায়-খিগদরা হায়না চিংনরমই। ঐহাক ইপুরোইবগী শেগাদা কয়াম কুয়না কল্পবা থিরুবগে হায়বহ্ন ঐ নিংশিংকম খোক্তে্র। মানা ঐবু মহাক্না পাম্বোম খাদগী থুনা য়াংনা ইম্বোরক্ত্না মীৎ অসে হেক পাঙখোরকপা মতমদা ঐহাক মংকাওনৈ। অদুবু অরাবনি! ঙাইহাক্কী মুংশিবনা থল্লবা মং অদুগী মতিক চাবা মনাদি—অখাবা মিৎয়েংনা লুমথরবা ইনেগী মাইখোং অহ্ন য়েংবদা তাপ্রে, মহাক ঐখোয়গী মাঙদা লেপ্তুনা লৈরমলে। ঐহাক থুনা য়াংনা ঐগী শেৎচিন্দ্রবা ছাড়ী অদু খোমজন্নুনা হকচাংসে কুপশিল্লে ইপুরোইবস্থ ইনাত্তগী হৌগৎখ্রে। মতাংসিদা ইনেনা ওম্বোক্লা শাওরংনবা স্থরদা ঐবু চৈবা হৌরক্লমই—"স্থশিলা নহাকপু ইকায়বা হায়বহ্ন মচেৎ অমত্তা পক্তবরা?

খুঙ্গং অসিগী মমাংদা অসিগুম্বা অঙানবা জগৎসিদা নঙগী কলঙ্ক পুবা মাইথোং অদু উৎলিবরা ? নহাকপু চাবা থকপা পুম্নমক কাউরবরা, মতম অসি কয়াম থেংথ্রে ? খুঙ্গংশিদা ঐখোয়বু করম্না মাইশে উৎলুগে—ঐখোয়সু লুহোংলকই অদুবু নখোয়গুম্না অসিগুম্বা তুকচবা লোনচৎ অসিদি চৎলক্তে। ঐখোয়দি সহরগী মীগুম্না, অহাংবা শড়ক্তা. খোংবান লুকলান্দা নত্তবা লিচৎ চৎনদে থঙত্রা ? মতমসিদা নহাকসে ঐহাক ওই-রম্নবদি ইকায়বনা মরাল লৈরবা নমাইহু পুহুনা গুহাদা চোংথহুনা শিজখ্রগনি। নখোয়সে ইকায়বা নাইমন্দে।" করম্না মহাক্না মক্কমসিদা লাকথিবা, অমদি করম্না অমুক চৎখিবা ঐখোয় অমত্তা থঙহোত্রে। মহাক্কী তমথিবা খোনফম অদুতনি তাহোবা। ইপুরোইবসু ঐহাকসু মরাল লৈরবা মী অমগুম্না মতমহুদা মৌন-ব্রত তৌবা তাখি। ইকায়নিংঙায়নি। ইনথৎলকপগী ইতিহাস। ওস্থোক্লসু ইকায়খ্রে।

খোদোক অহু থোকখ্রবা হুমিৎ নিনিগী মতুংদা ইখঙ থঙহোদনা ঐগী ইপুরোইবসু পুকচৎপগী লৈনানা ওস্থোক্লা শাথিনা খুমাং চাউশিল্লকলে। খুঙ্গং অদিদা হান্নবা অসিগুম্বা খুদম অমা ফাওবা উখিদে। করম্না অসিগুম্বা দবাশি ঐখোয়গী শরুক ওইনা থুংলরিবনো অঙকপনি! ঐহাক্কী অসিগুম্বা লৈনা অসিগী অকুপপা মগুণ খঙলুদে, মরমসিমক্লা ঐগী থম্মোয়দা থোইদোক্লা অকিবগী খুদম অমত্তা লৈত্তে। তোইগুম্বসুং অহল-লম্মনশিংনদি তত্তনা শোয়ে—ঈশ্বরনা বীরেনগী মক্কমদা করম্না তম্বীরমগনি। হৌজিক ফাওবা ডাক্তরসু য়ৌরক্রে! অসুক নৌরিবা চহী মত্তাংসিদা সুশিলানা লুখ্রাশিংদা চল্লবদি কয়াম রাগবা! মহাক্না মক্কমসিদা লুহোংলকপদি চহি ফাওবা ওক্রি।" অসিগুম্বা

অহলশিংগী য়ারেমশিংশিনা ঐবু কীহনবদি পোকহনবা ঙমদে। ঐদি ঐগী য়ুমদা অশিবা হায়বত্তুসু অমুক্তা উথিজ্রি, অদুগী মথক্তা লুখ্রাবী অমগী মসুং হুনজিনবা অর্থত্তুসু নোংমত্তা থিজিন্দ্রুদে।

ডাক্তর থুংলরে। মহাক্তগী বানীদু মীপুম থুদিংনা লাংতক্লনা তাইনরে। মানা ঐগী ইপুরোইবগী মীহনবু হন্না-হন্না পরীক্ষা লোবা হৌরক্লে। তাইহাক্তী মতুংদা ডাক্তরগী মায়থোং অদু খংহৌদনা লাংশিনখ্রে—। তপ্পা তপ্পা পরীক্ষাগী ফল হায়-দোরক্লে—"লাইনা অসি এশিয়াতিক কোলেরা কৌবা শাখীখ্রবা লাইনাত্তুনী। অনাবসি কনবা ঙম্বগী শক্তিগী য়াংমদা লৈরে।"

ডাক্তরগী য়াহৈশিংদু লাইকাওখুমখ্রে। অনাবা অদুগী মৈচাক্তী ইপোমদা তোৎনজরুব পুম্বা অমমমত্তা ওইনা লুপথরক্লে। ডাক্তরগী নাকোংনা অফবা থূৎলায় শিজিন্নবদসু মাগী 'দং দং' লাউনা হুনবা মীহুল অদু অসুম পিকথরক্লে। ইমুং মসুং-ইমা ইন্দোল অমদি য়ুপা নহাশিং ফাওবা মখোল্ল খোক্লা কপ্পরক্লে। মীওইবগী অরোয়বা পুংফম হায়বত্তু মতাঙশিদা ওইরমাক্লে। ফনাঙুম্বা অমত্তা ফাজিন্নবা ঙম্মিদ্রে। মতম্সদা ঐদি মিৎশিদগী পি মতুম অমত্তা তারক্লবা মচাক নৈত্রি—মরমদি হৌজক ওইরিবা ইপুরোইবগী অবস্থা অসি ঐহাক তশেংনা জ্ঞান তাবা ইতোমতগী য়াখলনা ঙমজত্রি। ঐহাক্তী মতম্সদা থাজবা অমা লৈ—মত্তুদি মহাক্তী মকা লামলবা মায়থোং অদু হৌজিক ফাওবা অতোপপা মচু অমত্তা ওনদ্রি। মতাফম্নবা মাগী খবাক্তু অদুম লেংদনা লৈরী। তুমলিবা মী অমগুম মীত্তুদনি উইশিল্লিবা। মসিসু মানা মিকপ থোরকপা মতমদা শোয়দনা পাঙথোরকখিগনি। তোইগুম্বসুং ঐনা নিংলম্বত্তুগী তায়ওম্নবা য়াখলদা পুম্নমক লৈখ্রব-মাল্লে, ঐগী বীরেন অমুক হন্না হৌগৎলক্লে। পুন্সিগী জুজাদু অমুক হন্না মী-সুম্বা মিৎস্নাদু পাংথোরক্লে। ঐদি অসিগুম্বা

বসন্তগী মতমদা মীকুপ অমত্তা থল্লুদে—হেমন্তগী অন্নাবা। করিনা যৌবন হায়বস্তুদি মুংঙায়বনি। ইনথংলকপা হায়বদি মুংশিবনি। মুংঙায়বস্তু খিগদবনি, মুংশিবস্তু তায়গদবনি। হে বিধাতা! ইপু-য়োইবগী সেবাতনা থন্নায় লুপচবি, শাৎকায়রকপদা ঙায়রিবি লৈ—খম্বাল ঐবু খাঙ্‌থক্তা মশাবীগা শেংনহল্লিবা অসিবু নহাকী করম্বা নোদয়ো? ঙাকপিনবা লৈজত্রবা পাক্রবা লায়রকশিদা তমখিরবা সমাজনা হন্না হন্না গোংসিন্দুনা খোঙপাক্লা কাওহুন, মতুদা তহৌবা পুক্নিগী মুংলরোয়দবা কলঙ্কগী দাগকম অদু নহাক লাইবক থীবা ঐগী ইকমদগী য়েংগে থল্লবা.........।

..........করে লৌরো—সেঃ ঐগী নাইন, সেঃ ঐগী পামজনা শিজবা থুঙ্জি—সেঃ কোকথকী লৈতেংশিংসু লৌরো— পুন্নমক লোথ্রা ঐহাক করিমত্তা থাকলরোয়।

অদুবু ঈশ্বর! পুন্নমক লসি পীথোকচবদা ঐহাকী করিসু পাম্মুবা লৈজদে। চিংনজদে। অদুবু ঙসি অসিগুম্বা খেনবমসিদা নকমসিদগী ঐনা নিজনিংবা পোৎশক অমত্তংদি কৈজে মাসমসু পুবিগে হনব্রা-? য়েংঙই, মুমগী মুপী অমগী থাদোকপা য়াত্রবা ইজ্জৎ, লায়বক্তা থায়রিবা শিংজেংদা মকা লামনা নম্লিবা অঙাংবা সিন্দুরসে মসিমত্তম্বি মুৎথৎহনবিগনু দিনবন্ধু! পাঙ্গল শোনবিবু। চানবিয়ু।

........ঙঃ খঙলে নোংদম্বনা লাইবকখিবীবু কাওথোকপিরমলে। করে য়েংখিরো—ঙাক শেন্নবা লৈজত্রবি মপু পান্দ্রবি লুখ্রা অমনা হিচা য়াইতম্বনা থল্লবা সমাজসিদা করম্না লেনবগে হায়বদু য়েংলো।

ঐ ঙসিদি লুখ্রাশিংদ চনলে। অমুক্তা তারকউ মাখিত্রবা পি মতুম থরা মীৎলু অনিদগী কাজিনবা ঙমহৌদনা তাখরে।

* * * * *

---

## অহম্নুবা শন্দুপ

( জমিদারগী মচানুপানা ঐগী সতিত্ত মাওহনখিবদু )

ঈশ্বরগী মফমদা হিন্দুনী নুপ্রাবি অমনা প্রার্থনা তৌজবদা তাবিখিগদরা ? ঐহাক্কী পুক্নিংগী আযু ওইহনবিয়ু হায়রবগী ঈশ্বরগী মফমদা নিজ নিজনা লোয়নাম কয়া হৌখ্রে। তৌই-গুমদুং ঐহাকী অনিংবগী মায়ান্নাক্তা ঈশ্বরনা লেপপীহনবা মরেবী। ঐনা পামজবা অশিনবু অমুক্তকাওবা হয়া য়েংবিরমদে। হিন্দু নুপ্রাবী অমগী ওমহুনা লোইরমোইদবা অরাবসে কলম মচিনশিনা পুখোক্ববা ময়েক লৈরমদবা কাওবা য়াই। ইপুরোইবনা ঐবু নাইত্তোম ইম্বোকলম্বতা নত্তনা ঐগী অহল লম্মন, মরুপ-মপাং পুম্নমক নোংম নোংমগী ঐগী ইকমদগী লাপথোকখ্রে। ঐগী ইকমদা ঐবু তুংওায়হন্নবগীদমক ইনাক্তা চঙবিরকপাদি থমখিহনা ঐবু সমাজসিনা ইম্বোক্লবি শম্নরুবদা চুরংলকপবী লায়না চেন্নবি অমগী মতৌগুম নোংমতা কনাগুম্বা নত্রগা কনাগুম্বী অমত্তনা নোংমতা হুংশিবা মিংয়েংনা য়েংবিরক্রে। মহোয়না ঐহাকনা নৌনা লুখ্রা ওইবগীদমক হিংচাবী হায়বিবে—ঐগী ইপুরোইবনা শিখিবগু ঐগী মপোক্কী মরি কননবননি হায়না খোকপিরে।

ঐনা লুপ্রাশিংদা চনবা হুমিত্তগী ঐ ইশানা ঐগী চাজমবা চাক থোংজরে, অমদি ঐবু ইমুংগী চাকথুমদগী তোত্তানা শম্নবা য়াদবী অমগুম ইম্বোকপিরে। ঐহাক ইমুংগী চাকথুমদা অমত্তুং চাননবা মনা-মপিংদা ঐনা শোক্রুবগী অধিকার লৈজ্রে। নোংমদা ঐগী জিবিকা ওইননবা থুংবরিবা শরুক হায়রবদু, ঐগী চাক চাকলুক অমত্তনি। মহুক্ক মনা মশিংগী চমফুৎ, হন্নায় খরা অসিদগী হেন্না ওা-য়েকন চাবকাওবা থিংবিখ্রে। কয়াদা মীহুংশি

খঙত্রবা মীওইবা সমাজনো ? অদুবু অঙকপদি অসিগুম্বা অচম্বা চীঙাক অসিনা ঐনা হিংনবগীদমক লেপ্লকপা অসিদা ঐগী হকচাং অমদি ইনথংলকপগী কুচু'শিং অসে ওন্থোক্লা ফজরক্লে। অচম্বা চীঙাকশিং চারুবদগী থোইনা হেন্না ঐগী হকচাংদা অশেংবা ঈ চেনখরে। ঐগী হান্না লৈজরম্বা পাজলদগী হেন্না কনথংলবোর খল্লী —ঐহাক অনাবা হায়রবা পোংশক্তু মশক খঙলক্তবা কুয়রক্লে। অদুবু চৌজিক ফাওবদা ঐগী হকচাংদা অনানবা ছাড়ী অমগুম্ থো লক্ত্রী অমদি ঐগী কোবসে অমুক্তা অশংবা শম হোৌহন্ত্রি। ঐ শকয়েং মিংশেলদা ইত্তোংতবু ইতোমগনা য়েংজবা মতমদা মিগুগী পি তাথিবা খঙহৌদে মরমদি ঐগী ইপুরোইবনা মতম থুদিংমক্তা লানজক্তুনক্তা খমলম্বা ইনথংলকপগী কল্লকনিংঙায় ওইরবা অমুবা শম্লাংশিংতু হৌজিক্তি ঐগী ওইজক্রে। হৌজিক্তি ইপুরোয়ববু গুমহৎনবগীদমক চিনবানসে ঙাংনা অতপ্পা থা চাবতু চাশিন্ত্রে। অঙাংবা মচু কয়ানা ঐগী খোঙদা তৈশিন্দুনা ছিন্দু খৌ অমগী লেমজনক্কম ওইরম্বা অদুসু ঐহাক তৈরুক্রে।

ঐনা লুখ্রাবী ওইত্রিবৈগী হমাংদদি করিগুম্বা ধারগী ওইবা, শাগৈগী ওইবা অমসুং ময়ামগী হয়াউ-কুৈম্ম কয়া য়উবা য়াদে হায়ৎসে ঐহাক খঙলমদে। করিগুম্[illegible]ুখ্রাবি অমনা নৌনা পুন্সি' য়ংতুদা খোংদাজয়কপা বর কন্যা[illegible]ু য়েংনিংবা অঙগা লোয়ননা খোংনাওগী অহোবদা তুমিন্না য়েংজবদা কনাগুম্বনা উথিবা খোল্লবদি ঐতবু চৈথিবনা মাগী লোংমগী মশিঙাং ওইরমই। মরমদি মহোয়না খনবী লুখ্রাবী হায়বসে অমজলনি— হিংচাবিনি। মপুরোইবা কৈত্রবী লুখ্রাবি অমা ওইবা ঙাম্নবদি মহাক ইমুংগী অপুপপা মবেম্মা ওইরমবদগী মকুগী মীনাই হুবি অমা ওইবগী অমবোন্দু য়াংজৈ। ইমুংদগী খ্বাইংগী য়াংদবা অংদি খ্বাম্নদগী অল্লবা খবক্তু লুখ্রাবিশিংগী থবকনি। মহাক্না লোংমগী, নিংথেন-

থিবা কয়ে। মীংজুসে পি-তবা খুমহৎলি। হেঃ ঈশ্বর ঐহাক অমুক অহাবা ইন্দ্রিয়শুংগী মৈচাক'সি কাবাম কুমনা খা'ছনা লৈ'থগ'ন। ঐদি ওমমংরোয়—ঐগী ইনথংলকপগী থকতোকলকপা ইংপোমশিং অসি অমুক কাজিনবা ওয়রোয়—ঐগী ইপুরোইবগী মিংশিং থুদম কয়াসে ঐ, কাওবা ওয়রোয়—মহাক য়াউরবা সংসারসিদা ঐ নাইতোম লৈবা ওয়রোয়—। উপায়হ্ তাকপিরো লময়ানব—লাইবক থিবাগী লম্বী কৈদনো ?

ঐগী মতম অয়াম্বা য়ুমদা ব'ন্দ ওইবগী—অরাবত্ত মথক্তা ইথে। মতাংশিদা ঐনা পলহৌগনবা অমা লৈ মছুদি শাংলবা অমুক মুংথিলগী মতং'সিদা ঐনা মপান্দ থোকচবা কংজবা মতম হায়বদু জুমিৎমুংবা মঙ্কুংদা থুঙংগী পুখ্রি, অচৌবদা ইরুজবা হেক হেক চৎচবদুনি। মসিমক্তংদি ঐগী নে.ংমগী কায়বা য়াঙবা ইথৌনি। য়ারী অসি অসুম মথা চথরকপা তারবনিন। হৌজিক ইনো লোবা সুপা অমগী চরিত্র চঙলকলে। মহাকসি কমাদো হায়বদু অহানবদা ঐ খঙলমদে। কায়নথংদা থুঙং অ'সগী জামিদারগী মচাসুপানি, মমিংনা ভুপেন্দ্র কৌই হায়বসে খঙলকই। জুমিৎ থুজিংগী ঐনা ইরুজবা চৎপসিদা পুখ্রি অচৌবগী অতোপপা বাংমদা মহাক জুতিগী খোই চোপ্তুনা য়ুবি পাম্বীগী মরুমদা কময়ুনা লৈরমই। মহাকসে চহি ২৫/২৬ কী পাখওনি। পাখঙমক্তি নত্তে, ময়ুম্বাক লুহোংলে, অঙাং অনীগী মপা ওইরে। ঐগী ইপুরোইব লৈরিবৈ মথাংদদি মহাকসে থুঙংসিদা অমুক্ত কাউবা উবিত্রি। মরমদি মাঙ্গী মুগী অঙাংনা থারীশার থুঙংদা লৈহৌরবগ্ন মহাক্তী মতম অয়ুবদা চাকা সহরদা লৈখি।

অথেংব লোন্দদি ভুপেন্দ্রসি মশক মতৌ ককবা জুং কীরাল য়ান্নবা হুপা অমনি হায়বা তায়। মহাক থোই চোপপগী শাজবদে মচুগী অপাথশিংগী অমনি। মচুদ, তান চাবা অমমগী করিজবা ঐগী

লম থেন্নবা মিংসিনা মাঙোন্দা হেক হেংজুবা মতমদা মহাকন্থু ঐঙোন্দা ওয়োক্লা তান্নবা মিৎয়েংনা হেক্তা হেঞ্জুনা লৈরম্মই। মাগী মিৎয়েং অদু ঐহাকন্থু উবু উকনবদি ঐহাকী থাম্মোয়দুনা ভরিক তনিকপা হুকেং কাকেং তৌবা নিংশিং ইপোম অমা হেক্তা হোরকই। ঐহাক উকনবা কাউবা মকম মঙতিদে ঐহাকী মকমদা মহাকনে লমলানবা অমা ওইরিবৈগী, মাগা ঐগা ইতান হান্না উন্নবা হুমিত্তুদা মহাকী খোইকন মীনোক অমা ঐবু য়েংলগা নোকখিবহু ঐহাক হৌজিক কাউবা নিংশিংলি। ঐহাকী মহাকী খোইকনদু পামজদে, মীৎচিন্দুম উনিংদে। অহানবা নোংমা নিনিহুদি পুথিগী অরোইবা চিদায়দা কনন্দুনা মহাক লৈ হায়বনে ঐদি শুকট উকনে। মরম অসিনা হুমিৎমুংবা মতুং মীপুম খুদিংমা পোত্থানবা চিন্নবা মতমসিদা ঐহু পুথিদুদা ইনিং তৌনা ইকনবা ভমৈদে। অদুবু ঐগী চেকশিনহৌজবা ছাত্রীগী সুগোংলকপা ঐগী ইনথংলকপা মনাগী থাখানশিংদু করাম চাউবা অমনা মেঙনা লৈরমলে হায়বা থংবা হুমিত্তুগী ঐগী হৈনদবা অমদি চেকশিন খোইজিনকপা হায়বদু তৌরে। ঐহাক মতুংদদি খনলে ঐগী ছাত্রীগী কিজি অমকাউবা ইকনবা কারকপগী ঔশিংনা চোৎলবা মতমসিদা লেমা লৈহৌরম, হকচাংগী মকম অমত্তা মপাঙ্দা পুখোকলোই হায়না। অদুবু অঙকপনি, লমলানবা অদুগী মিৎয়েংগী পাজন অদু ওয়োক্লা কনখুবমাক্তে—ঔশিংনা চোৎলদুনা সিড়ি মথক্তা কাখৎলকপা মতমদা কারাম চাউবা অদুগী মিংমাংমতম। কাজিকনা ভমহৌজবা ছাত্রী মচিশিং অসে হেক্তা নাখবি। অদুগা লোয়ননা থাবা ভমহৌজবা ঐগী মিং অনিসিনা মহাকপু অমুকম্থু থাগৎপা কোংলোকলুই। মরিমদু খনলো—ঐহাকনে মাগী মাংসিনা ছাত্রীলে লোয়না ভাখুবদি—লংবা খোক্লিবা মর্মসেবনে করোমদা লোৎলিগনি। হুংখিবগী ভংজুবা মথক্তা ঐগী ইনথংলকপগী হকচাংবা

ইরোইরক্নে। ঐনা ঈশিংদগী ক্বাথংলকপা মতমদদি ঐগী মিৎয়েং মমাংদা ভুপেন্দ্রদু নিংঙায়দনা লেপ্তুনা লৈরম্লে। ওনথোক্না লুরবা তারকমনি—মহাক্কী মিৎয়েংথাদা অচোৎপা ছাড়ী অত্তুত্তনা কাজিনবা ঙমত্রবা ইনথংলকপগী ইকায়বা পুম্বসে থুমজিনবা ভারে। অদুবু ঐনা সাড়ীদু হম্না হম্না শেম্লবগী মতিক, য়েংজনিংবা মাতগী মনিং থুংনবা ভাখ্রে। হেম্না হেম্না ঐগী হুকচাংগী শরুকশিং অসি কোমথোরকপদা মথংলে। ঐহাক্না লোৎচবা পাম্লবা তাংলবা হিন্দু লুখ্রাবি অমগী ইনথংলকপগী ইথক ইপোম করাসে পাঙ্গল শোল্লবি ছাড়ীসিনা মাগী মিৎয়েংগী মায়োক্তা থুমজিন্দুনা লৈবা ঙমখিদে। ঙাকথোককম কৈত্রবা ঐগী ইকায়বসিনা ইরুক্কবা কারকপদা ঙায়রিঙৈদা লাইবকসে হুমাং মরিক মরিক কারকলে। তৈথোকপিনিংঙাই লৈতনা।

ওস্থোকপা দঘানি ঐহাক হন্দোকপন্তু ঙমত্রে-চঙশিনবন্তু ঙমত্রে। মতাংসিদা মহাক্না অতপ্পা খোস্থাংনা কৌরকই—"সুশিলা— !" ঐ ঙকতবা ঙমদে—। করম্না ঐগী মিং অসুক থুনা খঙলমলিবা? ঐদি পাঠশালাগী ওঝা অমগী মচানি. মহাক্না অচৌবা জমিন্দারগী অমত্তা পোকচবা মচানি। নোংমত্তুন্তু মাংলমচত্তা ম-ঐ থেংনখিদ্রি। অদুবু ঐগী অঙকপশিবু কোকহম্লবা অমুকন্তু মহাক্না হায়রকই—"সুশিলা! থোইদোক্না ঙকলুগন্তু, মতৌ করম্না ঐনা নংগী নমিং খঙবগে হায়না—মরম দ ক্বজবা লৈরাংসে অকনবা নোংলৈ-নুংশিং কয়ানা মাঙহনখিবা ঙমত্রা? মহাক্কী লৈনমতনি শান্দাকখিবা। কালেনগী শারবা নুংশাসিদা মতম অসুক কুইবসে পুখ্রি মপান্দা কমদুনতা লৈরিবসে পুখ্রিনুংগী ঙা-ফাননবা কম্বা নত্তে—নঙগী ইন্দ্রিনুংগী নুরবা পাউশোংদুতমক কোংগে হায়রদুনতা কবনি—সুশিলা।"

করিস্থ অকীবা লৈত্রবা ভুপেন্দ্রগী স্নাঙাং অত্থনা কঁরিনো থঙদে ঐহাক্কী হুকচাংদে চঙ লৈথবগুম নিকখে, ঐগী থম্মোয়গী মীহুনসে শরুক চাম্বা হেন্না থুনা হুল্লকলে। ঐগী পুন্সিদা অম্নুক য়ম্না তৌকম থঙদবা ঙাক্নথোকক্লম লৈতবা ভানজা অসি অমুক্তস্থু খোকখিত্রি। ভুপেন্দ্রনা অমুকস্থু হন্না হায়রকই—“শুশিলা! ঐ তশেঙনা থঙই নহাক্কী পুন্সিদে ঙনথোক্না স্নানা হৌজিক লৈরম্মী হায়বসে—নংগী থাম্মোয়হুংগী অরাবা, মকম মতমগী হুংঙাইতবা, সমাজসিগী অথাুবা থ্নিৎয়েংখাদ; নহাক ঙস্থোক্না তমথীবা মঙংদা লৈরে। অতুব্র পুম্নমক অসে শুশি! কয়িগুম্বা নঙনা ঐবু নকাদা চঙজকম প্নিরবদি ঙনথোক্না লায়না কোক্কনি। নংহাক-থকীদমকতদি ঐ সমাজসে থাদোকপা ঙমগনি। ঐ স্নাশক-লিবসিনি নঙগী—মপোক্কীদমক স্নাইফনবা ঙসি ঐহাক নমাংদা লেপ্তুনা লৈরি। নহাক্কী পাঙথুম করিনো—মিকুপাসদা লাকলো—সেঃ—থুবামম্নুংশদা নংগী হুংঙাই, স্বরুহ অমুক্তা হোন্দোকলু-লাও—সেঃ—।”

ভুপেন্দ্রনা ঐগী তনিক্লব চিনকানসিদা স্নুম্না য়েংহুনা খোয়াংনা ঐগী পাঙথুম্ন ঙাইরি। মতাংসিদা ঐদি নাকল অমদনা পঙথ-রকপা রাথল নোংলৈলক্কা, নাকল অমদনা উশিত্তবা শাওনিংবা রাখলনা ঐগী হুকচাংসে থুমগৎলকলে। য়াবমথৈ কাজিনবা হোৎনত্থুনা ঐনা পাঙথুম্ন পীরম্নই—ভুপেন বাবু! ঐহাক্কীদমক করম্বা রাখলনো খনবিরিবত্থ? অদোম্না নিংথৌ নত্রগা মোনত্থুং মোনতেকথক্কী যুবরাজ ওইজরবস্থু অদোমগী লৈজবা সম্পাতি লল-থুম কয়ানা ঐগী হুকচাংদি লৈবিবা ফংবিরোই থংবিস্থু। ঐদি ইপুরোইবগী স্মৃতিবু নিংশিংজত্থুনা লৈবনা ঐগী কায়ত্রবা অপোকপিগী ইথৌনি।”

ঐহাক্কী ওন্ন-তৈনবা পাঙথুম্নহু তাবদা অহাক উকপনা পনথেংলে। ত্থসিগী সমাজদি লুখ্রাবি লিংলিং লিশিংদি জমিন্দার,

মহাজন পৈশা পায়কশিংগী কৈথেলদা থোকপা লাহাধবীনি হায়বসে, মহাক্তী অচৌ-অশাং মচানিন্না খঙই। ঐগী নাচুংদরা পাউথুম মাগী হায়জবগী মচিন্দু ইরায় লায়না থুদেকপঁহদা মহাকী থোইদোক্না নিংবা কায়বক হায়বদু ওইরে। ঐ তশেংনা খঙই—হন্দমুক্তী খোনখোকসিন্দি মাগী থোনজেল ওরে—। মানা হায়রক্মী—"সুশিলা! নহাক ঐগী শক্তিবু মশক মুন্না খঙব্রে। ঐনা অপাম্বা সুপী অমা হেক্তা মকম মতম থিদনা থুঙ্গং অসিদগী চিংহনা পুবা ওয়গী শক্তিহু ঐহাক হৌজিক লৈ। নহাক খঙত্রিমাক্লে শেলনা পোৎ থুদিংমক লৈবা ফংই হায়বসে। শেলনা লৈবা য়ারা পোৎশিংগী মচুংদা সুপীগী তোংখানা খাইদগী হেন্না হোংবা পোৎশক্তি খঙজিল্লু। হৌজিকমকত্তু নংবু ঐনা ঐগীদমক চিংহনা পুখদা থুঙংশিংগী করম্বা সুপা সুপীনা ঐগী মায়োক্তা থুং থাঙ্গংলককনি। অহুবু পুন্নমক সুশিলা! ঐ নংগোন্দা নমহুনা শিজিন্নবা পামদে। নঙগী য়ানিংবগী মতুং ইন্না তৌবা পামই। নঙগী মী-সুবী চেংলৌহবু অমুক হল্লকলবোয়দবা মহাক্তুদবু নিংশিংহনা কালেনগী লৈতংগাই মরক্তা অরেম্বদা কেমজবা পাম্বর? নহাকুমনা নরাইবক থিবী কয়া কয়া লুপ্রাশিংদা চল্লী। নঙ মহু অমুক্তা থিজিল্লু। মখোয়সে অতোপপা সুপা-শিংগা লোয়নবা হায়বসে ইপাম-মক পামদ্রবরা? সুপাশিংনা তরেৎলক হন্না লুহোংবদি থিংদ্রগা সুপীশিংনা অমুক্তংগীদমক তনৌ তনৌরিবা পুক্সিহু মাঙবা পাম্মদ্রা? নঙগী ঈশ্বরনা পিরক্লিরা ফজবা চেংলৈ অহু করিগীদমক্তনৌ? অমুক্তা খল্লু সুশিলা! ঐগী নিংজবা অসি নংনা য়ানিংলবদি নংসু কুয়াম সুংঙাইগনী। ঐসু কয়াদা পেনগনি। মতমহুতদা নহাক খংলকনী পুক্সি-হায়বসে সুংঙাইবা থীবর্মী, মিকপ মিয়াওখোলগীদমক নত্তে। লাক্লো সুশিলা! হৌজিক হৌখিবা য়াথোক পুন্নমক কাওখ্রে—হৌজিক অমদি ওইরকদোরিবা কিতমগীদমক খনলো—।"

মহাক তশেংনা ঐগী থুদাং পায়রে মতমসিদা ঐহাক্তী অবস্থা করিনো হায়বছু লেপচবা ঙমদ্রে। তথরবা থম্মোইসে পাররবা ইপোমলক্তা লুপশিনখ্রে। ঙাইহাক ইথকশিদা ইরাক্করবসু ঐগী লৈজবা পাঙ্গল, ইথৌনা পুম্বা পুথোক্তুনা থুনা য়াংনা ঐগী থুংশে শংতোকশে অদুগা অমুক হন্না ঈশিংদা চোংথদুনা অভোঙ্গা তোর্বান তান্না লাকলে। হন্নকাওবা য়েংলমদনা ঐহাক থুংলৈ থুনা য়ুমলোমদা হনলকলে। হুমিদাং অদু—ঐ মিংশে অমুক্তা উইশিনবা য়াদ্রে। ওন-থোইনা অপাকপা কমুংদা কপ্তুনা লৈরে। নোংঙানলমদাইগী পুং ৪ য়োম তারকপা অদুরাইদা ঐ ঙাইহাক্কং উইথক্করে। কয়াম কুইনা ভুমথখিবগে হায়বত্রুদি থংদ্রে। মতাংসিদা ঐ মং অমা মংলম্মী—মংদু ওম্হোক্ত অকিবগী মশক্লি। ঐহাক পাক্কবা চাংজো নাইত্রবা ঈপাক অমগী ময়াঈদা ঈরোইরম্মী। মাইকৈ থুদিংমক ঈশিং ঈপাক নত্তুনা করিমত্তা উবা ফংলমদে। চিংজাওমুক চাওববা ঈথক কয়ানা ঈথক্তা হন্না হন্না ফুজিল্লম্মী। ঐহাক্তী ঈবেইবগী ঙমখৈ অদু সুকলোই লোইবা লৈরমদে। ঐহাক্তী হকচাং থুদিংমক অসি চোকথরকই। রাবনা শদো থোংলম্মী। রাবনা মরম ওইরদুনা ঐহাক্তী হকচাং অসে অসুম অসুম লুপথরক্লে। মতমসিদা থংহোদনা ঐগী ইমাংমক্তদা চাওরবা গুম্ভীর অমনা মন্না লাওনা কাথোক্তুনা ঐবু চিকে হায়না তান্নরকলম্মী। ঐগী লৈজবা পাঙ্গল পুথোক্তুনা ঙমজবমখৈ চেনলম্মী। ঐহাক্তী থরাইগীদমক কনবীনবা লাওগে তৌরম্মী, তৌইগুম্বসুং ঐহাক্তী থোঞ্জেল অসি অমুককাওবা থোকউ য়'রমদে। ঐনা কন্না চেনবগী মতিক, মহাক্না থোইনা হেন্না ইনাক্তা নকশিল্লক্লম্মী। মাগী লাওনা কাথোক্লবা মন্না অদুনা ঐগী থোং অনিমক কাংথ্রে। ঐবু য়োংশিন্নবা তৌরকলে। মতমসিদা ঐনা ঐবু কনবিয়ু' হায়না হন্না

হয়া লাওরম্মী। ঐনা য়াহৈ অসি তত্তনা লাওরকলবদা গুপ্তৈর অহু মতম খরগী মতুংদদি ভুপেনবাবুগী মশক লৌরম্লে নিংঙাইদবা মীৎয়েংগা লোইননা থাক্লা থাক্লা নোকলকলে। ঐনা ইপুরোইববু হয়া হয়া কৌজৈ। কনাসু পাওথুম পিদিরক্তে। মতাংসিদা তুমলিবা খোংগী খোংবাদা হয়া হয়া শিনলকপনা ঐগী মীকপ থোকলক্লে। ঐগী ইনেমনা খোংবাদা কয়া থিন্দুনা ঐবু হয়া হয়া হোদোক্লম্মী। জ্ঞান তারক্তুনা ফম্‌থক্তা ফমলগা ঐ ঈশ্বরবু নিংশিংজৈ—মথুয়া খম্মালদা নিজৈ "লাইবক থিবীবু কন বয় ইবুংঙো-।"

খেদোক অহু থোকখ্রবা মতুংদগীদি ঐহাক হাপ্তা অময়োম পুখি অচৌবদা ঈরুজবা থোক্কে। কনাগুম্বা অমত্তনসু ইকমদা ভুপেনবাবুগী মরমদা হৌদোকঅদে ঐনসু মাগীদমক থিজীন খোৎচিনবা তৌরদে। মহাক পুখি মপান্দা হৌজিকসু খোট চোপতুনা লৈরিবর নত্রগা লৈত্রবরা হায়বহু খংলুদে। মহাক্লা ঙাংখিবা য়াঙাংশিং অত্তুতবুদি ঐগী য়াখলশিদা ঙাইহাক লৈত্তনা নিংশিংহনতা লৈরম্মী। শঙ্কাইশেনগী মতৌগুম ঐগী মমলবা থম্মোই অতিয়াদা ঙায়া পাইরম্মী, থংহৌদনা অমুকসু মুৎথি। করম্বা মতৌনো ঐ লেপ্পা ঙম্‌দে।

নোংমগী অথেংবা অহিংনী। মুমিত্তু থৌদোক্তুগী থা মথাই অমগী মতুংনী। অমম্বা অহিংহুদা ঐ অমুক তুমথবা য়াদনা লৈরম্মী। মায়কৈ পুম্নমক অসি পুমচিক চিকলে। তাইবং তাত্রবা চিক্রবা অহিংসিদা ঐ—ইপুরোইবগী স্মৃতি মন্দিরদা পীরাং তানা পাংথেক্লরী। ঐহাক ঐগী খোংগী পুরোন হাপলম্ব্রা হাপলমদবরা হায়বা অহু ঐ কয়া চেকশিন্নদে। কা অহুসু থাউথৈ থাদ্রে। ঐনা অস্নয়া নিংতমদবা পীরাংনা থুমহৎতুনা কায়বা তোইবগী মংলানলক্লা ওয়া খোইনা থাংজিনৈদা মশক খংব্রবা থুবাম অমনা থংহৌদনা ঐগী হকচাংশে পায়রে। মীকুপ

অমগী মঙ্গুংদা মানা ঐ।। চিনশে যেনখে অত্তগা ঐবু গুপকোন কোনশিন্দুনা থাঙ্গৎনবা হোৎনরক্লে। ঐস্তু কন্না লাউগে হায়না হন্না হন্না হোৎনৈ অদুবু চিনসে কন্না যেনখনখিবনা ঐহাক নাতোন্দা অশাংবা স্বর অমুমুক হোনবদগী হেন্না ফদ্রে। পাঙ্গল্লবা অসিগী মমাংদা ঐগী থোং থুংকী অশেংব শক্তি অদু উংথোকপা ঙমদ্রে। পাঙ্গল থোকখিদ্রে। অমত্না মরক অত্তদা ঐবু কাদগী মপান্দা থাংদোকললক্লে। মকম কদাইদা কম্নিগীদমক পুরিবনো হায়বত্থু থংবা ঙমদে। ঐ মংলা তাইবংলা মকম থংদ্রে। মতমসিদদি ঐহাক পাখৎখিবা, অকিবা অমদি অন্নাবনা থুত্থুম চনখিত্থুনা। ঐহাকী হকচাং জ্ঞান লাকত্রে। অশুম লেকখরে।

ঐনা জ্ঞান লাকপা মতমদদ ঐহাকসে লু-হেন্নবা অচোবা কা অমগী মথক্তা শুনাবজলগী মনম্না হারবা ফমুং অমদা হিপ্তুনা লৈরমলে। ঐগী মিৎমাংমক্তদা ভুপেনবাবু ফমত্থুনা লৈরম্মী। ঐনা মীংশে পাংথোকপা মক্তমদা ভুপেন্দ্রনা হায়রক্লম্মী "সুশিলা! হৌজিক নহাক কনাবুস্ত্র কিন্নগন্থু। কনাগুম্বা নত্রগা কনাগুম্বী অমত্তনা নংবু উবা ফংলরোই অত্থুগা ঐথোইনা কন্নি তৌবগে হায়বত্থু থংস্তু থংলরোই।"

ঐ হৌজিক্তি পুম্নমক থংলে। ঐগী গতি লৈত্রে হৌজিক, পদমা তুরেলগী ঈয়াইদা অতাওবা হি অমগী মথকসিদা ঙসি ঐগী সতিত্ব মাঙনবগী মকম ওইবা তারে। ঐগী উপায় হায়ববু পদমা তুরেল ঈয়াইদা কলঙ্ক পুবা হকচাংশে চোংথত্থুনা মাংহনখিবনী। অদুবু হুপাশিংগী পুক্তি মাংনবসে হুপীশিংগী মকমদদি ওস্থোক্র, লুনা থোকই। মরমদি হুপীশিংদা ওস্থোক্র, কিপল্লী, অমদি ইনথৎলকপা যৌবনগী মতমদা হেক্তা মপোকসিগী অর্থ য়াওহন্দবস্থু ঙমদে। মরম অসিমক্তা ঐ ওসিদা মাইরোং য়াত্থুনা লৈবা তারম্মী। কর মচাওবা মানা হুপী ওইবা ঐথোইগী থ,াইদগী মমল

য়ামনবা সনাগী থম্বাল অসিবু লাইখিবীগুম্না নিংঙাইদনা লান্নবদা—! ভুপেনবাবুনা চরাম্নরব নোংশাগুম ঐগী সত্তিত্ত্ব মাংহখ্রবা মতুংকাওবা ঐ শীবা ঙমদ্রে। করম্না মওংদা করম্বা ক্ষিবমদা মানা মাগী অশাম্বা থুংনবা হোৎনখিবগে হায়বত্নু ঐ শন্দোক্না ইয়রোই। মসিমত্তংদদি খংজিনবিয়ু—কৈশালগী মমাংদা য়াওমচাগী করম্বা পাঙ্গলনো? পুম্নমক লোৎখ্র—অশাম্বনু লোৎখ্রহ্নু।

ঐবু চিংত্থুনা পুরকপা অহিংত্থু কাওবা ভুপেনবাবুনা ইনাক্তা কুইনা লৈবীরমদে। *মথংগী সুমিদাংগী পুং ১০ য়োম তাবা মতমদা মহাক য়ুগী নেশানা ফাজনবা ঙমত্রবা মাগী হক্চাংত্থু পুহ্নুনা ঐগী কাদা চংলকলম্মী। মতমসিদা ঐনা থৈজ্ঞে সাধারন ওইবা মীওইবগী রাথল অমত্তুনা পাঙ্গলশোনবী ঐবু তম্নথিনা লাক্লবা ঙমলোই মরম অসিমক্লা শাগী পুকচেল অত্থু লাক্লনবা মা য়ু থকলকলিবনী। মুপা হায়বসে অমুকী মতিক তপথী হায়বসে য়ুপী ঐখোইতনা থংই। কনানসু থংদে। ভুপেনগী মিৎ অনি অত্থু তাংশং তাংলে—থজাই অনি অত্থু অকনবা ঊগী. ইচেম্না হেনমনখিবনা উনশাগী মপান্দা অতাংবা ঈত্থু চেনলবোই থনদে। মহাক্না পাম্বোম তিংথোক্তুনা ঐবু কৌশিল্লকপা মতমদা ঐনা মাগী মিৎয়েং মাংদগী চেম্নবা মাইকৈ থুংনা কোইরৈ লৈরে। অত্থুবু কদাইদা চেনগনী—মাইকৈ পুম্বা ঈশিংগী ঈশিং তাক্লনি। মহাক্না য়ু তাওরবা ছন্দা রাহৈ থর হায়রক্লম্মী—"মুশিলা—! নং ঐবু করিগী কিরিবনো? ঐগী থম্মোইগী লোংত্রবা য়াগী ওইননবগীদমক ঐনা নবু মকমসিদা পুরকই। লেঃ শাওরগত্থু ঐতোন্দ। নংগী খোইথুম্নরবা চিনবান্দু অমুক্তা পীয়্—।" হায়না হায়না মা ইনাক্তা চংশিল্লক্লে। ঐগী হোৎনক্লবা পুম্বা অরেম্বা তারে। মাগী থুবাক অনিনা ঐগী মাইথোংসে কম্না কাজিল্লুনা থমলে। মাগী চিনবানগী নিশানাদা লৈতনবগীদমক ঐগী

কোকসে হঙংহন্দা কৈথোক লৈশিন তৌত্তুনা খাংলে। অমুম লাক্প কানয়কপদগী ঐগী ভুংদা পুন্নিবা শম্বুলশিংশে হিকথরক্তুনা মচোই মচোই থবাক্তা তায়ে—অমদি লেংজুমদা য়ান্নবা অয়োইবা ছাড়ীগী ফিজী অহুস্থ লৈমাইথক্তা তাখ্রে। ভুপেন্দ্রগী অহানবা মীৎয়েংদী এগী চিনথান্দনি। চিনবানগী অপাম্বা অহু থুংলব মতমদদি ঐগী ঙাবথোকফম লৈত্রবা ইনথৎলকপগী থবাক্তী লৈকং থম্বালসিদা মাগী মিৎয়েংহু অমুক তাখ্রে। মাগী চিনবান্না হন্না হন্না লৈহী চুপলকলে। মফম থংত্রবা মৈয়ীগী ঈপোম ময়াম্না ঐগী হকচাংগী শিংলী পুম্বা কুপশিনথে (ভুপেনবাবুদি লেপ্পা লৈতনা ঐগী মথক থংবা শরুক থুম্নিংমক হন্না হন্না তোংশা য়াওনা শাথদোকপগুম শায়বা হৌরক্লে। মাগী জ্বালমুখিদগী পাখোরকপা ঈপোম অহু ঐগী ঙাকথোকফম কৈত্রবা হকচাংদা হৈথরক্লে। কয়াম কুইনা মাগী মনিং থুংননবা হোৎনখিবগে হায়বদু ঐ মতাংশিদগী হায়বা ঙমত্রে। ঐ জ্ঞান তাখিত্রে।)

ঐনা অয়ুক মীকপ থোকলকপা মতমদদি হকচাংসে ওন্থোক্না চোকথখ্রে। ঐগী যন্ত্রণবা উনশাশিংশে দাগফম ঙাক্তা ঙাইরমলে। অকনবা নোংলৈ মুংশিং অমনা হকচাংশিগী মথক্তা অক্রমন তৌখি হায়বদু দাগফমশিংসিনা থংবা ঙমলগনী। ঐহাক্না শম-শিংসে ইত্তোমতা কোইজরম্মী অহুগা কপলম্মী—"হে ঈশ্বর! নংগী থৌজালগী মিৎয়েং অহু কনা লৈজত্রবী পাজল শোনবী ঐখোইদদি অমুক্তকাওবা য়েংবীরোইদরা?" হুমংচুকতুনা ঐ কপ্লুনা খাংলে। ভুপেন বাবুস্থ চংলক্কে।

অহিং মতম অমুক ওইরবা মতমদা ঐখোইনা তোংলকপা হী অহু ঢাকা সহরয়োমদা থর থর চৎপা হৌরকলে। বুড়ী গঙ্গাগী তোর্বান্দা শাবা অচৌবা দলান অমগী মনাক্তা হীহু থাংজিল্লে।

---

# মরিশুবা শন্দুপ

## ( "জুম্ভ্রা শাংলা – ওক্তশাংলা ?" )

ঢাকা সহরদা ঐবু কাক্তিন্দুনা থমলিবা য়ুম অছু ওম্বোক্লা চাওই। ভুপেন বাবুনে, য়ুমগী মীনাইমুবী অমনে, চৌকিদার অমনে ঐনে ঐখোই মরিদগী হেন্না করাম্ব লৈতে। ঐগী থরাইদগী তিন্ন-তোংনকুনা তৌম্বিবা হায়বদু মীনাইমুবী অদুতনি। মহাক চহি ৪০ মুকী লেজানী। ঐনা অসুম থনবদা মহাকসে চহি মতাংনা য়াম্বদুনা মথৌ খাদোকলবা ওক্রবী অমা ওইরমগনা থনলী। মরমদি মাগী য়াওাং য়াত্তা খুদংমক ওম্বোক্লা মরো লৈ। মহাকী মমিং হরিমোতী কৌই। মহাক্না ঐগী চুংওাইনংগীদমক সেবা তৌবতা নত্তুনা মাদা ঐবু য়ুমসিদগী মপান খোকথিগদরা নক্রগা আত্মাঘাট তৌখিগদরা হায়না কুপুশেল শেলী।

ঐহাক হৌজিক্কী ঐগী নুপ্রবীগী ফিজেংশিং অছু লোখোকলে। মতুগী মহুত্ত মমল য়ামলবা ফজবতনা থামলবা ফিজোল ফরাক্না লৈতেংলে। ঐহাকী অসিগুম্বা ফিজোলশিং অসি লেংচিনবীরগা হরিমোতীনা ঐতোন্দ হায়—য়েংউ, সুশিলা! নংগী শককমছু শকয়েং মিংশেলদুদা। অমুক্তা য়েংউ—"পুক্কিছু হিংনিংব্রা—?" মপোকসে পাম্বুরক্লা? ঐহাক্না থাজবা অমা লৈ মছুদি ভুপেন বাংসে লৈক-থম্বালগী ফজবা মশক থংই। ঐহাকমু ঈশাগী শককমশে শকয়েং মীংশেলদা হন্না হন্না কয়ারক য়েংজরে। ঐহাকসে ঐহাক্না হায়বা থাজবা পোকচরে। মুপী ওইবিশীংদা মশাগী চেংলোগীদমক চাওখোকচৈ—মহাকী পুক্কি আশামু মকমসিদা থম্মী। ঐহাকমু ঐগী শকমসে য়ে নুরগা ইতোমতা চাওখোকচবা অমা থম্মোইমুংদা পোকচরে। মীকুপ সদা তৌখিবা পুক্কি ইতিহাস কাওখোকলুক্না খোইরুম মীনোক অমা থামজিনবা নংহৌদনা নোককেৎ হৌক্লরে।

ঐনা মীংশেলদা অসুম য়েংহুনা লৈবক্তদ হাঁয়মোতীসু ঐহাকী পুক্নিংসে থম্ম হুংঙাইরে থনকাঁখ্রে মানা ৎোক্পা নোক্ন ঐবু থাগৎলকই —“নহাক্কসে কম্যাদা লাইবক কথ্বকনো স্তু শপা— ? অচোবা জামিদার অমগী মচানুপানা নংগী কক্‌’ চেংলৌ শিদা ওক্ষংথে । নহা ওইন্নিংঙৈ মতম্‌সিদা য়ারবমথৈ তানশিংবা য় বা তানশিলহৌ । ঐহাকসু মতম অমদা নহা ওইরমী খজবা হায়বক্তস ঐহাকী ওইরম্মী । অদুবু য়েংউ হাজিক্ত ঐহাক মীনাই সুবী অমা ওইহুনা লৈস্নিবশে মরমাদ ঐহাক মত হুদা অসুক মতিক পংলম্মী মথুদি ওইরকদবা মতমগী রাখলদা মীকুপ’মত্তা খলহোদে—” মাদী শুকমেন পাঙমেন রাইহেশিং অদুগী মতিক চাবা মনাদ মহাকী মখজাইদা ককনা থুৎপাক অমা পঁজবনা । অদুবু ঙসিদী ঐহাক পাম্বলশে ওখোক্পা শোন্থে । মহাকা পাপ চেল্লবা রাইহেশিং অহু অসুম তাহুন লৈবদা তারে ।

ভুংপেন্দ্রনা ঐবু হু-মন্নাংরাইরম খুদিংগী ঐহাকী হুংঙাইয়ু য়াক্রবা পুক্নিংসবু থরগথৈ করকবা মপান্দ কোইবা পুখোকলম্মী । মরক মরক্তা হোলদা পুন্নুনা সিনেমাসু য়েংহল্লী । লসগুম ইথক ইরাং কয়াগী মতেংনা ঐহাকপু অমুক শান্তি ওইহনবা ঙংলোই হাঁয়বসে মতুংদদি মহাকসু থংককলে । তৌইঙ্গমসুং মসিদা মহাকী নিংবা কাইবা হায়বতুদ থোক্তে মরমদ মহাক্না ঙসি মীহোরিবদি ঐগী হকচাংশিবুনী, থাম্মোইশিবু হুংশিবিবা নত্তে । ঐহাকী থম শাকবা হায়ববু মহাক হুমিদাং খুদিংগী ওইনা ঐগী কাদা চংলক্তে অমসুং অয়ুক মুংখিলদা ঐগা উয়দে । অদুগা মহাক্না মাগী অনিংবত্ থুংনবগীদমক ঐঙোন্দা করিগুম্বা অমখিবা লৌচৎ অনতা চত্তে অদুয়দি ওইরবদা ঐগী থাম্মোইবু জয় তৌননবা মনা তৌরকপা লৌনম ময়ামহুদি ইশমশি লোইনা কোইলোকখিবকগী হেক্না শাখী । হুমিদাং মহাক্না ঐগী ইমাংদা লাকপা খুৎকী

ওহ্নোক্না লু হেন্না ইনাক্তা চংলকই। মহাকী যাম্নু খাওবা মিংস্না অনিদুনা হেক য়েংলকপা মতমদা ঐহাক করিগুম্বা শমনা মকৈ অমত্তা খাগী খুবাম্ নংদগী লিংখোকপা ওমদে। ঐগী শিংথরুরবা ইনথংলকপগী ইপোম অহু অমুক হোৌগংলকই।

নোংমগী অছিংনী। মহাক ঐগী কাদা চংলকলম্মী। মহাকী মাইথোং অহু ওহ্নোক্ন মকা লামই। মহাক্না চংলকপা হেক উবদা ঐহাক হান্নগুম শিংদোল চোংই। মানা চপ লেপ্তুনা ঐগী খোংদগী তে নফাওবা হন্না হন্না য়েংদুনা নৈবহু উবদা ঐ তৌকম থংলমদে। মতমসিদ ঐহাক্না থলম্মী ঐগী ফিজিথাগী মনিশিং অসি মহাক্না উপ্রবম্ন ওসিদী ঐহাকী হকচাংসিনা মাবু খাগত তৌরোই। ইন্দ্রি অসি কাজিনবা ঙোংনগনী। মহাক ঐগী ইনাক তান্না তপ্না তপ্না চংশিলকলে। মহাক্না ইশাশিদা শোক্তি নৈগী মর্মাংদা ঐনা খনখি মহাক্না ঐগী লেংজুমসে পাইখ্রে হায়না। মরম অসমন্না ঐগী থবাকী ইপোমশিংশে হন্না হন্না কাজিনবা ওমদনা জ্বার কারকলে—চিনবানশিংশে তনিক তনিকলকলে। মানা ঐবু কোন-শিল্লকলত্রা নত্রগা ঐবু নানবিরবর্না হায়বগী চেকশিনবা নৈতনা থংহৌদনা মঙোন তন্না ঐগী হকচাং অসে নপশিনলুরে। ঐগী চিনবান্না মাগী চিনবান্দা খেংলুরে। মিংস্না অনিংসে উইশিন্নুনা ভুপেন বাবুগী মকমদা অনিংবদা পাংথোকলো হায়বগী মতাঙম ঐগী হকচাংসে সন্ধি তৌরুরে। কয়াদা পাঙ্গল শোনথ্রবা—। কয়াদা লোনচং থংত্রবদো—? মহাকপু ঐগী ইপুরোইবম্ন নত্তনা করিগী অহুক পুক্নিংসে শোঙ্ককরী। মশিবু ঐগী ইমাদদা—? ইনথংলকপনা মরম ওইরম্নুন। ঐহাক ওসিদী নহক কোমপুংশিবা তারয়ে। শিংলীগী ঙাইহাক্তং ভুংঙাইবলিনা ঐহাক কনানো হায়বত্তুগু কাওক্রয়ে। অসিগুম্বা অশোনবা থাম্মোইদসি পুক্নুনা ঐহাক কয়াম কুইনা হন্না হন্না থংজথিগনী? ঐ হায়কম থংবে..............। মলিনি হৌবদ............।

অতোপ্পা অহিং অমদনা, ঐহাক্না ঐগী কি অমকাওবা পক্তুকা হকচাংসে চিংনবা লৈতনা মাংদা থমলিব। মীংশেলদ। ইনথংলকপগী ঈথক ঈপোম ময়াম অহু ইতোমত্তনা য়েংজরগা চন্না হন্না বর্ননা তোজরম্মী। ঐহাক ইতোমতগী হকচাংবু য়েংজরগা ইতোমত্তনা হুংশিবা পোকলকলে। সুপ্পাশিংনদি ঙসিকাওবা থংগ্রি, মহুদি হুপী ওইবগী থরাইদগী মমল য়াম্না থঞ্জবা পোৎশকান্ত থবাকী লৈয়াংশিংশিনী। মরমদি ঐখোইনা নিংথৈজ মত্তুদি সুপাশিংবু থরাইদগী চিংশিন্নবগী অপুনবা শক্তিদী হুপী ওইবিশীংগী থবাকশিনী। ঐহাকসু ঐগী থবাকশে য়েংজরগা ওস্তোক্না হন্নাওজবা অমা পোকচরম্মী। মসিগী কজবসে হকচাংদ। কাওরবসু মসিবু বর্ননা তৌবগী শক্তিদী অতোপ্পা রাহৈ লৈরমদে। মরম অসিন। ফজবনি খিননবগীদমক হন্না হন্না য়েংজরে হন্না হন্না নৈনজরে। ঐহাক মতমসিদা ভশেংনা ঙাওরবরা নক্রগা মীওইবগী থনবা য়াবা রাখল অহু মাংলবরা ঐ লেপপা ঙমদে। ঐহাক ইশাগী থবাকী লৈয়া'শে য়েংজরগা ইতোমতা ঙাওজরে। তপ্না তপ্না ঐগী থুৎশাশিং অসিনা লৈরাং-শিহুনা থে'লুরে। মীকুপসিদা খ হৌদনা মুৎঙমজবা ঈচেল অমনা হুহুৎনা চেনথৎলরে। সুপা ওইবশিংনা অসিঙবা তোংশাগী শক্তিশিনা কয়ামগী মতিক ঙাওহনবা ঙম্বগে হায়বহু ঐহাক মতম-সিদা থ'জে। মরম অসিমক্না অতোপ্পা হকচাংগী শরুক য়ে'লুবগী মহুত্তা মীপুম থু'দিংগী অহানবগী মিৎয়েং অসি মসিদত্তা থন্নবনী। থাহ্না লোইবা ঙমলোই। পুন্নমক ঈশ্বরগী থুৎলেমনী।

ঐহাকী কী থোংত্রবা হকচাংবু হাতামত্তা য়েংজরগা কজবা খীরিথৈঙদা ভুপেন বাবুনা ঐগী কাদা চংলক্ত্তুনা ইতুংদা লেপলবহু ঐহাক থংহৌদরে। মহাক্না ঐগী নক্তদা মাপী কোং কোং শাক্লবা চিনবাম্নুনা থেংলবা মতমদত্তা ঐহাক মহাক তুংদা লেপলম্মী হায়বা থংলকই। মহাক্তি ঙসাইমথৈ ঐগী কজবগী অকুপপা অর্থ

থিছুনা ভুমীগ্না লেপলম্বা অদু থল্লুবদা ঐ ইকাইবনা পন্থেংখি। মহাক্কী খোৎলবা খুবামনা ঐগী থম্বাল লৈরাংদা থেংনুনা ঐবু চেজেৎ কোনশিনবীরম্মী। ঐগী মতম শান্দ্রবা পম্মোমসিনা অসিগুম্বা নন্দনকাননগী ভুংঙাইবদু থুগাইবা ঙমলুদ্রে। মহাক্না মনিং থুংনা ঐগী ইকমদগী শান্নজবা ফংজবা তুমিৎ হায়ববু ঙসিগী অহিংসিতনী। ঐহাক্কী ইকাইবসে কোক্লনবগীদমক মাংদা তারিবা সাড়ী অমদি বলাউজ অদু থুজৎতুনা অন্না-ভুংঙাই তাঞ্জাসিদগী কনবা ঙমহৌদ্রে। ঐ মহাক্কী মথাক্তুংদা চেজেৎ কোনশিঞ্জরে মাগী ঙকয়ান্দুনা থুংশিন্না নাম্থোকখিণী মতাংগুম ফাজিনলুরে। মাগী অশাবা চিনবান্দুনা ঐনা অমুক হন্না ঐগী চিন্নানশিনা ঙসিগী অহিংসিগী চপচাবা পাওথুম পিক্লরে। তাক-পিগনী ঈশ্বর! অসিগুম্বা তুপী ওইবিগী অশোন্নবা থম্মোইচি-গীদমক! কনা হায়তুনস্নু অসিগুম্বা লেংই-পান্নীবা সংসারসিদা ঐস্নু ঈ-তোংতনা শাবা মীওইবা অমনি। ঐগী শিংলীগী ঈচেল অসিনা অস্নুক য়ান্না যৌবনগী ইপোম্না কন্না চেন্নবশিদা ঐহাক্কী হৌজিক করি উপায়নো-? শাৎকাইবদা ঙাইরিবা বসন্ত লৈরাংশিবু লৈনম য়াওদনা অরেম্বদা লৈশাৎ ঙম্নবন্না? ফাজিনবা ঙমত্রবা থম্মোইসিগী বীরোধী ওইবসিস্নু পাপ নত্রা? ফরে য়েংলো সমাজ! পাঙলশোনবীগী লাইবক্তা মেয়েক লানা নমজিন্না কলঙ্কগী দাগকমসে—য়েংলরোলাকও!

থংহৌদনা থা অনিগী মতম হৌদ্রে। হন্দক মরক্তী ভুপেন্দ্রগী লোনচৎসে ওন্থোক্না থীনা অহোংবা অমা নাইরকলে। মহাক হান্নগুম ঐগী কাদা তোইনা চৎলক্লরে। মহাক্কী লোন-চৎশে করন্না অহোংবা নাইক্রিবনো হায়বদু ঐ থংবা ঙমজে। অহানবদগি মাবু শাদগী হেন্না তুকচরম্বনী অদুবু মতমগী মতুংইন্না থা অনিগী মতমদি অন্না ভুংঙাই ইপাকসিদা লোইনরকপদা মাগী

মকমদা লৈরম্বা নত্ত' রাখল অহু মাংখ্রে। ঙসিদী ঐ তশেংনা মাবু মুংশিরবনি—মহাক্কবু থনলবনি। নোংমা হরিমোত্তীনা ঐগী অহোংবা খোংথাংসি উবদা হায়রম্মি—"মুপী ওইবিদী'দী মশাদা পুন্সিগী আনন্দ পিরিবা লমজানবহু মহাকী থরাইদগী থেম্না মুংশিব। হায়বসে মহৌশানী। অদুগা মঙোন্দা থনমলিবা খুদম অদুনা মুংশিবগী মুত্তিনী।" ঐনা ঙক্না হংলমই—"নংনা চল্লিব সে করম্বা পাওখোংনো-?" মানা নোকফেৎ তৌনা মুংশিনা ঐগী শমজাংশিংসে শেম্বিদুনা পাওখুম পী—"নংবু মুপী অমা ওইরগা—মামা ওইরকদোরিবী অমগী অহোংবা খোংচৎ অদুবু থংজবা ঙমত্রিবরা-?" মহাকী য়াহংসি তাবদা ঐ ঙকপদা পল্লেংলে। ঐহাক হৌজিক চহি ১৭ কী ইনখৎলকপী অমা ওইরবসু অমসুং নৌনা লুপ্রাশিংদা চনলবসু মমা অমা ওইবগী অনৌবা মহাউ অদুদি তশেংনা ঐ খংলুপ্রে। মরম অসিমল্লা ঐনা খিগৎলম্মী "ঐ থাগৈশেংনা জ্ঞান তাক্রে হরিমোত্তী-! মরিক চুম্না নংগী চিংনবহু অমুক্তা তম্মু—।"হরিমোত্তীনা মাগী লৈজবা লৌশিংদুনা ঐগী চিংনববু কোক্লনবা শন্দোক্না তাক্লক্সী—"হৌখিবা থাদগী ইবেম্মা, ঐনা ন'সে কমুংদতা অনাবা মতম অমত্তা কাইখোক্কনা হিপ্তুনা লৈবা উরকই। মসিগা লোইন লোইননা হন্দক মরক্তি নংসে অশিন-অতং চাবদা থরাই য়াওরকই। মসি পুম্নমক অসিবু মমা অমা ওইগদবগী বার্ত্তন থুংলবা নত্তনা করি অমুক ওইগদগে—? অদুগা ইরোই লোইবদা ঐনা থংজবা অমনা ইবেম্মনা হন্দক থামথায়মরোমসে ভুপেনবাবুতবু থাদোক্লিংদবা মাগতা শান্নবদা চোকথবা নাইদবগী মওংসু উৎজে—ঐনা হায়-রিবসিবু অরানবা য়াওখ্রবরা-? অতিথি স্বাগতগীদমক শেম শাবিরো।

হরিমোত্তীগী অচুম্বা য়ারেংসে তাক্লবদগী ঐহাক লৈতাবা ঙমলক্করে। রাখলগী ইপোমদা তত্তনা মংলাক্লরম্ব। নৌনা

লুখ্রা ওইহৌরবী মৌনহা অমনা কনাগুম্বা অমত্তদা লুহোংদনা অণাং অমগী মমা ওইবা উরবদি কয়াদা খুদোং থিনিংঙাইগী মশকনো—? ইকাইনিংঙাইগী মশক্নী। সমাজসিগী মিৎয়েংগী য়াংমদা ভুপেন্দ্রনা ঐবু নমহুনা চিংলগা লৌথিবা নত্রা? ঐবু লুখ্রাবী অমগী সভিষহ থুগাইখ্রবরা? কয়াদা মপোকশে থিখ্রবনো? নোংমতা হয়াও মোমোন নোকচবা ফংদবা। মুপী খুদিংনা তাঞ্জবা ফিজীগী মনি—মুংশিবগী প্রতিমাবু তাইবং ফাওরমদাইদা কনানা চিন্নাগী পোৎলুম পুনবা য়াওবগে—? অদুবু ঐহাক্কিদি কদাই—? থুংলগদৌরিবা অতিথি অসিগী স্বাগতক্কিদমক ঐগী করি লৈজরি হয়াও মোমোন নোকচনবা—।

নোংমা ঐবু ভুপেনবাবুনা সহরগী ময়াইদা লৈবা য়ুম অমদা পুখীরম্মী। মহু লুখ্রাশংনী হায়বা ঐ খংলকলে। মকমদুদা মহাক্না লুখ্রাশংগী সুপেরিটেন্দেন্ট মেসিজ বাকসিদা ঐবু শীন্নরমই। অদুগা মহাক ঐবু থাদোক্তুনা চৎখ্র। করিগীদমক্তা মহাক ঐবু মফমসিদা থনম্লিবনো, মেসিজ বাকসিগা করি য়ারী শানগ্রবগে হায়বা অকুপপা ময়োলদু ঐহাক খংলমদে। কাইনথংদা বাকসিগী মফমদগী ঐহাক খংবা ওমলে মহুদি ঐগী পুন্সিসে কয়নবা মহাক্না ঐবু মফমসিদা থনম্বনী। ভুপেন্না ঐবু মপোকসিমগী ওইনা থাদোকলমলে। মসি নত্তনা মানা ঐবু মফম অমদা হন্দোকলমলবদি ঐহাক সোয়দনা ওক্তবী অমা ওইহৌরগনি হায়বসে মহাক খনখি। অদুবু মুন্না থম্বরুরবদি ঐহাকসে হৌজিক কনানো? হিন্দু লুখ্রাবী অমা, মাগী শাগৈ'নাতৈ কনাসু য়াওদনা সমাজসিদা ইমাইসি লোত্তুনা লাকলে; ওসি ঐগীনি হায়বা কনাসু লৈজত্রবা ঐবু ওক্তবী অমা নত্তনা করি ওইগদগে—? ভৌইগুম্বসুং করিগীদমক্তা ভুপেন্দ্রনা ঐবু থাদোকপিরম্বনো? মসিনী ঐনা খংনিংলিবা—ঐহাক্না অণাং মচা অমগুম্না মেসিজ বাকসিদা হংলম্মী। মেসিজ বাকসি হায়বসে

অহল ওইরবী লুখ্রাবী অমনী। মহাক পোৎশক থুদিংমকসে মহাও তংলবনি। মানা যাম্না চম্না ঐগী পাওথুম পিরকলম্মী—" রাহংতুনা তাকপদি নহাক মুপাশিংবু মশক খংজ্রি নত্রা? মুপী ওইবিশীংগী নহা ওইরকপগী হকচাংতু মখোইনা অপেনবা লৈতনা শারৈ অত্তগা মমা অমা ওইরকপগী খোংথাংদা হেক থুমাং চাও-শিল্লকলবা মতমদদি অনৌবা তোংশা অমুক থিবা চৎলি। মসি মুপা ওইবশিংগী হৌনশানী। অঙাং অমগী মমা ওইগদৌরে খংলবা মতমসিদা নংবু ভুপেনবাবুনা কয়াম কুইনা সমাজগী মীনোক্ত থাংহনা লৈবিগনী?" মহাক্কী অকাবা লৈত্রবা অচুম্বা রাহৈত্তুনা ঐগী থাম্মোইগী তাশোল ওইররে। ঐহাক খংজরে মুংশি হৈত্রবা ঈশ্বরনা তেল্লবা থা ৬ কী মতমসিদা ঐগী ইপুরোইবা অমঙি গর্ভমুংগী অঙাংশিগী মপাবু মুনবিতুনা অনিরক হন্না লুখ্রাশিংদা চলহনবিরে। হৌজিকপু ঐবু অমুক কপলুকম লৈরিত্রা? অরাবসিদি মতোং য়াওদে পাঙ্গলশোনবী ঐনা হন্না হন্না মহাও তংলবা অনি-ফাওবদা পেনবা লৈতে। চাংয়েংশী লেপলরোই।

অস্তম্না ঐ লুখ্রাশিংদা ইথামুংগী অঙাংশি পোজ্জিফাওবা থা ৮ গী মতম লৈরকলে। অত্তবু ঐনা অঙাংসে হেক পোকপগা মেসিজ বাকসিনা য়াম্না চেকশিন্না অঙাংতু মমা মপা লৈতবা অঙ্গুং লোইশংদা পিথোকখ্রে। মমা অমা ওইবগী মচাগী মকমদা য়েংজ-গদবা মুংশী মিৎয়েংতু অমুক্তফাওবা য়েংজবা ফংহৌদে। ঐহাক্না থা ৮ গী মতম লুখ্রাশংশিদা লৈবশিদা মপানগী তাইবংনা খংবা ভমলরোইদবা কয়া কয়া ঐহাক উজবা ফংজরে। অসিগুম্বা লুখ্রাশং অসি মুপীনা সুপেরিটেণ্ডেণ্ট ওইজরবম্ভ শংশিবু চলাইরিবা কাংবুদি অহল য়াম্না ওইখ্রবা সরকারগী পেন্সীল চারবশিং অমদি ইনাকখুনবা, মহাজন কারবার রালা মুপা ওাক্তনি। নহা ওইরিবা পৈশা পাইবশিং য়াওহনবগী অর্থদি শং অসিগী শেল-থুমগী

অচিনবা মরি কয়া লাইনা কোরুনবনী। মরম অসিমক্তা ভুপেন বাবুনা অসিগুম্বা লুখ্রাশংসিগী মেম্বর অমা ওইরম্মী।

অসিগুম্বা লুখ্রাশং অসিগী মপাম্বোংগী বেব্যহার, নিতী, চৎনবী লোনচত্তী তমজনীংঙাইগী মশক্কী। মুপী ওইবিশীংগী অরাংবা সভ্যতাগী মঙাল কংলবা শংনী। কনাগুম্বা লমলানবা অমনা শং অসিদা করিগুম্বা য়েংবা লাকপা থোকলবর্দি—মানা উবা ফংগনী লুখ্রাবীশিংনা অয়ুক্কী মতমদা গীতা, উপনিষদ, রামায়ন, মহাভারত কুম্বা ধর্ম্মগ্রন্থশী লাইরিক কয়া কয়া পাম্ননা লুথ্রা অমা ওইবগী ইকাইথুম্নবা উংলমগনী—মসিদম্ন নত্তনা করম্বা অচম্বা পুক্নিদা ইমুংগী কুপনোম কয়াদা মথরাই য়াওবগে হায়বম্ন তশোনা উগনী। তোঈগুম্বসুং অসিগুম্বা আলয় অসিদা সুমিৎ নিনি ছমনিদং চোম্বনা লৈবা থোকলবর্দি মহাক সোইদনা অসিগুম্বা অঙোবা ফিজেৎসুংশিদা অমুবা ফিজোলঙাক্তা শেত্তুনা সমাজমাংদা উৎ চাইবনী হায়বসে হেক্তা থংবা ঙমলগনি। মরমদি মহোইদী সমাজগী দমক লুখ্রাবীনী মশাগী গীদমক্তদি সুংঙাইবা পামজবী ইনথৎলকলিবী ঙাক্তগী রাথলনী। তম্বা ঙমত্রা মীওইবগী রাথলবু?

মতম কুটনা শংশিদা লৈরক্রবা লুখ্রা অনি-অহুমদি ঐগী য়াম্না ভীম্নজবা মরুপ হায়বম্ন ওইংক্লে। মীপুম খুদিংনা হেক তাবদা নোক্লিংগদবা হিন্দু সমাজ থরগী চৎনবী থর লৈ। মহুদি মথোইগী নিংঙোলশিং অসি চহি ৭ | ৮ দা হেক্তা লুহোংথোকপী। ঐগী মরুপ প্রতিভা হায়বিসি—মপুরোইবা হায়বা অমদি লুহোংবা হায়বম্নুগী অকুপপা অর্থ অমত্তা থংদনা মহাকী চহি ৮ গুবা মতমদা লুখ্রাশিংদা চনখোই। ঐহাক্তী অনিগুবা মরুপতুগী মমিং লতিকা কোই মহাক্তী ঐগুম ঐগী চহি লেপ্তাদা লুখ্রাবী ওইহোৎবনী। মাগী মপুরোইবা অত্নু লুহোংবগী অহানবা অহিংদা লীমা চিক্তুনা শিখিবনী। ঐহাক্তী অহুমগুবা মরুপতুনা আলোকা

কৌই। মহাক ঐঙোন্দগী চহি ৪ য়োম হনলমগনী। মহাক্তি অনিরক হয়া লুখ্রাবী ওইরবিনী। অহানবা মাগী নৌপ্পিবা মপুয়োইবহু শিগ্রবা ভু'দা অনিম্নবা পথ্রা অমদা অমুক লুহোংলুবনী। মহাকত্থু চহি অসিগী মমাংদা অহুম শিগ্রে।

ঐনা অহানবদগী পনজগ্রে অসিগুম্বা শংশিদা লৈবা লুখ্রাবীংশিসে ইমুং মচুংগী কুপনোম, অমদি অচম্বা পুক্নি য়ান্নবগী লমচৎ শেম্বদা অয়ুকী মতম মখৈদী মঙক হাইগৎচবক্কা ওবা ঙম্মদে। ময়াম্না হেক শংনম্নিবা মতম হায়ববু হুমিদাংরাইরমসিনী। অসিগুম্বা শং অসিদা কমিটিগী মেম্বরশিং অমদি সুপেরিটেণ্ডেণ্টকী হুকুম পাইবা মীওই থর নত্তনা অতোপ্পা চংবা য়াদে হায়না হায়ন্থ পনগ্রে। মখোইশিং অসি কাম্নত্রবা লৈকং-খঙ্গালশিংসিবু মপান্দা পুখোকপা, ময়ুমদা পুশিন্দুনা রায়বা ১পোকশিং অসিদা বসন্ত হৈনোং থর থরা পীবিদুনা লুখ্রাশিংগী পুক্নসে অমুমুক হিংনীংহল্লী। প্রতিভানা ঐঙোন্দা হায়রম্মী—মহুদি মহাক্কী শ্যামবাবু কৌব লল্লোনবা হুপা অমগা তত্তনা খোংবু ওইমিন্নে। হায়রিবা শ্যামবাবু হায়বসে চহি ৪০ য়োমগী লেঙ্গানী। মাগী হুপী অমদি মচা অহুমন্থ লৈ। অদুবু হৌজিক মাগা মখোইগা করিগুম্বা মরী অমত্তা লৈনখিদ্রে। মানা প্রতিভাগী মনাক্তা থাংজ খুদিংগী শুমিদাংরাইরমদা লাকই। অদুগা প্রতিভাবু মপান্দা পুখোকখি। সিনেমা হোলদা অমদি হোটেলগী মাগী হ.ম্নমা রিজার্ভ তৌরবা অচিকপা কাদা মাবু হেক হেক পুশিল্লী। প্রতিভানা ঐঙোন্দা লিখরকই মহুদি শ্যামবাবুসে মাগী হুপী অঙাংগা লৈমিন্নত্রবন্থ সহর অসিদা মহাক্কী য়ুম অমা মতোমতা লৈজনবা লৈ। হায়রিবা য়ুমশিদা প্রতিভাবু লোংমত্তা পুশিন্দে। প্রতিভানা অমমমজ্জা ওইনা মাগা শ্যামবাবুগা চৎথরকপা খোংচৎকি ইতিহাসতু লিখরবই।

শ্যামবাবুগা লোইননা খাংজে হুমিদাং খুদিংগী চংলিবা হোটেল অসি হোটেল পুম্মক্তগী পুমতোপ তোপ্পনী। মকমত্তুদা হোটেল অতৈনা তৌনবগুম চান-থক্লবগী করিগুম্বা থৌরাং অমত্তা তৌনদে অদুম ওইনমক সহরসিদদি খ্যাইদগী মখো চিন্নবা হোটেলনী। হুমিদাংদা চিন্নীবা অসিগুম্বা অদুক হুংখিল চিনলমগদবা চিন-লমলোইদবা হায়বদুদি থংদে। অদুবু মানা খাংজ হুমিদাং খুদিংগী চংবা মতমদদি সহরগী ওইবা মীওই করানা হোটেল অদুগী কা কা খুদিংমক্তা লোইনা জুড়া জুড়া চংনথি। থরাইদগী হোটেল অসিগী অগুকপা অমনা লাকলিবা মীপুম খুদিংমক যামদ্রবনা হুপী অমমমদি লোইনরকই। হুপা মশিংদী মরি-মঙা গুবস্ত ময়াওই। হায়রিবা হুপীশিংদুদি কদাইদগী লাকপনো হায়বদুদি খংবা ওমদে। অদুবু লোংমদি প্রতিভানা হোটেলগী Bath room দা লৈরিবৈদা তনো তনৌরীবী ইরাংগী মচুনা থাম্মলবী হুপীমচা অমা থেংনৈ হায়। মহাকসি কলেজগী ছাত্রিনী—লুহোংত্রিবীনী, অমদি ইকাইথুম্নকম ওইরবা ইমুং অমগী নিঙোলনী। মহাকসে য়াম্না তোইনা মাগা লাইরিক তম্মিন্নবা মাগুম্না লুহোংত্রিবা ছাত্র হুপামচাশিংগা লোইননা হুমিদাংবাইরমদা লাকই। প্রতিভাবা মথা তারকই—মতাংসিদা হুশিলা! ঐস্থ নৌরিবী হুপিমচা অদুগীদমক খনলুবদা নিঙমদবা অমা পোক্ত না মঙোন্দা ঐনা হংলম্মী—“নংমা ইবেম্মা, মতমসিদা য়ুমদগী মপানি খোকলকপদা অহল লম্না থীংদ্রা—?” মানা ইরাই লাইনা খুমলোরকই—“ঐখোইগী অহলদি অদুক হান্না খুবুংগী মী নত্তে। ঐখোইবু মহোইনা মকম মতম খংদনা ইতোমদা ওইরবস্থ নত্রগা হুপা ইমানবশিংগবু ওইরবস্থ কুম্মৈ ফিরোং য়েংলিবা মতমদা য়ুমদগী মপাল খোকলকপদা অথিংবা লৈতে। তৌইগুবম্বুং মখোইনা ঐখোইশে অসিগুম্বা হোটেলদা চংদুনা মস্তুংদা কন্নি কন্নি তৌবগে হায়বদুদি খল্লমলোই।

থংলবস্থু অকাইবা লৈতে, মরমদি ইশাবু কয়নবা অমদি কননবগী-দমক্তদি ঐখোই মতিক চানা ইহৈ হৈরে। মখোইগী দরকার অমুক চংগ্রে—।" অওকপনি সভ্যতাগী মঙাল কংলবা হৌজিকী নহারোলশিংগী রাখলশিংস্থু ফুগী-স্থুপাগী মনিং মথা ভোনা শাম্নিংবা মওংদা' শামবগী পাজল কংবা হায়বসে লাইরিক্তা য়াওরবা পাড়া অমনি'। কয়িনা ফুগীস্থু স্থুপাগা পাজল চপ মাম্নবা য়ারগনী হায়বা নিয়মসে মখোইদি রাখল লৈরবা লাইরিক হৈরবা ঙাক্তনীনা অচুম্বা অর্থদা থুমাং চাওশিনখ্রে, সমাজ শেমগৎপগী খোংবু ওইরমগ্রে —ইগ্রি' পেমনবগীদমক জুড়া ওইরমলে। মসিনী হৌজিকী শিংলবা নহারোলশিংগী লোজীক—মখোইগী দর্শনশাস্ত্র—।

প্রতিভানা য়াম্নী মথা চথরক্লম্মী—ঐবু শ্যাম বাবুনা হোটেলদুদনা পুশিনবা স্থুমিত্তো কদোমদগী লোরুবনো থংদনা হাওরবা অথুম অহাওঁ কয়া পিজরম্মী। শ্যাম বাবু মতম থুদিংদা য়ুস্থ থয় থয় থকই—ঙাওনবদি থক্তে। মানা ঐবুস্থু য়ু থক্লিংবা খোক্লবদি থকপা য়াননবা পাজল পিখোকই। মহাক্না ততনা ঐঙোম্না হায়—"প্রতিভা! য়ুবু ঐগী রাখলশিনা ওম্বগী চাংদা থক্লবদি, মসিনা ইকমদা ওম্মোক্না মতমগী স্থুংঙাইবা হায়বস্থু পী। মংকস্থু থংলী ঐদি চয়োলসিমা চুপ্পা ললোন-ইতিক কারবারদা কোকসে ঙাইহাক্তং হাইগৎপা কাওবা ঙমলুগ্রে, অসিগুম্বা চাপ্তা অসিমদা নোংমতং পোথানবা কংবা স্থুমিৎশিদা ঐগী শক্তিশীং অসিবু মপাঙ্গল কনথংহনহোত্রবদি ঐহাক করম্না থবক ভোথা ঙমগনী। থমদং থকপা হায়বসে স্থুগীশিংগীস্থু অকবনী। য়ু থকপবু কত্তনি হায়রিবা কাংবুস্থ অপাংবনী—".

ঐনা প্রতিভাগী মকথদা মহাক্না শ্যাম বাবুপা হোটেলদা থাংক থুদিংগী মখোইনা করম্না লেনবগে হায়না হংলম্মী। মানা ঐবু তাহমবগীদমক্তা অমমমতা ওইনা চিথদনা লিথরক্লম্মা—

শ্যাম বাবুসে……সুশিলা। মাগী মকুমদা ঐগী অঙকপা লমা লৈখি। মতুদি ইহান হাম্না মানা ঐবু হোটেলদা পুশিনবা, সুমিৎ্‌ অচিকপা কাদা মুপা-মুপী অনি লৈমিন্নরগা মুপা ওইবা অমনা খুমাং চাওশিলকদবা কয়া অতু ইকমদা তৌখিদে। মানা ঐবু লাইবকসিদা তুংশিনা অমুক কাওবা চুপ্পিখিদে। তুমিত্তুগী তুমিদাংবাইরমদা মাগা ঐগা সিনেমা য়েংমিন্নবা অদুদস্থ মানা ঐগী খুদাংশিফাওবা পাইখিদে। সিনেমা অতুদি ওন্থোক্না মতমগী চুনরবা লীলানী। মুপী ওটবিনীংগী অসিগুম্বা মথৌ থংদবা মুপাগা অমম্বদা মুংশি-মুংওনগী লিলা য়েংমিন্নবসিদী ওন্থোক্না খোইদৌ শাওগৎকমনী। মরম অসিনা ঐহাক অহানবা তুমিত্তুদা ওন্থোক্না নিংবা কাইখিবনা মথংগী থাংজদদি শ্যাম বাবুগা লোইননা মপালদা থোক্নে খনলুত্রে। তৌইগুম্বসুং শ্যাম বাবুনা ওল্লকপা থাংজদা ঐবু অমুক হন্না হান্নগী মকমতু নত্তবা অতোপ্পা মুংগাইরবা মকম অমা য়েংহনগনী হায়তুনা নমতুনা পুখোকপিরম্মী অতুবু হৌখিবা থাংজদা চৎলুবা হোটেলতুমক্তদা অতুম ঐবু পুশিনবীরে। মতমতু মুমিদাংগী পুং ৮ লোম তারমলগনি। মহাক করিগুম্বা ঐখোইগী চান-থক্কবগী মরীদা হোটেলদা করিগুম্বা অমত্তা থংহন-লমত্রে। অচিকপা কাতুদা হেক চংলকপগা মানা ঐগী খুদাংসে কয়া অতুম পাইশিনবা হৌরকলে। ঐহাক্তী মাগী য়াম্না থুনা হোংখিবা লমচৎশি উবদা ভক্তবা ভমখিদে। ঐনা মতোন্দা হংলম্মী—“নংবু ভাওরব্রা-?” মহাক ঐগী পাওথুম পিবগী মতুত্তা থুনা য়াংনা নমতুদা ঐগী সাড়ীশে লোখোকপিরে, মথংদ ব্লাউজসু অমম্সুং হুঁকচাংলিলা শকলিবা পোং খুদিংমক অমমমতা ওইনা লোখোক্লপা মাগী কনলবা পাম্বোমতুনা কমা কোনশিন্দুনা অশাবা ষর অতুনা ঐগী চিন্বামসিগা তিন্নহনরে। ঐনা নাম্হোকদনগী বন হোৎনৈ। কাম্নখিদে। অমদি মাগী খুনাং

চাওশিন্নকপা মন্নামস্থু ঐস্থু অমমমত্তা য়েংনিংই। ইমাগী কোং কোং শান্নবা চিথান্না ভাইহাক ঐগী হকচাংগী শরুক অন্নাব্দা নৈত্তনা লৈন্নবগী তুংদা মাগী অখোবা মন্না অত্তুনা ঐগী ইনথংলকইবা থবাক্তী জুবাকুসুম অসি কন্না চিকথংলক্লে। মতম'সিদা ঐ নামন-প্রত্তুনা লাওগে থনদী অত্তুবু ওম'থদে। ঐদি মতমত্তুদা লুথ্রা ওইরৈজে হান্নবদ'নি—মুপা অমা ওইবগী তমথিবা লিচৎ অত্তুদি মুকথেং থেংনথিত্রী। ইপুম্নোইবত্তুপা ঐগা নোংমত্তা উন্নদনা অত্তুম শীথ্রবনি। অসিগী তুংদা করি থোকথ্রবগে হায়বত্তুদি ঐ নিংশিংকম থোক্তে্র। ঐনা থংবা হান্নববু মতম থন্ন ঐ জ্ঞান মাংলুই। ন্নাথলসে মাংথিবগা লোইন লোইননা মংগুম করিগুম ঐগী নাকন্দা হিপামিন্নরীবা মহাক অত্তুগ লীলগী মত্তৌগুম ন্নেং'শন্নত্তুনা থন্ন ফুইনা ফুইনা হোন্দুনা তুমথথিবোই নিংই। ঐনা হৌগৎ-লকপা মতমদদি ঐগী হকচাংশে চোকথবগা লোইননা মকম থংদনা অনাবা কন্নান্থু কাওরে। কমুগী মথক্তা হিকথনা তাত্তুনা লৈরে।

অত্তোপ্পা অহিং অমদনা শ্যাম বাবুসে ওস্তোকপা মওং কন্নানা ঐবু শান্নবা হৌরক্লম্মী। জুমিত্তুদি মহাক ন্নু থরম্থ থক্লক্লে। জুমিদাংগী পুং ১০ ন্নোম তান্নমগনী মতমত্থু। শ্যামবাবুনা ঐত্তোন্দা ন্নাহং থন্ন হংলক্লম্মী—"প্রতিভা! ঐনা নংবু ফুন্নব'দি নং নাকা কাওগত্রা? নংবু ঐনা খুবামসিনা কন্না চপশিন্নবদি নং কপলকত্রা।" ঐ গুকপনা পন্থেংলে। মাগী পাওথুম লৈতবা ন্নাহংত্থু তাবদা। মহাক্কা অমুকন্থু হন্না হায়রক্লম্মী—নেংনা লৈজবা পুথোক্তুনা ঐত্তোন্দা ফুজন্নবা অমদি ঐবু শিথ্রশত্থু হান্নবা নংগী পাথোমত্তুবা কোন শিনথ্রবস্থু ঐদি অন্নাবা কাওরোই থোইন হেমক্তুম মুংভাইগনী। ন্নাহৈ অসি হায়বগা লোইন লোইননা ঐবু মথাত্থুদা চেজেৎ কোনশিন্নরে। ঐগী থোংলকা হকচাংগী কন্নাৎ পুথা হন্না হক্কা

মোইথা হৌরকলে। মাগী খোঙাদ হৈত্রবা ভমখিবা লিচত্ত্ ঐ শাংবা ওমত্রে। মতাংসিদা মাবা অমুকস্থ পাওমেনলকই—"অসিস্থবা অশোকপা অনাবা অসিদগী হেন্না হুংওাইবা সংসারসিদা লৈত্তে।" ঐহাক্তি মাগী ব্রাহৈ অমকাওবা জ্ঞান ভাবা ওমদে। ঐহাক্কা মাগী মকমদা য়াম্না নিংঙমলনা হংলম্মী—"করম্বা লিচৎনো শ্যামবাবু। ইত্তোমতা ওাইয়বা মতমদা নংনা পাংখোকলিবসে। নত্তোমত্তা খংজো, নহাকসে করাদা ভমখিথ্রবনো? অমুক অশোক-অপন্না থনবা থবক অসিদা করি হুংওাইবা ফংত্তি-? নওশুম্বা মীশে ঐহাক থেংনখিত্রী।" মহাক্না পাওখুম পিরকই—"ঐ অহুক য়াম্না ভমখিবা মী নত্তে প্রতিভা। হুপা পুন্নমকশে চিকথোকপা অমদি চিকখিবশে পান্নবা ওাক্তনী। নরাইথক খিবদগী নংদি নহা ওইরিঙৈদা নংগী নপুন্নোইবা কাইনখ্রে। নংগী নপুন্নোইবত্থু ওসি কাওবদা হিংলম্বা খোক্লবদি ঐনা ওসি অহিং মকমদা তৌরিবা অসিগুম্না অহুম মত্তোগনী। নহাক মমাংদা কনাওম্বা হুপাগী থুবান্না অমুক্তা শোকখিত্রী অহুগা হুপী ওইবিশিংস্থ চিকখিবদগীদি চিকথোকপনা হেন্না পাম্মী হায়বসিস্থ নং খংকাজ্ঞী। মতমগী মতুংইন্না নহাকস্থ অসিগুম্না থর য়াম্না থেংনরবদি পংনা লৈরম্বা বুদ্ধিত্থ জ্ঞান ভারকখিগনী। প্রতিভা! নংনদি খংত্রি নংগী পোমশাংনবী হকচাংশে উরুবদা মকম খংদনা মচেৎ মচেৎ শেগাইনিংখি। ঈশ্বরনা হুপী ওইবিগী হকচাংশে অমুকী মতিক খোং নৌনা শাবীরকই মরম অসিমত্তনা হুংদগী হেন্না কন্নবা হুপাশিংসে মমাংদা মহী ওইবা চেটৈ। জগৎসিদা অনাবা লৈতবা মকমত্থুদি হুংওাইবা হায়বত্থ লৈরম্নোই। হুংওাইবা হায়বসে অনাবদগী পোকনকপনী—অনাবা হায়বসিস্থ হুংওাইবতগীনী। নরাইথক খিবদগী ওসি কাওবা নং মমা অমা হায়বত্থু ওইজি। হুপী থুদিংমক্না মীওইবগী মকমদগী কংবা ভমখিনা নাখ্রবা পোংশকখি

মরম অসিনা ডাক্তরনা ঐগী সাড়ী, পেটকোট, ব্লাউজশিংশে অময়মত্তা লোথোরকপা অসিদা। ঐহাকী থরাইদগী হেন্না খুদোংথিবা মিকুপ হায়বত্থু ওইরম্মী। অত্তুম ওইনমক মতম অতু কাওবা ঐহাক ঙমজরী পাঙ্গল পুথোক্তুনা তুমীন্না লৈননবা হোৎনরমী।

কাহ্‌দা কনাগুম্বা নত্রগা কনাগুম্বী অমত্তা লৈতে! মরমদি অসিগুম্বা তাংলবা মতম'সি কংননবা ডাক্তরদি য়াম্না চেকশিন্না হোৎনবা জাৎনি। মহাক্না অসিগুম্ব ফিথোংত্রবা হকচাংসিবু টেবল মথক্তা হিপহল্লগা মাইকৈ খুদিংদা চত্তুনা তোঙানবা মিৎয়েং কয়া য়েংতুনা ফজবগী মচাক থিরম্মী। অসিগী তুংদা মানা য়াম্না চিংলেম্না ঐগী অথেৎপা হকচাংশিং অশি পায়বা হোৎলম্মী। মানা পামজবা থরাইদগী চেৎনা লোত্তুনা থমজবা তোংশাশিংছু মাগী খুবাম্না য়েংলুবা মতমদা মহাকী শিংলী খুদিংমক্তা ঈগী ঈচেলতু কয়া চেনথৎলকলমাল্লে থুনা য়াংনা ঐবু অনাবগী লাইয়েং য়েংনবা পরিক্ষা তৌবিবগী মহুত্তা ফি য়াওদ্রবা হকচাংশে চেজেৎ কোনশিল্লকলম্মী। অসিগুম্বা ত্রক্কামক্তা ফংঙমদ্রবা মপোকসিদা মুপী ওইবীশিংগী লোন্না থুপ্না থমজবা লৈরাংশিবু ইরাই লাইনা নাচোম লৈচন শেমজিন্দুনা হেক্তা শমজিদা য়েৎননবা হোৎনরকপশিদা নহা ওইরবী ঐনা কয়াম কুইনা থিংঙমদ্রবা ঈচেলশি থাংহ্নুনা লৈবা ঙমগনি শুশিলা। ঐ থুনা য়াংনা ওপেরেশন টেবলত্তুদগী হোৌগৎলে অত্তুগা ঐগী ঈকায়বা ঙাকননবা ঐগী থুৎ-লাংশিনা মাগী পামজ' লৈরাংশিংশে থুমজিল্লে অত্তুপা ঐনা ডাক্তরদা চৈরম্মী—"করম্বা মত্তোনো ডাক্তর সাহেব—? ঐবু হুংনা শাবা মুর্ত্তগুম থনবিবরা ? ঐ নু-তোংনা শাবা নংগী নকমদা লাইয়েংনবা চংজরকপা অনাবী অমনি। অসিগুম্বা শিতি য়াওজ্রবা থবকসিদা নংগী করি তোংজবা লৈ। কয়ম্বা হুংঙাইবনো নহাক্না মক্কমশিদা ফংজিবসে—? অনাবা য়েংবা ডাক্তর অমগী অর্থবু মলিরা—?"

ঐহাক্না থাজদনা অহুম্না হৌগৎলগা তেৈঞ্জেঙুম্বা অসিগুম্বা থৌরম্বা য়াহং কয়া অসি হংলকপদ্‌া ডাক্তরদু ঙকপনা পম্মেংলে। অদুবু মতম কুইনা অসিগুম্বা পাড়ান্দা লাম্মেংনরকলবা, হয়া হয়া চিনফা পুখ্রবা ঝারেং ওইখিবনা মাগী মশাদা থোইদোক্না পাখৎপা অমদি শোম্বা হায়বদুদি থোক্তে। মানা ইচম চম্না পাওথুম পিরকই হুলিলা। "আলোক দেবী! ঐদি জ্ঞান য়াওরিবী কনাগুম্বী অমগুদম্ ঐগী পামজবসে ফোংদোকখিত্রি। মহোইবু অমুক্তম্ য়েংজক্লত্রি। ঐনা থংবদি হুপী অমা ওইবগী ফজবসে কুপ্না য়েংবা তারবদি জ্ঞান য়াওব্রবী অমদা ইনিং তৌনা য়েংলগতা অনিংবা থুংই হায়বসিমদি থংই। নহাক্লদি থংত্রি পৃথিবীগী ফাওরবা ডাক্তরশিংসে অশিবা হুপীশিংগী মফমদা থোইদোক্না থরাই য়াওনা অপাম্বা পোকই হায়বসে। মখোয়বু 'নেক্রোফাইলস' হায়না থংনৈ। অদুম ওইনমক ঐহাকমক্তি অশিবা হুপীশিংদা অদুক হাক্না থিজীল হুমজিনলুত্রি। মরমদি মহোইবু অলেংবনি হায়না লৌই। ফরে পুম্নমকসে ঐগী ফজবা নিত্তৌনি — ঐদি কৈদৌহুংদা থুপলোই হায়দোকলিবশিনি। অদুগা য়াকম অমনা ঐনা কয়া থাজবা পোকই মহুদি তংখাই অমা জ্ঞান তাব্রবা মতমদা নত্রগা তংখাই তুমলবা মতমদা নংগী নপুরোইবনা হুংশিনা কোনশিন্দুনা থম্বীবা অদু তাইবংগী হুংঙাইবদগী শরুক চামা হেনলি হায়বসে নং নশামকম্ থংলমগনী। নংনা হংবা য়াই—য়াথল য়াওব্রবী জ্ঞান নৈত্রবী হুপীশিংবু ঐনা করিগী অম্ক পামলুরিবনো হায়না—? মরমদু তাও ঐ হায়গে—অহানবা অচৌবা মরমদি হুপীশিংগী ফজবসে জ্ঞান তারিবী অমগী ফজববুদি জ্ঞান তাব্রবী অমগী ফজববু য়েংবনা শরুক চামা হেন্না ফজবা হেনলী। অনিম্বা মরমনা জ্ঞান য়াওব্রবী হুপী অমগী মশাদা মাবু শাম্নরিবা হুপা অদুগী অপাম্বা মওং কয়া য়েৎনবা নৈতনা কোমনা শাম্নবগী খুদোংচাবা ফংই। নত্রবদি হুপীশিংগী

ঈকায়বনা মরম ওইরক্না শায়বা অমু মপুংফাবা ওমনে। অহুমমুবা মরম্না অসিগুম্বা মীলনগী পুংকমসিদা মুপী অমুনা মথম্নাই য়াওত্রবদি করিগুম্বা অরাবা অমদি অনাবা অমম্বা মশাদা ফাওনে। মুপা হায়ব স মহৌশাদগী শাগুম্না তমথি হায়বা য়াই, মুপী ওইবিশীংনা মহোইগী অখোংপা হকচাংমুদা অসিগুম্বা তমথিবা লোমচং অসি য়ানা খাংবা য়াই। অরাবা অসিবু কিবদগী কনাগুম্বা মুপীশিংনা মখোইগী অখোংপা মশাশিং অমু কনামম্তুনা শায়হন্নিংদে। মরমসিনা মুপী অমুনা জ্ঞান য়াওত্রবদি অসিগুম্বা য়েংনবা অসিগু লৈরয়োই। অমুবু অসিগুম্বা মওংসিদদি অমুগুম্বা মুংশিবগী অরা-মুংঙাইগী লানফম অমু মুপীশিংদি খংনবা তারবনী। মুপাশিংশে খরমথৈ ওইজবা থি মরম অমুমম্না মুংঙাইরবা লীলা অসি ঐনা তত্তুনা ইনিং ইথা তৌনা শায়রমবনী অলোকা—! অমুবু ওসিদি মমুগী পম্বুং লাক্লে। ঐহাক্কী অরেপ্পা পনথৈদি মতাংসিদা ওইরগনী। অমুনা ওদিদগী অসিগুম্বা ঐগী নিতি কায়বা লীচং অসি ঙাকথোক্লবগীদমক নহাক ঐগী খোংলোই ওইরো—! ওপরেশন টেবল মথকসিদা নংগী ফী খোংদ্রবা হকচাংমু অমুক্তা মুম্না য়েংননবা ঐঙোন্দা পাঙ্গল পীরো—সেঃ—।”

মুমিৎ অমুদগী মুশি! ওসি কাওবা ঐ ডাক্তর সরকারগী অরোনবা ওপেরেসন টেবলগী মুপী ওইরি। অমুম্না কয়াম কুইনা লৈখিগনি ঐ অম্বা ওমদে।

মরুপ অমুমগী য়ারীশে অমমমতা মথং মথং তাথয়কপসিদা ঐহাক অনৌবা মঙাল অমা খম্মোইম্লুংশিদা উখিবগুম তৌখি। অদুবু অমম্বা মরক্তা খংহৌদনা য়াংখি। মৈঙাল অমু য়েংননবা কম্না নিংশিংনা হোৎনৈ। অমুক থিবদি ফংদে। মাংত্রসমু।

মতম কুইনা তারকউ য়াখিদ্রবা অথাংকনবগী শিরাংসিদি ফাজিনবা ওমহৌদনা মীৎলুসিদগী মরিক অনিদং তোপ তোপ তাখিরম্মী।

** ** ** ** **

# মতাশুবা পন্দুপ

## ( পুন্যগী আশ্রমদা কলঙ্ক )

*

ঐনা লুখ্রাশংশিদা লৈরকপসে হায়না হায়না চহি অমা কাক্কিনলকলে। অসিগুম্বা তেল্লবা মতমসিদা করম্বা পুন্সিদা অমুবা আলীবা কুপশিন্দুনা মোং-হাত্রবী, ধর্ম্মগী নিয়ম কায়ত্রবীগুম নৌরিবী লুপ্রাবীশি শিনা হেমন্ত ঋতুদা বসন্ত কোকিলগী গুম্মাংপা স্বর তাহনা লৈবগে হাযবহু'দ ভশে'না থ দে। সমাজগী লাওরবা মিংসিদা অচৌ অপাং লেমজনকন মশক ওইরবা মীওই কয়ানা হন্না হন্না উফুল চাটশিন্দুনা পাংবা ঙমদবমথৈ লৈহল্লগা কনা উরবোই মতাগুম লম্বোইবগী পেড়ুয়া ফিজোলচু লংশেক্তুনা অনৌবা মতমগী ফিজোলনা লৈতেংপগা অকি-অথং লৈতনা পাঙ্গলশোনবী কয়াবু নরকী কোমদা চিংশিন্নবা লাক্লবসে উক্কবদা ঐহাক থম্মোইসে হন্না হন্না মচেৎ মচেৎ তানা কায়খ্রে। সভ্যতাগী মৈওালদা খেক্লা জগোই শাদুনা সমাজবু হোংহনবা ওম্বা শক্তিবু পায়হনা নিংঙাইদনা মশা মশাগী লৈজবা অধিকারবু মতাং অমা নত্রগা মতাং অমা হাযজিল্লগা খোংউপ বুটনা নেৎথৎলি। খাংবা রারবা হ'রভক্ত শংনা গতি লৈত্রদুনা পাংলবসু উবা ঙমত্রবা মিংস্না অনিহু উইশিল্লগা পুন্ন তিন্নরগা হরিসঙ্কির্ত্তণ লিংখংলি। করিগুম্বা জামিন্দারগী মচাম্নপা ভুপেনবাবুগা ডাক্তর সরকার, শ্যামবাবু অমদি মিষ্টর হালড রগা চাংদম্নবা তারবদি ভুপেন্দ্রনা ওম্হোক্লা হেম্না মরমচৎ চুম্মী হায়বা যাই। করিনা শেজ্জাও শায়বা জামিদারশিংগীদি মীথা খোংবা কাংবুবু ওৎনিংবা মওংদা ওৎপা হায়বসে পারোন পুরোন্দগী চৎনরক্লবা মহোইগী নিতিনি! অহুগা সোমদদি সমাজ সংস্কারগীদমক চোংথোরক্লবা লৈতন্দাইর,

অৱা-অনা কয়া কোকপিনবা ডাক'প শেনবিবা ওইনা থোকলক-লবা—ডাক্তর, উকিল ওৱা। গুরু কয়াসিনী শে.লবা খম্মোই-হুংশিদা অমুবা কাশি তৈশিনলমগনি হায়ব'সদি ঐথোৱদি ঙহালমখৈ থাজরদে। লৈবাক অমগী ভাগ্য বিধাতাদি মথোইগী মরেংবান্দা তোংহুনা লৈরবনি। অসিগুম্বা মুপী য়াওবা সমাজ অসিবু শেমগৎ শাগৎনবা থোকপিরকপা কাংবুশিংগী রাথলদা উঙমদ্রবা কদঙ্কশি অহুম য়াওহনা লৈরব'দি ভশেংনমক লৈবাক অসিগী কিবম লুরবনি। অহুবু ঙসিগী মকমসিনদি লৌশিং থেনবী পাঙ্গল শোনবী ঐথোইদি থো: খুংসে হয়া হয়া তেকখ্রে উপাই লৈজদ্রে। কৈশেম্বা মপুগী প্রণয়গী খুংাশৎ অমা লাক্লগা করকখিগদরা লেপ্পা ঙমদে॥

অসিগুম্বা রাথল অসিনা মরম ওইরহুনা মুনত্রংদা তাওরুরবগী ফুংদ নোংমদি ঐমু মেসিজ খাকসিদা ঐগী অরোইবা অপাম্বা অক্ত থংহনলুরে। ঐনা মঙোন্দা হায়রম্মা—"ঐ অ সগুম্বা লুখ্রা-শংশিদা মীকুপ অমত্তা লৈজবা পামজত্রে-মসিদি নোরোক্তগীমু হেন্না শাথিবা মকমনি। নহাক্লা ঐবু ধর্ম'গী ওইবা আশ্রম অমদা ঈশ্বরগী রাথলতবু অমদি ইপুরোইবতবু নিংশি'ঙ্গুনা শা লবা মতম অসি লেনহন্নবা থাবীব ঙমগদ্রা?" ঐগী বাহংসি তাবদা মে:সিজ খাকসিমু নোকখেৎ তৌনা হায়রকই—"মুশিলা! নহাকসে অঙাং ওইরি। অত্রমক্লা মপোকসিগী অরুবা অর্থসে থংদ্রিবনি। ঙসি মুপী অমা ওইনা পোকলকলবনিনা নহাকসে হৌজিক লৈপুনগীদমক শেম্ শারগদবনি। লাইবক খিবনা নং অমুক লুখ্রাশিংদা চনলে অহুনা নং, নংগী নরাইবকীদমক অরাবা কয়াসে মায়রোং য়ারগদবনি"। মহাকী পাওখুম অসিদা ঐনা য়ানিংদবা উৎখি —"নংনা মুপী অমবু অলোচনা তৌরিবহুনা থোইনা ঐঙোন্দা ঙক্লা থোকই। ঐবুমু অসিগুম্বা লুখ্রাশংশিদা নত্তবা নিতি কয়া

অসি উদুনা মতম কুইনা লৈহনবা প্যান্স্র্যা? অসেংবমক্তি মসিদি নোয়োক্তি।" মহাক্না খুমলকই— "সুশিলা! তপথখো ঐনা হায়বসে তাও। লাইবকথিবদগী ঐখোয় নহোইসে সুপী ওইনা পোক-লকলে। কনাগুম্বী সুপী অমত্তনা সুশি। মহাক অমেরিকাদা নত্রগা ইউরোপকী চাওখৎলবা লৈবাক কয়াদা পোক্ল্লবম্ব সুপী-দগী সুপা ওনগে হায়বসিদি য়ায়রোইদবনি। সুপী ওইবিগী থোং-নৌরবী হকচাংসিদি সুপাতবু সেবা তৌনবা পোকলক্লবনি। মরম অসিনা বিধাতাগী নেংদম ছুংইয়া ঐখোয়সু ইশাশি চুশিয়-নবা হোৎনবা তারবনি। নংনা অসিগুম্বা নিতি অসে পামদে হায়দুনা সমাজ মাংসিদা নথুদোম্বী অহুতং থাজৎলুবদা নংগী পুস্তিহ সুকসোই সোয়দনা কেমজবা তারবনি। সুপা কাংবুদা কত্তবা থোকদবা লৈতে।"

ঐ মেসিজ বাকসিগী অতোপ্পা পাওখুম অমত্তা পিরুদে। উরুরিবা তারুরিবা ময়াম অসিনা মরম ওইরদুনা ঐগী খম্মোই হকচাংসে অমুবা হুনা হন্না হন্না চাকথেকলকলে। ঐগুম্বী অতোপ্পী কয়াগীদমক অমুক নিংশিংলুবদা ভাইহাক্তা পোথাবা গুমদে। গুসিকাওবদা ঐহাক ঐগী অথাংকনবগী পিয়াংসে খিংবা ওয়নবা কন্না হোৎনরকপনি। অহুবু মকম অসিদা অসুম লৈথবা তারগদি ঐহাক নোংম নত্রগা নোংমদি পিয়াংতনা পুস্তিসে চাম-থোক্তুনা মাংখিবা তারে—। ঐহাক অমুক হন্না মকমসিদা পন্থনিংজে। অমুক হন্না লৈজনিংদে। ঐনা য়ান্না চন্না মেসিজ বাকসিদা হায়জরম্মী "অমবু ওইরবশু অমবু ওইরবশু ঐহাকপু ধর্ম্মগী ওইবা পুন্যগী আশ্রম অমদা থাবিনবা হোৎনবীয়। ঐহাক মকম অসিদা পন্দুনা লৈনিংদে।"।

ঐগী য়াকমসিদা মেসিজ বাকসিবু য়ানিংবা পোকপ্রে। মানা চিটাগোংদা লৈবা আশ্রম অমদা ঐবু থাননবা হোৎনবীরে।

থা অমাম্বথাইগী মতুংদা ঐ আশ্রমত্থ তাম্না থোংশানবা তারে। লুখ্রাশং অত্থ বিদায় তৌরমলে। ঈশ্বরগী মকমদস্থ নিজরে ঐ মকমসিদা অমুক হঞ্জরকলরোই। হনলক্তবস্থ ওইশন্থ।

আশ্রম অত্থ ওস্থোক্লা শুঙ্কাৎনবগী মশক্তি। চিংত্থম অমগী মথক্তা লৈবা আশ্রমনি। ঐনা হেক্ক উবমক্তদা থঞ্জখি—অসিগুম্বা মৈরী থোক্লা চাকথৎলবা থাম্মোইসিগী শান্তিপুর্ণ ওইগদবা মকমদি অসিমক্তি। চিংত্থম অত্থগী মতোন্দা লৈতেম মাম্লনা শেম্বা লম অপাকপা অমা লৈ। মকমত্থদা আশ্রমগী থাংপোকশিংত্থ শাই। মনা-মশিংগী ইংথোল অমদি মথল-মথেলগী লৈস্থনা শাৎলবা লৈকোল-শিংস্থ তরু তরুনা লৈরম্মী। ওস্থোক্লা কল্লরুবগী মশক্তি। য়েংবতদা পুক্লিংসি ইপেন্দা পেনলি। ঐনা আশ্রমসিদা লাকপা মতমসে সেপটেম্বর থানি, মরম অসিনা আশ্রম অত্থ নোকফেৎ তৌরবা লৈকোলগুম ওস্থোক্লা নিংথিজরম্মী। ঐগী হকচাং অসি অমুক নৌহৌনা তেকথৎলে—সহরগী নিল থোংবা মৈথু কয়া, অমদি থুৎশেমগী ফুড়া দলালগী য়াংমদগী অচিকপা পুন্যগী ধাম অ'স কংজবসিদা ঐহাক অথাংকনবগী পিরাংসে অমুক তাহন্দবা ঙমলগত্রা থাজরক্তে।

আশ্রম অত্থগী থরাইদগী ওকপা অমনা মক্কমত্থদা লৈরিবা সেবকশিংত্থ নৌরিবী হুপীঙাক্তনা অয়াম্বনি। আশ্রম অত্থগী মকোক অহল ওইরবা গুরুদেব অত্থগী মমিং বিজয়ানন্দস্বামী কৌই। স্বামী অসিগী মথাদা মাগী শিষ্য নহা হুপা অহুমনা মাগী মতেং পাংই। অতোপ্পা আশ্রমসিদা লৈরিবা থুদিংমক্তি মথক্তা পনখ্রিবা মরি, অসি নত্তনা হুপী ব্রহ্মচারীনি ঙাক্তনী। মথোয় ব্রহ্মচার্যগী সদাবর্ত কায়দনা চৎলি। অখিবা ব্রহ্মচারীশিংগী মথৌ হায়বনু লৌনা চংলকপা কয়াদা অনৌ অনৌবা সিক্ষা পীদুনা সংসার অসিগী লংলবা মঙাল অত্থ উহনবা লাক্লে। গুরুদেব স্বামিজীনি

অহানগী মতম ওইশিল্লকপনা মরম ওইরদুনা থবকী মরমদা থর থাদোকলে। গ্রন্থ কয়া ধর্ম্মনিতি কয়া, মাগী সেবকশিংনা ঐখোইদা তাকপি অমদি তম্বী। উপনিষদ কয়া বেদ কয়া নৈনরুবনা মরম ওইরদুনা অসিগুম্বা আশ্রমশিংগী মীপুম খুদিংমক্ক মপানগী অমদি ইমুং মমুংগী থবক কয়া কয়া নিতি অমদি চাং নাইনা কংঙমদ্রবা মঙালগী শক্তম কংননবা পাড়া অমা ওইনা· মুমিং খুদিংগী তৌই। মরম অসিমক্কা মকম অসিগী গুরু অমদি শিষ্যশিং অসি খোইদোক্লা অয়াম্বা পুন্সিদা লেপ্লে। চাবা শেৎপগী মরিদা অচম্বা অমদি অকবা পোৎশক থর নত্তনা অতোপ্পা খুৎশেমগী মচু কয়ানা নৈতেংনদে। কেবা মৌবনা মরম ওইরদুনা মীওইববু নরক্কী কোমদা চিংশিল্লকুবগী মচাক ওই হায়রবসে মখোইদি কুপ্পা নৈনরমলে। আশ্রমগী গুরুদেবনা তত্তনা ঐখোইদা খোঙালগা লোয়নবা পাওতাক পিবী, মহুদি পুন্সিগী মুংঙাইবা হায়বসে পাপনী—মুংঙাইবা থিক্রবসু পাপনী। অথাবা-অয়াকপা পুন্সিসে থাদোকলমলগা অয়াম্বা পুন্সিদা পুক্নিং শান্তি ভানবদুবু মীওইবগী ত্যাগ কৌই। ত্যাগী অমা ওইগে হায়রবদি অহানবদা মুংঙাইবা থাদোকপা তাই। ইথক ইরাং কযাগী য়াংমদা লেপত্তুনা নৈবা তাই। মহাক্কী মত মতুং ইন্না মীওইবগী থংবা উননবগী শরুকশিং মীৎ, নাকোং, খুৎ খোংশিং অসি পাপ চংলকক্ষম খোংজিন্নী হায়। মবম অসিনা অশিগুম্বা সংসার অসিগী পাপকী বুয়োম অসিবু লোথোকতুনা পুন্সিগী আনন্দদু কংগে হায়রবদি ইন্দ্রিগী খোংশিং অসি য়ারিবংথৈ থিংজিনবা তাই। মখোই মখোইগী নৈজবা পাঙ্গল অদু শোন্থহনবা তাই। মতমদুদা পুন্সিনা তানবা কংজ্রবা মুক্তিদু কংই। মুক্তি অদু।

আশ্রমসিগী গুরু বিজয়ানন্দ স্বামীদি মাগী তোপ তোপ্পা পিকত্তক চেংতকপা য়ুম মচা অমদা তোঙান্না লৈ। মহাক্কী

য়ুমলৈ কৈরৈ অদু অমুকি মতিক কৌজ মাগী শঙ মনাক্তা ভাইহাক্তং কোইনা য়েংলুরবদি সনারগী অর-মুংঙাই পুম্নমক পুংকাও কাওই হায়বক্তাওবা যাই। লৈখল স্নুনা শাহলবা লৈকোন মচা অমনা য়ুমগী চংকমদা মনম য়েঙ্খাকই। য়ুমগী শাইজিন্দা মরি চৎপা মালিকা মালতি কয়ানা য়েংশিন্দুনা শান্তি ওইরবা মফমগদা অমত্রাপুরগী মুংশিরবা মুংশিং অদু লিরী লিরী শিংহন্দুনা আশ্রমগী মফম খুদংমক্তা য়েঙ্খোক্রবা লাক্লে হয় মমুংগী লৈকেংস্থ অঙকপগী মশক্কি। ঐনা হৈমুং অমুদা অহানবা চংবা মুমিৎমক্তদা ঐহাক ঙকপনা পঙ্খেংখি। মরঃদি মতমগী চুনরবা খুংশেমগী লৈতেং কয়ানা কা অদু পিক থল্লী। অচৌবা লহরদা শেঙ্গাও পাইবা জামিন্দার অমনা মাগী কাদা তৌবা য়াবা লৈতেং খুদিংমক অমত্তা চিখ্রদনা মফম চানা লৈ। মপানগী অচম্বা পুন্সি মরকসিবু মুম্না য়েংলুরগা মমুংগী কে-মৌবনা থল্লবা কাখলসিদা চংলুবদা ওস্থোক্লা চুনদে। ঐগী অঙকপা মতৌ অসি উবদা হান্না লৈরমলবা শিষ্যশিংনা ঐঙোন্দা তাক প মতুদি স্বামী-জীদি পুম্নমক অসিবু থুম্মম চনবা ঙমলবা অরং-অয়াক মচু কয়ানা মগী থম্মোইবু জয় তৌবা ঙমলরোইদবা সংসার অসি মঙোন্দদি চপ মান্নবা থনবা ঙমখিবনা মঙোন্দদি অসিগুম্বা লৈতেং কয়া অসি মনাক্তা থমলুবদা থোইদোক্লা অকাইবা লৈত্রে। মহাক্কি জীব খুদিংমক্তা থাংবা ঙমলরোইদবা থোংথাং অমা থাংদুনা লম-য়ানগ্রবা নীপা অমা ওইখ্রবনি। মরম অসিমক্তা আশ্রম অসিদা শিজিন্নবা য়াদবা অকে-অমৌগী ক্রিয়োল, চাবা য়াদবা অহাওবা চিঙ্গাক কয়া অসি মানা চানিংবত্তা চাজবা শেংনিংবত্তা শেংচবা মনিং মথা তৌবা ঙমলিবনি।

স্বামীজীনা তোঙানবা শঙ অমদা লৈবগুম্না মহাক্কী শিষ্যশিংস্থ তোঙান তোঙানবা অচৌবা শঙশিংদা পুম্না লৈমিন্নৈ। শঙ অমদা

শিষ্য তরানিথোই তরানিথোই লৈমিদৈরে। মচৌবা আশ্রমগী শঙশিং অসি কা তরুক থাইদোকই। কা অমমমদা শিষ্য অনি অনি লৈ। আশ্রমদা লৈরিবা মীপুম খুদিংমক স্বামী নত্তনা অয়ুকী পুং মঙাদা হৌগৎলি। লুমিদাংনা পুং ১০ তাত্রিবা কাওবা আশ্র-গী নিয়ম মতুং ইন্না তুম্বা য়াদে। অয়ুক সুংথিলগী মতমদি মাগী মাগী থবক করা কয় তৌনবদা ওয়োক্না চিঠৈ। অতুপা সুংথিলগী মতমদা তুমস্থ য়াদে। মরমদি সুংথিল তুম্বা হায়বসে ব্রহ্মচারীগী নিতি মতুং ইন্না পাপনি হায়না থিংই। অতুবু স্বামীজীদি দিবানিসিগী লুমিৎসুংবা মতুংদা য়ামদ্রবদা পুং অনিদি পোথাই। মাগী তেলবা পোথানবা মতমনিদা আশ্রমগী শিষ্য খুদিংমক্তা স্বামীগী অপাম্বা মতুং ইন্না মাগী মাগী পালী পুনচনা গুরুগী সেবা তৌবা চংই। মহাক্কী হকচাং নমই, মখোং নোই, মহাক্কী লুংঙাইনবগী মরীদা অসিগুম্বা সেবা তৌবসি আশ্রমগী সেবক খুদংমক্তা অশেংবা ভক্তিগী খুদোলনি হায়না লৌনৈ। মহোইনা গুরুতবু লুংঙাইনবা ওমজবা পাঙ্গলনা পেনহনবা ওমলবদি মীওই মপোক্না তানবদা কংওমজবা অয়ান খুতম অতু ইরাই লাইনা কংবা ওমগনি হায়না থাজনৈ।

আশ্রমগী সেবকশিংগী কিজোল মায়না শেৎ-চাবা হায়বসে অকনবা নিয়ম অমা ওইনা লৈতবা য়ারমদে। খুচুপ নিপাত্তগী ওইবা অঙোবা কিগা থানবা অপাবা কীগী সাড়ী অমা নত্তনা কলাগুম্বী অমত্তনা অকে-অমোগী লৈতেংগী মশক ওইবা কিয়োল অমত্তা শেৎপগী অধিকার লৈরমদে। চাওথৎলবা সহরশিংদা হৌজিক্কী সুপীশিংনা মশাগী প্রকৃতি ওাকথোক্লবা অমদি খুৎশেমগী মচু কয়ানা কিগা থাবা অমদি মথল খুদিংমকী মচুংগী কিজোল অমত্তা শেৎপা য়ারমদে। আশ্রমগী সুপা অমদি সুপীশিংনা অস্থি-গুম্বা মওং চাত্রবা কিজোল অসি শেৎনুবগীদমক মশা মশাদা

ইকাইবগী য়ুথল অহু মাংনগ্রে। মরমদি নিতিশিং অসি আশ্রয়-চুগীদি মহোশা ওইরে। ঐহাকস্তু মকম মতমগী মতুং ইন্না চৎনরবা ফিজোল অসি ঐহাক্তীস্তু ইশক্তক ওইননবা শেৎননবা থৌদাং লাকপসিদা অফ-ফত্ত রাখল থবদি ইতোমতনা থজদবা ওমথিদে মচু শঙলবা অনদি শ্রওদবা অপোৱা ফিজোলশিংগী দমক ঐহাক থোইদোক্না চিংনরুদে। ঐহাক্না থরমথৈ থনলুবা হায়বমু পিক্রবা খুহুপ নিপানগী সাডী অস্তিনা ইনথ-লকপগী ইথক ইপোয় অস্তির করম্না ইকাইবা ঙাক্কদগে হায়বগী সমস্যা অক্তিতনি। ঐহাক্তী চিংনবা রাখলনা তু ওইত্নবা থিভর অসি থংলক্লন স্বাস্থ্য-জীনা ঐহাক্তী থনলুরিবা অসিগীমক মক থরা লাংহুনব ওইনা অশেংবা পাওতাক পীবিরকই—"সুশিলা! ঐহাক উদবা নত্তে। ফৌজিক নং করিগুম্বা পিক্রবা ইপোম অমনা নশা অহু থরবথৈ মক্না লামহনবা ঙমগ্রে, ঐ হায়গে মুম্না তাও। ফিশেৎপা হায়বসে মহোশা নত্তে। মীওইবা মপোক্ত-হায়বসে প্রকৃতিনা ফিজোল য়াওনা শেম্বিরক্কে। নংস্তু ঐস্তু ফিথোংত্রবা তোংশাশিংগী মপু ওইহুনা পোকললকপা লাকপা তাক্তনি। পোকলকপদস্তু মহোশাগী নিয়ম কাইদনা ফি থোংদনা পোক্লকই, শিংদস্তু নিয়ম অসিগী মতুং ইন্না অহুম চৎখিগনি। মরম অসিমক্ত থুৎশেমগী ফিজোলশিং অসি মীওইবসী মফমদা থোইদোক্না দরকার ওইদে। থুৎশেমগী মচু থরন লৈতে চুনা মীওইবনা সমাজসিদা হিংলিবসে মীওই মপোক্তী অশোনবা থম্মোইহুব ঙ'কথোক্লবনি। ফি থোংত্রবা হুপা হুপী অনি লৈমিন্নদা করিগুম্বা অকাইবা অমদি ইকাইবগী রাকম অমত্তা লৈফম থোক্তে। মীওইবগী তোংশাশিং অসি ফিজেৎ লৈতেংশিংনা কুপশিন্দবা য়াদে হায়বা করিগুম্বা অকক্লবা হকচাং কয়াং মফম অমদা লৈতে। চুম্মী! ফিথোংত্রবা হকচাংসি ইংথোকলুবদা ইকাইবা পোক্কে। মতমসিদা পোকলকলিবা

ঈকায়খদে মহোৎসবগী অমশংবা নিয়ম নত্তে। অসিগুম্বা ঈশ্বরগী খুৎলেরদা ঈকায়খবা অসি পোকহনকথবা ঙম্পা নত্রগা ঙমগী অদু মীকুপ অদুদা মহাক্কী থম্মোইদা কলঙ্ক লৈরগা ঈশ্বরগী মফমদা মরাল লৈরে হায়বগী সাক্ষী থমদুনি।” হিন্দুসংস্কৃত মতমদা ঈকায়খবা হায়বসে শেখৌরা মপুগী মফমদা নিত্তি থুগাইরক্তবিদমক থরোয়বা মবাক্ক অমখন, মরমদি অমুকতা হায়রগা ঙম্মি। মীওইবা হায়বসি ঈশ্বরনা শেমলকপা মতমদা খুৎশেমগী মচুশে অমুক্তসু যাওনা লেখ্রীখিদ্রে। মীওইবগী তোংশারদিং অসিতবু কুপশিন্নবীদমক ঈশ্বরন' ঐখোইগী মফমদা কজরবা উনশা অসি পীবিরক্লিবনি।”

স্বামীগী ৱাকম কয়া অসি তারুরবা মতুংদা ঐগী শোষ্ককরবা থম্মোই অ'সবু থরাংবৈ তেকখংলনবা ঙমলবত্তু ঐহাক্কী চিংনবগী য়ুখল অদুবু'দি হায়দোকহনবা ঙমলমদে। অদুম ওইনমক ঐহাক হোৎজিনক্কী আশ্রমগী নিয়ম মতুং ইন্না পিকলবা ফিজোল অসিজন্না ঙমখিরবা হকচাং অসিগী ঈকায়খবদু ঙ'কপা তারম্মী। ঐহাকনু হোৎজিনক্কি থংলকলে মতুদি অশ্রম অদুদা লৈরিবা ঐগুম্বা নহা ওইরিবা ব্রহ্মচারিনীশিং অদুসু ইনখংলকপগী ফাজিনবা ঙমদ্রবা হকচাংগী মথা থংবা শরুকশিংদগী হেন্না সুপ্পাশিংনা য়েংবদা দিতানফম ওইরবা থবাক্কী ইপোম অসিগী চংজফম ওইনা নিক্রবা ফিদুজেং অদুতনা আশ্রমগী নিয়ম ঙাকলি অমসুং ইপোমশিং অদু নিক নিক লাওনা পখোকখিগদবগী মতাঙম ফিজোলশিংগী মফমদা লুরক্করি। মীপুম থুদি'মরুসু থংফম থোকলবনি মতুদি ইনথং-লকলিবী অমগী ময়াই কারবা ইথক ইপোমগী লোংঙমদ্রবা শাথেক অসিবু থুহপ নিপানগী তেলবা ফিজোল অসিদি থদু থমথো থুহপ কুনগী ফিজোলনা থুম্নবা হোৎনবক্তুওবদসু ইপোমশিং অসি শাথোকতুনতা মরৈরগদবনি। নত্রা— অদুবু থোইদোকপা ঐখোইগী লাইবক কবা অমনা স্বামীজিগী মতেং পাংবা নহা সুপা

শিষ্য খর নত্তনা অতৈদি হূপী ভাকনি। হায় রিবা ব্রহ্মচারীশিং অসিনা ঐখোইগী হকচাংগী মথকথংবা কোমখোকলবা ফিজোল অসিবু য়েংলকপা মতমদা নহা ওইরিবী ঐখোইগী ইত্রিহূংদা কাঙম-জবা মুহাম্বাবা অমনা তত্তনা হকচাং কায়াৎ থুদিংমকপু ঋার কাহুনি। মখোইগী মিথয়েংথাদা ঐখোইগী ঊশায়বনা ভনিকলবা কায়াংশিং অসি থুমজিন্নবা হোংমবদা ফিজনাশিং অসি অমুক্তা পোখাকবা ফংজদে। ঐনা পননুম্নিংসে ঐহাক্কগীনি অতোপ্পা শিষ্যশিংগী খম্মোইদুংগী য়াকম অচুদি ইত্রিনা খত্তমদবনা ঐহাক থংলুদে।

আশ্রমসিদা সদাব্রতশি তোত্তনা লৈরকপনা ময়ম ওইরছুনা শেংলবা আশ্রমসিগী থুপলবা কাচিন্দা উত্তপত্রবা ইচেল কয়া চেনলমবদো মতমগী মতুং ইন্না ঐসু উবা ফংলকলে। মপাম্থোংগী মিংয়েংদদি আশ্রমগী নিতি হায়বা তারবদি হকচাং কয়াৎ গুম্মক অমদি ইন্দ্রিশিং অসিবু কাজিন্দুন থমলগা অশেংবা অরাম থুত্তমগী লম্বীদা খোংদাবনি। অচুবু মহোশাগী ওইবা নিয়মশিং অসি ঐনা লৈরিবা আশ্রমসিদি খরদং কাইনা চৎপা হায়না খনলি। শিষ্য কয়া অমদি স্বামীজিগা তোংনা তিন্নরকপগী মতুং ইন্না নোংম নোংমগী আশ্রমসিগী চিত্রশিংসে ময়েক শেং-লকলে। মুমিংমুংবা মতু গী গুরুদেবনা পোখাবদা সেবা তৌন-নবগীদমক ঐগা কা অমত্তদা লৈমিন্নবা ইমাম্নবী মুম্নিতীবু ইতেং-তত্তনা স্বমীগী থাংপোকশংদা কৌশিনবিবা অসিগুম্বা স্বস্তিকার্ত্তা গুরুদেবগী সেবাগীদমক পালী তারিবী ব্রহ্মচারিণীশিংশিনা গুরুগী চিক্লব আশ্রমচুদা কয়বা মওংদা সেবা তোহুনা স্বামীবু পেন্নবা ভোরগে হায়বগী অকুপ্পা মরোলচু ঐহাক থংলমদে। ময়ম অসিমক্কা ঐহাকিসু লাইবক কবা মুমিং অচু থংনিংবগা লোয়ননা চাইবা তাখিরম্মি।

স্বামী বিজয়ানন্দনে চহি ৬০ নী লেজা ওইরবসু মহাকী অচ্চোবা শমনাং থরদং লৈতেংগী মশক ওইনা কাপথোকররকইবা মহ নত্তা তথোংনমক মহাকসে নহা ওইবনী করবা পুখা থাংখিগী হায়রা য়াই। অতৈ অতোপা গুরুতা তপস্যাদা থত্তাই লুপখিত্না চান-থক্কবগী মখিদা কয়া থোইজংলুদবনা মরম ওইরছনা কংথয়রকপা হকচাং কয়াংশিং অহ ঐথোই স্বামীজীদি লৈরমদে। অয়াইবী লোন্দাদা মহাক নোই পেল্লি। য়েংবদা মিং পোয়বগী মশক্কি। ওংগ্নাবা কুচু, মকা লায়বা মাইথোং য়েংবদা পুক্কিং হুনবগী মশক ওইরবা শাবায়া লৈতেংবা গুরুনি। মহাক শুত্মংনবগী মশক ওইরবা হকচাং কয়াংশিং অদিবু হেক য়েংলুবা মত্তদা আশ্রমগী মীপুম খুদিংমক্কা অপেনবা পোকচবা অমদি আত্মাগী অপেনবা হায়বহু ওইহনদি। অশদি লোন্দাদা ঐনা চাওথোকনা হায়রবা ওদি মহুদি মহাকি থোইকম মোমোন অমদি মীয়ুবা মিৎয়েং অহুনা মহাকসি থোইদোক হেন্দোক্না গুণ কয়াদা লৈতেংলবা করবগী করবতা ভাইরবা মীওইবশিংগী পুজায়নি।

ওসিদি—,

মতম কুইনা ভাইজররকপা তুমিৎ অহ থুংলরে —। থংবিং-বতনা থক্নবা মিকুপ অহ লাক্লগনি য়েংলো —!

ঐহাক কা মহুংদা চংলকলে। খুৎশেমগী মচুতনা থক্নবা জাম্বিদায় অমগী কমুংদগী হেন্না লু-নায়বা কমুং অমদা স্বামী অহ শিংডাইবা লৈজনা য়াতাহনা লৈরম্মী। ঐহাক লাকপগী শউম তাবদা মহাকী থোয়াংবা মিৎয়েং অহুনা ঐঙোনলোমদা য়েং লকলম্মি। মহাকী মিৎয়েংগা ঐগী মিৎয়েংগা হেক চায়রবা মিকুপ অহুদা থংহৌদনা ঐহাক ঊকায়রবনা মাইথোংসে পুওমখিদে। কদোমদগী ইপোমনো থংহৌদে ঐহাকি হকচাংসে তনিকখি। ঐহাকি মতৌসে উবদা মহাক্না চিং লেয়বা থোম্হোক্না ঐঙোন্না

নখুং অমদি নপুন্নোইবা পুম্নমক ঙলিদি ঈশ্বরনা ওইরবনি। অপুম্বসে মঙোন্দা শিঙখোকখ্রে।

স্বামীগী রাকম অসি কনমক চুমলবসু ঐগী নাকোংসিনদি তাবদা ওস্থোক্লা য়ানা থাংখ্রে। ঐহাক মাগী মফমদগী য়ারি-বসৈথ পুনা খোকখিবা পামলকে। ঐনা হংলম্মী—"স্বামী! ঐখু কৌবিবমু করম্বা য়াথং তাকপিগদববনো—?" মহাক ঐগী নিংালবা রাখলসে হেক্ক থংলবগী মত ওম্না হায়রকলম্মী—"নংনা অম্বুক থুবগী অর্থনা করিনো—! নং ঐ মুম্না শকথং মাইথং-নবগীদমক ঐনা নংবু মফম অসিদা কৌবনি। য়াহৈশিং অসি হায়না হায়না শ্বামীনা মাগী হকচাংবু মোয়হনবগী মহুত্তা ঐগী খুবাম'শং অসি চেৎনা পায়শিনবা হোরক্লে। ঐহাক ফাওমজ্রবা ইপোম অমা লাকলে। ওস্থোক্লা হৈনি'স্রে—কমুংবগী থুনা য়াংনা হোগৎপা পামলকলে। ঐনা পাওথুম পিরক্লবা লুকক্লবা খোস্থোক্লা হংলম্মী—"শ্বামীগী খোংসে যনগী যাসনা খোৎহনজো হায়বীত্রা? ঐহাক রাহংগী পাওথুম মহাক্না নোককেং ভোনা থুমলক্কলম্মি—" কম্নিগীদমক নংগুম্বী ওনৌ ৱবী অমনা ঐগী খোং নোইরুপনী। নংনা কারিগুম্বা থর তোৌবা পামলবদি ঐগী লেংজুম অমদি নঙ্গল অসি স্বরমথৈ নমলকউ—"

স্বামীগী মশাসি ঐনা নমজিন্ডৈগী মতম ওাইহাক্কি মহাক ভুমিম্না লৈরম্মী। মাগী সেবাদা হকচাং কাম্নাৎশিং অমু ঐনা খেংলুবা মতুংদদি ঐগী ইশাগী হান্না লৈজরম্বা ঈকায়বা, হঙোইবা অমাদে অকিবা রাথল পুম্নমক অমু মাংখরক্লে। ঐগী চেকশিত্রবা হকচাংগী মঙং অসি ঐগী খুৎশাশিংগী মতোদুনা স্বামীনা ঐগী কোমখোরকপা তানকম অমু থংগ্রবমাক্লে। মাগী থুবামবা ঐগী খুজেংদা অমদি ওকশমদা তপ্না তপ্না নানবীরকলম্মী। মাগী অসিগুম্বা থুমাং চাওশিনকপা অনিদা ঐগী ইকযদগী কয়িগুম্বা অখিংবা

অমত্তা লৈরকক্ত্রবহ্না ঐগী লুখ্রাশংদা মতম কুইনা মকে শেমলুরে ঐগী অমুবা শমলাংশিংসিদা হয়া হয়া পায়রুনা অংনি নাক্সুনা শারবা হৌরক্লে। হুপী ওইয়িবীশিংগীদি শললুক্ননস্থ কায়দে ঐখোইগী খোংলবা শমলাংশিংশিদ। লমলানবা অমগী পুবায়া হেক থেংলবা মর্তমদা ইঁগ্রেমুংগী অকুনবা ইথিল অসি থাংবা ওমলদে। ঐহাকস্থ অহুমগাই। ঐগী পুংশাশিংবু তত্তুনা মোইবিবা, শম-লাংশিংবু লুংশিনা নানবিবনা মরম ওইরক্ত্বা ঐহাকী হকচাং অসি মতম কুইনা মাংহন্নব হোংমরুরবা ওমখিরবা ইপোম অহু হোঁপং লকলে। ঐহাকী অসিগুম্বা অহোংবা অসে স্বামীনা জ্ঞান তাগ্রে। মানা মীকুপ অমগী মতমকাওবা মাংহন্দনা মাগী পাম্বোমনা ঐগী ওকশমদা কোনশিনলগা ঐগী মাইথোং অসি চিংথক্সনা মাগী চিন-বানথক্তা ঐগী চিনবানসে থমহল্লে। অত্তকপগী মথকনি, ঐন্থ মীকুপ থরদি ঐগী মপোকসে কাউথোকলুরে। মাগী অনিংবগী তুংইন্না ঐন্ত হুংঙাইরবা য়স অসি থম্মে,ই পেম্না চুপলুরে। মীওইবা হায়বসে শানি। মতম থর কুইনা অমত্থা মরকশিদা ঙাইহাক চিকমাংনক্করবগী তুংদা ঐগী পুঙমত্রবা ইপোমসে ওমজবা প্যাঙল পুথোকতুনা কাখজরে। থুনা য়াঙনা স্বামীগী চিনবানথক্কগী ঐগী চিনবানশে লৈথোকলে তৌইগুমসুং ঐগী হকচাংশিংদি মাগী পাম্বোমগী য়াংমা লায়া থাদোকপা ওমজ্রে। মতাংসিদা ওস্থোক্না মুংশিনা স্বামীনা ঐঙোন্দা হায়রকলম্মী—"সুশিল। ঐগী পাম্বোম-খাদগী করিগী লাপথোকপা পামলিবনো—? ঐ নঙোন্দা থোইদোকপা অকায়বা তৌপ্‌ত্রা—? তনৌরিবী অমনা পাম্বোমথাদা লৈরবদা করম্বা কনানা মাইথিব. নংদবা য়াওবগে? ঐন্থ অহুমগাই। ঐন্থ মীওইবনি।"

মহাকী য়াহৈশিংশিনা খোইনা হেন্না ঐবু অঙানবা মাইকৈদা পুরকলে। ঐহাক থম্মোইলিদা থম্মোইনা ইরাল লংজরে। করম্বা

প্রায়শ্চিত্তনা ঐগী ঙাকশিকন নৈনত্রগা ইরাদশিংবু মাংহনবা ঙমগনি ? মসিবু ইত্তোমতগী ইরাজ্ঞা ? হুপী ওইবী অমগী মপোক্তা লম-লানবা অমগী শুবায়থাদগী করুম্না পাম্নদ ঙাকথোকপা ঙম্নবা ঐথোয়দা শিবীয়ৎলগে ? ঐ শাওনিংবা পোকলক্রে—। ঐনা হায়রম্মী—“স্বামী ! নোঙ্গিদী ব্রহ্মচারিণীশিংবু ওৎপিহুনা মপাহোংদা যোগী বেদ শেৎলগা মহুংদন। নত্তবা নিত্তিনা হুরা হনা মরান্দ নৈনদবী কয়াবু নরকী কোমদা লংথবিরমনা নংগী আশ্রমসিগী অশেংবা নিত্তিরা ? হুমিৎমুংবা মতুং খুদিংগী নহা ওইরিবী ব্রহ্ম-চারিনীশিংবু স্বামীগী সেবাগীদমক কৌশিনবিবদি অসিগুম্বা সেবা-সিগীদমক কৌশিনবিবরা ? ব্রহ্মচারি অমগী গুণবু হুপী ওইবি কয়াগী ইজ্জৎপু কৈথেলদা থোকপা লাইথিবীগুম মনিং তৌবা শায়রীবশিরা ? ঐহাক মকম অসিদা মিকুপ অমত্তা পম্নরোই। ঐহাক খুদক অসিমক্তদা থাদোকতুনা চৎলগনি। মকম অসি ধর্ম্মগী আশ্রম নত্তে। কলঙ্কনা থামলবা নোংয়েংক্রি—” হায়কমশিং অসি হায়বপা লোয়গ লোয়ননা ঐহাক কাদগী মপান থোক্লনবা শাওরংঙনা হোৎলম্মী। মত্তাংসিদা স্বামীজিনা ঐবু ফাহুনা অমুক হন্না মাগী ফমুংথক্তা কমহৎলগা চিং-লেন্না হায়রক্লম্মী—“সুশিলা ! খিজৎকহু। আশ্রম হায়বগী আর্থসে ধর্ম্মগী সংস্কৃতিত্তবু নৈননবা নত্তে। মথোইগী গুরু ঐহাকনা ঈ-ত্তোংবা শাবা মীওইবনি। নং অমদি নংগী নত্তারোই কন্না নৈরিবসিং ঐগুম্বা মীওইবা ঙাক্তনি। নংনসু হংলগা থংগনি মহুদি মথোইগী মকমদা ফোংঙমজবা নিংবা খুং-জবা করানা মথোইগী ইচ্ছি কয়াম ওৎপগে হায়বহু। থম্মোইগী অপাম্বগিবু খুংশনবা লংজরবা মরাম অহুদি পাপ নত্তে। থম্মোইসিগী বিরোধি ওইরুবজুনা থোইনা হেন্না পাপ চাউই। নংনা থংলি-বহুনত্তাই অসিগুম্বা মীওইবগী অপাম্বনি করিনো কদোমদগী লাক-পগনো ? মসিবু নংনা শেম্বয়া নজ্ঞগা ঐনরা ? ফাওমজবা অপাম্বা

অসি প্রকৃতি খুৎশেমমি ঈশ্বর মাগী খোৎশিনলনি। ঈশ্বরগী মিতি অসিবু খুগাইদুনা আত্মাবু হন্না হন্না লৈকংলাদা লংখৎহল্লবু পুস্থ কৌখনা? ঙুগী অমসুং ঙুপা অনিগী চিংশিল্লবগী শক্তি অসি লৈরমত্রবদি লেখ্ষই পাল্লিবা সংসার অ'স সংসার ওইরমখিদ্রনা? অহাংবা পৃথিবী অমা ওইরবা তাররদি প্রলয়গী মু শিং অসি শিংনমলোইদরা? মুন্না খল্লু ঙুশি! সংসার হায়বসি চপ মান্নে। নং ঐন্তগী নত্তে। তপথো—। ঐনা চিংনীবা লম্বেনশে ধর্ম্ম-ক্ষেত্রদা খ‍্যাইদগী কেন্না অচুম্বা লম্বেলছুনি। লমথুংকমদু য়োবা কাওবা নং ঐগী খোংলোই ওইগদবনি।"

মহাকী থেমজিন রাহৈ অমত্তনা ঐহাকী অশাওবা থম্মোই অসিবু কাজিনবা ঙমদ্রে। ঐহাক মাগী মাংদা ভাইহাক চোন্নুনা লৈরমদ্রে। থুনা য়াংনা নিংঙমদবা কয়াগা লোয়মনা ঐগী কা ভান্না চুমজিং থোকলকলে। ঐগী মুংঙাইরবা রাখল অসি অমুক কাজিনবা ঙমদ্রে। ঐগী ক'গী খো'ন্মু চেৎনা লোনশিল্লগা মাই অসি মোন্দা লোৎশিন্দুনা উপাই লৈত্রবা খুবাক অ'ন স হন্না হন্না ভকথৎপা হৌরকলে। ঐগী মিৎলুগী পিরাং অসি শান্না ঙমদ্রে। ইত্তোমতনা মওল মওল কয়া খল্লরকই—'মুপ্রাবী অমগী মপোকসে অমুক ভমখিরিবসে করিগীনো? চৎলু চৎলুবা মকম খুদিংদা মরতাত্তনা তুং ঈশ্বরা মপোক অ'সিবু করম্বনো? অসিওম্বা মুপী অমনা মতম কয়াক কুইনা মশাগী ইজ্জৎপু ভাকচন্নুনা লৈবা ওমগদসে? ঈশ্বরনা অমুক থৌজালবিদ্রবা পুন্সিসিদা ভাইবংগী করমবা জিবনা অমুক থৌজালগী মিৎয়েং য়েংলকখিগদগে? ওন-থোক্না মপোকসে তোনখ্রে। ইত্তোমতা আত্মাঘাট তৌজবগী পাপল কাওবা ঈশ্বরনা পিবিদে। ঐহাক হৌজিক মকম কদাইদা চংজরগনি? ঐগী ঈকায়বা, অমদি অরাবগী তাককসে মতমসি কাওবা লোইরমখিরোইদরা? ঐগী মপোকসিদা থেংনরবা মীপুম

খুদিংমক মহু পানবা জীব ওাক্কা ওনগ্রে। লুখ্রাশংগী ইমাগ্রবী কয়াগী অরাবা শকলোন অহুনা কৈদৌরুগনী। মকম অসিদা লৈরিবী ব্রহ্মচারিণীশিং অসি অলোকা, প্রতিভা অমদি লতিকাদগী হেন্না মরাইবক থিরবী ওক্কনী। হে ঈশ্বর লাইবক থিরবী ঐঙোন্দা নংগী থৌজালগী মরিক অহু হৌজিক কাওবা থিকপিরকখিরোইদরা-? ননাইবু থৌজালবিখিরোইদরা-? ঐহাক কপ্পতনা হকচাংসে ইপুম থিংলে। ঐগাক ইত্তোমতবু ইত্তোমতনা হংজরম্মী করিগীদমক্তা ঐবু মীওই মপোক অসিদা পোকহললকলিবনো-? অমদি করিগীদমক্তা ঐবু নুপী অমগী মপোকসি ওইহল্লীবনো? "মতিক চাবা পাওথুম ফংদে। উপায় লৈত্রবীশিংগীদি কপচবতনা মহাক্কী উপায়নি। মহাক্কী পাঙ্গলনি।

সুরিত্তিনা মপান্দা থোংসি হন্না হন্না থিন্দুনা ঐবু লাওনা কৌরকম্মী—"সুশিলা! সুশিলা! নংবু অশেংনা তুমলিবরা-? থোং অসি হাংদোকউ নত্রবদি ঐহাক পৌরোলসে থুদেকতুনা চংলক্লগনি।" ঐহাক পাওথুম অমত্তা পিদনা থোং অহু হাংদোকলম্মী। সুরত্তিনা ঐগী মকশল্লবা মাইথোং অহু উবমক্তদা য়াম্না চিংননা হংলক্লম্মী—'কৈদৌরে সুশিলা! করম্বা অয়ানবা য়াওরে?" ঐনা নিংতাত্রব থোঙ্খেক্তা স্বামীগী কাদা থোকখিবা থৌদোকপুম্বা অমত্তা চিথদনা তমলে। ঐহাক্তি রাকমশিংসে তাবদা মানা থোইদোক্তা ওকপগী মহুত্তা চিংলেম্না ঐঙোন্দা হায়রক্লম্মী—সুশি! আশ্রম অসিদা নংদি থোংদাবদা তাইরকলি। নহাক মতম থরগা পম্বা তারবদি অতোপ্পা অনৌবা কয়াম্ব উরকখিগনি।" মাগী রক্তমসি তাবদ ঐনা হংলম্মী- "অহু ওইরবদি নংনা করিগীদমক্তা হাকথেংনত্রিবৈগী মমাংদা ঐঙোন্দা তাকপিত্রিবনো? মানা নোকক্কেৎ তৌনা পাওথুম পীরকই—"ঐনা মসি মাংজোননা নঙোন্দা তাকলবদি নংগী পুক্নিংগী থোংচৎ অসি

কঁয়ম্না ওম্থোকপা ঙম্বগনি ? নংনা ঙসি কংলিবা মুংঙাইঙবা অতুগুম্বা ঐখোয়গীসু মুমিৎ কয়া হোৎনবনি। হৌজিক্তী ঐখোইসু শিজিন্নরকপগী মতু-ইন্না থোইদোকপা অঙকপা অমত্তা ইপাশিদা লৈত্রে।" ঐনা অমুম হংলম্মী—"অদু ওইরবদি ঐখোয়গী তোংজবা কঁরিনো ? নোংম নোংমগী কৈশ ল অসিগী মফমদা তোঁংশাশিং অসি মচেৎ মচেৎ কক্লগা পিজহনা লৈবনা হেন্না কৈ থনলত্র ? ঐগী য়াহংসি তাবদ সুরিতন্ অমুক হন্না নোক্ক-কেৎ তোই অহুগা হায়রক্লম্মী—"মাগী মফম অসি শাহিং চাবা জীবগী শান্নবুংনি। আশ্রম নত্তে নরক্কি। পুন্যবু তানব নত্তে কলঙ্কবু তানবনী। অদুম ওইনমক মতমসিদা ঐখোয়না চৎকদবা লম্বীসে কদোমদনো ? পাঙ্গল শোল্লবী সুপী ওইবিশিংগী চংজকম কনদি। নিরুগদগে ওক্তশং নত্তনা মফম কৈদনো ? নং ওক্তশংদ। ওক্তবী অমা ওইনা পুন্সিসে লেল্লুনবা পাঙ্গল লৈরবরা ? লৈরবদি হায়রকউ ঐহাকীসু পাঙ্গল অদু লৈননবা হোৎনবা ভমত্রা য়েংগে।"

সুরিতিগী য়াকম কয়া অসি ঐহাক থোইজংবা পোকত্রে—ঐনা শাওরংননা হায়রম্মী - "সুরিতি ! ইবেম্মা আশ্রম অসিবু ওক্তশং ওইহনবগী শরুক অদু মতম কুইনা য়াওরক্রবনিনা নংদি অতোপ্পা ওক্তশং অমদা চংলুবগীদমক্তসু থোইদোকপা চিংনবা লৈয়রোই। ঐহাক্তী হৌজিক্তী নহাকা থরমথৈ থেম্নরী।" ঐগী য়াঙাংসি তাবদা হন্দক্তী সুরিতিসু থরমথৈ সুংসুক সুংজানরে। নিংঙমদনা হায়রকই "সুশিলা ! নংনদি থংজ্রিবা সুপী ওইবিগী মপোক হায়বসে সুপাশিংগী শান্নবগী আশাবা মুক্তি অমনি। ওক্তশংদা লৈরিবী সংসারসিনা ওক্তবীনি হায়না থংনরবী মন্নাইবক থিরবিশিং অসি মশানা পামজহনা মফমত্তুদা চংলুবা নত্তে সুশি। ভাগ্য বিধাতাগী নোংদম তুংইন্না কোমসুংদা তারুবা ভাক্তনী। সুপা সুপী সুহোংবদা চৎনম্নিবা হায়ববু বরহগী শান্ননিংবা

মঙং করাদা মনিং তৌবা ঐক্রন্যা অহুবু হুংঙ্গোগী মুক্তিগুম ওৎননবগীদমক্কনী। ওসিগী সমাজদি মথাংথোংদি চেৎনা থিংজিন্নগা মনিংথোংদি লাওবা কাতোক্লবনি। রূপা অমনা মুপী অমদা করম্বা লোনচৎ চৎপগে হায়বহু বংনম্নু হেন্না থংলমগনি। মতু-মন্না অহু* লৌরিবী মংবা মকম অসিদা য়োরকপনি। আশ্রম অসিদা নং ঐদখীচিংবা লৈরিবা মীপুম খুদিংমক পুক্সিসিমগী নিংথা কাইবনা হোৎংপা ঙমলোয়দবা মহাক্কী স্মৃতিদা কনাম্বুনা হুংশিনগী লৈরাং অমত্তহ্ কৎপিরক্রোইদবা জুড়ানগী কাইনরবা অমদগী কাইনরবী ঙাক্তনি। মরা-মপুরোইবা লৈরিবী করম্বা য়াইককোলগী নিংঙোল অমত্তা আশ্রম অসিদা ব্রহ্মচারিণীগী ব্রতসি ঙাকতুনা লৈবা য়াওগ্রবগেনে? মহোই মহোইগী মথস্মোইসুংদা হুংঙাইবগী ইহন্না তত্তনা হাই হুমদুনতা শান্নবিবা কনানম্নু অসিগু ব্রতসি লৌ হায়বা য়ারোই। অসিগুম্বা মকম অসিদি সংসার অসিদা মাগী খুদিগী থোংচৎকী পল্লেণকম লৈত্রবা কয়াহুগী অহুতাপকী মৈচাক অহুবু অমুকা হেন্না মৈরি থোকহন্মুনা মপোকসিগী অর্থ য়াওত্রবা মীওইগী কাংলুপ অহুনি। কনা হায়রহুনম্নু নহাক্নুবী কনানা আশ্রম অসিদা মশানা য়ানা চংলকলোই। ধর্ম্ম মন্দির কয়া, আশ্রম কয়া, তীর্থ কয়াগী অবোনবা ইচেলদি অসিগুম্বা চংজকম লৈত্রবী যাত্রিক কয়াবু চংজকম পিরগা থেংলবা মকমশিংসিদা হন্না হন্না কলকগী অমুবা দাপ্নকম অহু মরাইবক থিরবীশিংহুগী অঙৌবা লাইবক্তা মক্লেক থেংবা নথিবনী। হুশিলা! অসিগুম্বা মীয়ুংশি থংত্রবা সমাজশিংগী লৌনম লাংলক্কগী পাজলশোনবী ঐবোইনা মাঙ্গোকদবসি ঐকদবো?"

হুমিত্তিন্থ অপেংলা কপলে। মহাক্কী অর্থতনা থক্কবা য়াইং-শিংশিনা ঐগী থোগুা মচিন তুমলবা তেনজৈ গুম্বা হন্না হন্না য়েশিনবা হোরকলে। ঐগী পুন্দিগী অহানবা ওইনা অমুক

তমখিবা সমাজগী লোনচং—মুপী ওইবিশীংবু অস্থক হন্থনা থম-লিবসিবু কন্নবা ওমজবা পাঞ্জল পুখোকতুনা হোৎনগে থনলকলে। অদুবু করম্না চাওরবা থবকশি পাইখৎকনি? মুপী ওইবিমী অশোনবা থম্মোই, মমা ওইবিগী মচাদা লৈবা প্রেম, মপু-রোইবগী মুংশিবা পুম্নমক অসি নমথেকতুনা করম্বা লম্বেলদা খোংকম অসি থমলুগনি? অখোৎপা, অমেংবতনা থল্লবা মপোক সিদা করম্না তিংথং তুম্মো মরকসিদা চৎলুগনি? মসিনি লুব্বিবা! থুদোংখিবা পুম্নমক অসিবু কিবনা মরম ওইরতুনা মুপীগী আতিদা থাংলিবা নিংথা ওমদবা মীনাইগী য়োৎহলীং— অসিদী অসুম থাংতুনা লৈরশিরা? হে ঈশ্বর, মনাইদা পাঞ্জল পিনবিয়ু। মমলবা লম্বেলকশিদা খোংথাংতুমতা তাকপিরম্মু। লমথুংকমতু য়োলনবা পাঞ্জল শোনবীনা হোৎনজগে—।

ঐগী অসিগুম্বা খোদোক অসিমী তুংদগীদি সুর্রিতিসে ঐগী থরাইদগী চান্নরবী ঈমান্নবী ওইরকলে। ওাইহাকী ইস্ত্রিবু মুং-হাইহন্নবগীদমক আশ্রম অসিদা চংজকম নিজরবী কম্মাবু স্বামী-জিনা অমমমতা ওইনা মনিং তৌনা শান্নখিবগে হায়বতু মানা ময়েক শেংনা লিথরক্রে। আশ্রম অসিগী উবা কংত্রবা লৈরোল চন্দুনা থমজ্রিবা পুরান কয়া মানা থংজবমথৈ পুখোক্লকতুনা ঐবু তাহনলে। আশ্রম অসিদা তত্তনা মরাইবক থিরবী কয়াগী ফিজগী মনি কযা কনা থংজ্রিবৈ গর্ভদা লৈরিবৈদা গর্ভনিরোধ তৌবগী রাকম কয়াস্থ অমত্তা চিথদনা তমলক্রে। অসিগুম্বা আশ্রমসিগী কলঙ্ক ময়াম অসি অথংবা কয়াস্থ য়াওখি। অদুবু অমংবশিং অত্তসু অকবা লম্বেলদা অসিগুম্বা নিতি অসিবু চুমথোক্লবা লাকনবগী মহুত্তা থোইনা হেন্না মশা মশাগী মুংঙাইবা য়েংতুনা মশাদা পাপ লংশিনবা ভক্তা ওইনা তৌগ্রে.। মসিনী হৌজিকী সমাজ! ওসিগী চৎনবী—।

অমুক্তসু লুহোংখিদ্রী। মহাকসে মমা মপা মশক খংহৌদ্রবী অমনি। মহাক্না আশ্রমসিদা মতৌ করম্না লৈরমলিবনো হায়বত্থ মহাক নিং'শংকম থোকলমদে। মরম অসিমক্না মহাক্কি থোইদোকপা পাক্নি পুক্নি ঐহাক্না খংবা ঙমদে। ঐনা চাওরাক্না খংবা হায়ববু মহাক্কী লোনচৎকী তুংইন্নদি মহাকসে অচৌ অশাং অমদি লেমজনফম ওইবা শাগৈ অমগী মীন হায়বসি খংবা ঙম্মী। আশ্রমসিদা লৈরিবা শিষ্যশিংগী মফুংদা স্বামীবু অমদি মাগী খোংলোইশিংবু থরাই হকচাং য়াওনা মুংশিদবসু মহাক্তনি। আশ্র মসিদা কুইনা লৈরকপা অরাবা কয়ানা মকোকথক্তা ননলকপা ওইবনা মহাক্না গুরুদেববু থরাইদগী হেন্না তুকচৈ। ঐগী থরাইদগী চান্নজবা মরুপ হায়বসু মহাক্তনী। মহাক্না তত্তনা কনাগুম্বা অমত্তদসু খংহনলমদনা ঐখোই অনি মফম অসি থাদোক্তনা চৎলশি হায়নঃ তত্তনা হৌদোকই। মসিবু ওইথোকফম থোকপরা? মফম কৈদনো ঐখোয়না চংজফম নিরুপদবা? মফম থুদিংমক লুথাশং অমদি আশ্রমসিদগী হেন্না তমথিবা শাহিং চাবা ঙাক্তা লৈরমগনী। ঙাকথোকপিনবা য়াওদবা মুপীমচা অনিনা কদায়দনো চৎলুগদবা? সমুদ্রগী ইরাওখোলক্তা নৌসু য়াওদা মাইকৈসু থদা কদোমদনো লমথুংলুগদবা? ঐখোইদি ল্যাইরিক লাইশুসু মতিক চানা হৈতে। ঐখোইনা তৌরুগদবা থবক হায়বসু ফুংঙাই-য়াইকবা ইমু অমগী মীনাইমুবী ওইরুবা নত্রগা ওক্তশদা চংদুনা শদোংশিং অসি লুকমাইদা হাপলগা য়োনলুবা অনিসিতনা। ঐখোইদি শাগৈ নাতৈ, মরুপ মপিজা কয়াবা হুন্দোকপিরবনী। মুপী ওইথিগী মপোকসে অসিগুবা লৈবাক অসিদদি অঙ্কি মতিক থুদোংথী। মহাক্কী মাইয়োক্তা কনাগুম্বা মুপা অমনা ঙাইহাক্কী মশাবু পেন্নবগীদমক মান্নু নমজুনা মহাক্কী ইজৎ অত্থ ম্যাংহনখিবা তারবদি মুপী অতু পুক্তিগী ওইনা

মপুরোইবগী মফমদগী, মমা-মপা গ্রাম সম্বন্ধগী বিদায় লৌবা তাই। মহাকপু চংহল্লোই। অদু ওইরবদি উপায় লৈজরবীদু মশাগী ইনথংলকপগী মিত্তানফম ওইরবা তোংশাশিং অদু মচেৎ মচেৎ শেৎলগা তমখিরবা সমাজসিদা য়োম্থোকপা নত্তনা করি উপায় লৈরী? মসিবু সুপীদুগী মরালদ? অসিগুম্বা নিত্তি অসিগী মথাদা মুপীগী সমাজ কয়াম কুইনা হিংচুনা লৈখিগনি। নিংথা তম্বগী মুমিং অদু থোকলকখিরোইদবা?

ঐহাক হৌজিক্কী অযুক মুংথিল নাইদনা পল্লেপকম লৈত্রবা য়াকম কয়াদা ইরাক্নবা হৌরকলে। অদুবু খল্লুবগী মতিক অমম্বা মরকসিদা মঙালগী মশেক অমকাওবা উবা ফংলক্লে। ঐহাক ইতোমতা থাজরম্মী আশ্রম অসিদা অমুম লৈরবদি ঐগী হকচাং অসি কাম্নকম থংত্রবা মফমদা সম্বি তৌবনী অদুগা আশ্রম অসিবু থাদোক্নুনা চৎপা তারগনা সমুদ্রগী ইরাওথোল্লক্লা হকচাং অসি লুপথিবা তাবনী। শুরিত্তিগা য়ারী থর শানবা নত্তনা ঐহাক কনাগুম্বা অমত্তগা পক্লকদে। অদুবু শুরিত্তি মশামকম্নু ঐগুম্না উপায় লৈত্রবীনী। তৌইগুম্বমুং মহাক্না ঐহাক্না খেন্নবা থরদি লৈ মদুদি ঐগুম্না মহাক্তি ইমুং অমগী অবৌবা মৌ ওইদুনা পুন্সি বসন্তগী থোজাল অদু ফংজখিদ্রে। মহাক মমা মপা, অহল লমনগী মুংশিবগী মশকনু থংদে। মহাক্তি লুহোংবগী অমৃত চেন্নবা হৈরাং অদু অমুক্কম্নু মহাও তংখিদ্রী অমদি নোনা মপুরোইবা কাইনরবী লুখ্রাবী অমগী অরা চৈনাথোল অদু থংজদ্রী। আশ্রম অমা অমদি লমথুংকম লৈত্রবা মফম, বসন্তগী মুংঙাইবা অমদি হেমন্তগী অরাবা শকলোন, লৈকংলাগী অশাবা অমদি ময়ামরিচৌকাগী অইংবা, য়ুমগী মুপী অমদি লমগী ওক্সবী পুম্নমক অসি মহাক্কী মমিত্তদী অমত্তা ওইনা উবা ঙম্মী। মহাক্না হোংবা লৈতনা থনবা হায়রবদু মুপা ওইবা জাৎশে শাহিং

চাবা জঙ্গলগী শাশিংগা অমস্তুনি হায়বা রাখলশিনী। মহাকি অনিংবসি মপুং কাননবা মহাকি মকমদা নোংশাগী পাঙ্গল ফংবনবা, লানজাও শোক্লবদা চোকথবা লৈত্রবা লাপোই হক্ষবগী মথৌনা অহু য়োনববা মীচং মীথাই নাইরবা ঈশ্বরসিদা মতিকচাবা পাড়া অমা তম্বীনবা মীকুপ খুদিংগী ইন্দ্রিয়ুংশিদা ফল তাবা লৈরয়োইদবা অঙ্ক হোৎলমই। ফলদি ফংবা লৈতে। মহাক্না তত্তনা হায়রম্বী অসুক খুদোংথিবগী লানকমদা হয়া হয়া মাইথিবা কংলকলবা মপোকসিনা অমুক শিবগীদমক খল্লুকম থোক্কে। ঐখোইগী ইকমদা হৌজিক্তী অরাবা লৈতে, মুংঙাইবা লৈত্রে পুম্নমক অমত্তা ওইশ্রবনি। হৌজিকী ইথৌ হায়ববু য়েক্লবতনা পল্লোন খাপ্রবা লানকমশিদা চোংশিনবা তাই। য়েক্লবগী খুৎলাই মশেকনা হকচাং অসি মচেৎ মচেৎ তানা ককথৎখ্রবসু অমুক মাই ওল্লরোই। পুন্সি হায়বসে মৈগী কমুং নত্তে। তিংখং ভুম্বৌথক্তা ঙাইহাক য়াত্তারুবনি। মত্তমসিদদি পুন্সিগী অর্থ খিবা তারে। মখল খুদিংগী মহাও মথেন স্নুনা চাবা তারে।

করম্বা কুপলবা স্নুরিতিগী মনোবিজ্ঞাননো ঐহাক ভাব তাবা ঙমদে। মহাকিসি চুমলম্বা য়াই লাল্লম্বসু ময়াই। অদুবু য়েংবদি য়েংবা তারে। মাগী লমজিংখাদা ঐহাক অমুক চৎলগনি।

* * * * * *

## ৬শুবা পন্দুপ

## (সমুদ্র ইরাওখোললক্তা—।)

নোংমগী শুমিদাংদি। সুরিতিগা লোয়ননা ঐখোই আশ্রম অহু কনাদসু তাকললমদনা লোম্না চেনলকলে। অমম্বা মরক্তা আশ্রমহু থাদোক্কনা চেনলকপদা খোইদোক্তা ঐখোইদা অরাবা লৈরমদে। সুরিতিদি চিটাগোং সহরগী মক্কম খুদিংমক মহাক্তী লোইনা চিনক্কা পুরে। মহাক্তা ঐগী লমজিং মৈরানি। মাগী লমজিংথাদা ঐ ভুংইনবা ভাই। ঐখোই রেলরে ষ্টেসন য়ৌরে। মতমহুদা মহাক্তা ঐঙোন্দা থংহনলকই মহাদ সাধুবাব। স্বামী অহুগী শেঙ্গাওদগী তাংদা হাপচবা শেল থর মহাক্তা হুরাল্লকই হায়না। অসিগুম্বা ওক্ত লমচৎতা মথৌ ওইরবা সমাজগী মমিৎতা উৎ চাইশিল্লগা অরানবা নিতিনা মাংওইনরবা পাপী মাগী মরল হুরাললকপদি পাপ নত্তে হায়না সুরিতিনা চাওখোক্তা মথৌ পোংনা স্বামীবু চৈরকই।

সুমিদাং পুং ৮ ভারবদা চাঁন্দপুরগীদমক ট্রেন থারে। ঐখোইসু সুপীগী থার্ড ক্লাস কম্পার্টমেণ্টতা ভোংলম্মী। চিটাগোংদদি কাশিং অহু মীতনা ফমফমফাওবা লৈরমদে। অহুবু ষ্টেসন অহুম-মরি চৎলবা তুংদদি অম কুমথি-অনি কুমথি কাশিং অহু হ্যাংলকলে। সুরিতি ঐখোই অনিনা ভোংলিবা কা অহুদি সুপী পুন্নমক অমমমত্তা কুমথনখ্রে। ঐখোই অনিত্তা চিক্তা ফমহোরে। মতম অসিদদি থংনবা কম্পার্টমেণ্টতা অহল লমন ভোংলবসু সুপী নহা ভাক্তা ট্রেনগী অহাংবা কাদা ভোংহুনা লমশাং চৎপসিদি খুদোং খিনিভাইগী মশক্কি। ঐদি অসিগুম্বা অরাবা ফিভম অসিগীদমক

থুদোংথিবগীদমক অ'কিবা হায়বত্থ মচেৎ অমত্তা মাগী মাইথোংদা.উবা ফংদে। ঐগী লৈত্তাক্তম থংত্রবা মতৌ অদু উবদা মানা নোককেৎ তৌনা থেমজিল্লকই—"হুরানবা অমত্তনা ঐখোয়বু হুগে লাকলরোই—ঐখোয়গী লৈকবা ইরল পুম্নমক্তী যেলহৌভৈনা হান্না হুত্রবনি। ওসিদি ঐখোয়স্তু ডাকু ওইরবনী। হুংশা থিরুগম্নু-!" মতাং অসিদা মহাক্কী রাহৈ আসনদি ঐগী ত'নিকপা থম্মোই অ'সিবু থেমজিনবা ওমদবনা ঐনা মত্তোন্দা হ'ংলম্মী—

"ক'রগুম্বা ঐখোয় অনিনা লৈরিবা ক'শিদা ট্রেনসি চেম্না চেম্না ডাকু কয়া হায়জিল্লকতুনা ঐখোয়বু নমতুনা অত্যাচার তৌগে হোৎননকপা তারবদি শোল্লবা পাঙ্গলশিনা ঐখোয়গী ইজ্জৎপু কনবা ঙমগন্ত্র'?"

পল্লেপক্তম থংত্রবা বাথল কয়া অসিনা থুত্থম চনখিতুনা ঐখোয়না তোংলিবা ট্রেনগী কমপ টমেণ্ট মন্নুংদা খোংগ্রাও অভোবা শেৎপা কোট অমুবা লিৎপ মুপা চাং কপত্থ উহৌদ্রে। মহাক রেলগে ইন্স্পেক্টর ওইরমলে। মাবু হেক উবা মত্তদ ঐহাক ওসাইমথৈ ফাজিনবা য়াদনা অ'কিবগী সমুদ্রদা ইরাক্করবত্থ নেমথবা ওমত্তরে। ঐ ইভোমতা থৈগ্র অসগুমলবা থুদোংথিরবা মতম অসিদা সরকারগী ওইবা কর্ম্মচারী অমগা খোংনূ ওইরবদি থুদোংথিবগী থোইদোক্লারাক্তম লৈতে হায়না। ঐখোয় স্থকসোই সে ইদল' মহাক্কা কনখিরগনি। ঐহাক থোইক্তম মোমোন শোকচবে। মিৎমাংদা উরমবা অকিবগী মশক কংলবা ইরাওখোলত্থ নেমথথরে।

মন্নুংদা থা'রিবা বক্ক অদু কন য়াম্না হা'ত্তুনা লৈ। স্থরিতি, ঐখোয় অনিদি বক্ক অমত্তদা কফিরৈ। অদুবু ইনস্পেক্টর অত্তুদি অহা'বা কমকমশিং অতুদ কমগেদি হায়ত্রত্তনা ঐখোয় অনিগী নাক্কা কমলরে। মতম অসি কাওবদা ঐদি মহাক্কী মকমদা অকিবা পোকলুদে। ঙাইহাক লৈরবা কান্দা মহাক্কা স্থরিতিগী মকমদা শারকপা রারী অদু তাক্করবা তুংদদি ঐগী পাখৎপগী মিচন অসি

ক্কাজিনবা ঙমলক্তরে। হন্না হন্না ইন্দ্রি অসি থুগাইবগী মতৌগুম চোংবা হৌরকলে। মহ কৃকী মমিৎ অনিতু ঐখেয় অনিদা থমলগা স্থুরিত্তিদা মহাক্না হায়রকই— "নখোয় অনিমক কনাগুম্বা ঙাকপি শেনর্বিবা অমত্তা য়াওদনা লাকই হায়র্বসি ঐদ নখোয়না খোংশাল-লমদাইদগী থংলর্বন। নখোয়গীদমক্তা ঐহাক চিটাগোংদগী ইম্নরক-পনি। হৌজিক্তি ঐ অম ননাক্তা লৈরর্বনা কন গুম্বা অমত্তা য়াওদে হায়হুনা চিংনব তৌবগনু। ইকোম কোমনা হাযরবদা নখোয় অনিগী ইনথৎলকপা ফজব। অসিনা ঐহাক ঙনিদি ঙাওব বনি। ফুদো লকপা মৈঙাল অদুগী তুংইমা ঐ নতুং হনলকলবনি। অশাংবা লমশাং অসি লাকপদা ঐনা ঙসাইমখৈ কা অসিদা চংলক্ত্রবদি ট্রেন অসি পুংথায় অমফাওব। কাম্নদনা ষ্টেসনশিং অসি য়ামনা নক্না লৈ। হৌজিকতি ঐগীসু অমদি নখোয়গীসু লাইথক ফবনা চেনলিবা ট্রেন অসি য়ামত্রবদা পুং অমগী মতমফাওবদ .৫ প্না লৈররোই। ঐনা রাকম অসি নৌরিবী নখোয় অনিগী মমাংদা ইমাই লায়না হায়দোকই হাযবগীদমক্তদি চিনকুগনু, মরমদি অসিগুম্বা চাংয়েং কয়া অসি রেলবেগী কর্ম্মচারি ঐখোয়দি হন্না হন্না কয়ারক চিনফা পুথ্রবান। মখল য়াম্লবা রাকমশিং অসি ফোংদোকপদা ঐখোয়গী ইকমদা তুথুকপা পোক্তে। ঐখোয়না খোংশাল্লিবা অরেপ্পা কৈররোইদবা খোংচৎ অসিদা ঐহাক নখোয়গুম্বা নৌরিবী থম্বাল কয়া থেংনখরে। খোংচৎশিং অদুদা খোংবুরোই ওইবগী তামলবা মুংঙাইবা অদু ঐহাক্না পীথ্রিবা ঙাক্তনী। মরম অসিনা ঐহাক্না থাজৈ নমান্নবী কয়াগী মতৌগুম্বা ঙসি ইংলবা অহিং অসিদসু নখোয়না ইকমদা চৎ-মিন্নবগী মুংঙাইবা অদু মহাও তংহনগনি। নখোয়সু থংহো, মকম অসিদি অম্বাপুরনি। অরাবনা হন্না হন্না ফজরবা মাইথোং অদু চামশিন্নরবা করিগুম্বা ফগুবা মতম অদু মতুংদা অমুক লাকপা

তারবদি অসিগুম্বা অশা'বা খোংচৎ অসি নাইতোম লাকউ। নংগী ইংথৌ য়াদ্রবা থম্মোই অদু মতম অদুদা শোয়দনা ফংগনি। ঈশ্বরমরুম্ন উবা ফংলরোইদবা লু'ঙাইরবা তামলবা মফমনি।"

য়াইহৈশিং অসি হায়না হায়না মহাক ঐখোইগী ইনাক নক'শিল্লকলে। মতাং অসিদা মতে গীদমক লাউগে খনলুরে। অদুবু অমমবা সমুদ্র মরক্তা ফপনবা লৈতনা চেল্লিবা ট্রেন অসি ইরাওখোল মরক্তা লউ খোংলুরগা কনানা পাউথুম পীরকনি খনলুবদ ঐহাক অমুক কাথ'রে। মতাং অসিদা সুরিত্তিদি ক'রম্ন চিংনবা লৈতবগী মতা'দা মহাকী পীশুম অদু সুকতুনা ঐ-ঙান্দা তুমিন্না লৈ'নবা ইঙ্গিৎ তৌরক্লে। মহাক্তি ইকোম কোমনা মাগী মে'লবা লুং'শিরবা খোঞ্জেল কয়া শিজিন্নতুনা য়ারি শাবা হৌ'ল্মী। "সুপীমচা ঙাক্তা তরক তরক চৎলম্বদগী ঐখোয়না অদোম্বু খোংবুরোই ওইনা ফংজবসি'দি ঐখোয়গী লাই-বক ফবনি। অচুম্বমক্তি ঐখোয় অনি নত্তনা ঐখোইগী মপাং কমাম্ন য়াওদে। অদোম্না তাকপিখিবগুমনা ঐম্ন চিটাগোংদা অদোমবু উজবদা ইতোমতা থম্মোইনুংদা খোংবু ওইনা চৎমিন্ন-রবাদি খোংচৎ অসি মহৈ য়ানখ্রগনিদা হায়না খঞ্জখি। অদুবু ঐগী নিংজবা অদুদি থুংজরে। অদোমবু থাগৎচরি। ঐনা খংজনি'বা অমনা কদাইফাওবা অসিগুম্বা খোংচৎ অসিগী খোংবু ওইবিগদগে হায়বদুমদি খংজদে। মতুমতা তাকপিয়ু।"

সুরিত্তিগী য়ারোলশিং অসি তাবদা লমলানবদু পুমসুম সুমহৎখ্রে। খোইরুম মোমোন মিনোক মচা অমতং নোক্লদুনা মানা হায়রকই— "নিংথিরবী—! ওসিদি নখোয়গা লোয়ননা পৃথিবী অসিগী শাংলবা লম্বেলশিং অসিদা জুড়া ওইমিন্ননা লমথুংকম খংদনা চৎলগে লাক্লবনি। মহাকী থম্মোইসে অসুক্তি মতিক ফজরমগনি হায়বসি ঐদি মংদা ফাওবা মংলুদে। অদুবু

ঙসিদি ঐগী লাইবক করদগী লমল্লানবী নকমদগী মু'ঙাইবা সাগরদা ইনিং তৌজনা ইরোইজবা ক'লগনি।" মহাক্না রাহৈশিং অসি হায়না হায়না স্তুবিতিগী মরেংবান অহু পায়দুনা তপ্পা তপ্পা নান্দুনা শান্নরম্মী —খম্বাল লৈরাংগী খুংথেংনবগী মুংঙাইবগা লোয়ন-লোয়ননা মহাক্কী খাগৎ রাহৈ কয়া লিশাং শিংথবা হৌরকলম্মী—।

"ঐহাক্কী হৌথিবা পুন্সি ইতিহাসতা নপাককুম্না থৌজাল হৈবিশে অমুক্তসু থেংনখিদ্রে। প'লবি মুদাজ্ঞ কয দি ঐ:খোযগী ইফম্নদা অ'কবা উৎলি—। মহোইগী মিৎযেং তু ইন্না ঐখোয়সু তমখিরবা অকিবা ফংলবা শাহি' চাবা জী'ব ওন্দুনা মখোয়গী মফমদগী মুংঙাইবতু কংই। মখোইনা খংদে রেলরেগী কর্ম্মচারিশিং অসিদি অহিং মু'থিল খায়দনা সমাজগীদমক্তা থবক স্তুরির্বনি। মখোয়গী রারব। মপোক সদা ঙাইহাক ঙাইহাক মু'ঙাইবগী মং ম'হুর্নাখিবদি অসিগুম্বা ফজবনা থল্লবা মতেক মতেক্কী খো চৎতা নাইতোম তারবী ইনথৎলকপী লনল্লানবী কয়াগা খো'বু ওইব-শিতনি। অ'সিগুম্নবা রাদুনতা লৈজরবা প্রজানি মিনাই ঐখোয়দা মতম খরতগী তাক্তনা মু'ঙাইবা অহুদি হরাও হরাও অমৃতহু পিথকপা হৌনৈ। মখোহ'দি পুন্নমক অ'সিগী অর্থ খংদবমাল্লে। নহাক্কি অহুমগুবা শ্রেণীগী কাদা তোংবিমক ওইরবসু পুকচেল চাঙিরবিনি। মুংশিহৈরবীনি। নহাক পুন্সি মঙ্গল ওইবা ওইশনু।"

মখোয় অনিনা শান'রবা রারী অ'সি অসুম তারগা ঐহাক ঙক্তবা ঙমদে। করম্বা মওংদা. করম্বা ফিভমদ। সুরিতিনা অসুক ইচং থৌনা অসিগুম্নবা ফত্রবা কৈশাল অসিগা রারি শাদুনা মহাক্কি শকফম অসি করিগীদমক্তা ঙকলবা চরিত্র অমা পুখোকলি-বনো? মহাক অসিবু খাঙ্গেশেংনা কৈশাল অমোম ওনলবরা?

অদু ওইরবদি করিগীদমক্তা হৌখিবা পুকাদা য়াও মপি শাত্না মচাগীদমক কপলম্লিবনো ? ঐনা থম্মোয়মুংগী নিংবা কায়রবা অতিনয় কয়া উংলুবসে কৈশালদা য়াও মপিবু মচাগীদমক করিগী কপলিবনো হায়না ওন্না হংবা তাখ্রবা— ? ঐ মঙল মঙল থল্লক্লে। মহাকপু শাক্তি ন বগী ইচলন হকচাং অসি তত্তনা থক থক নিক্লক্লে। চিনবান অনিশে কা জনবা ঙমলক্তরে।

মতাং অ সদা সুরিতিদি ঐঙোন্দা চিং-লেম্না য়েংলগা কৈশাল-তুগী মকমদা ঐবু শক তাক্লকই—"ঐগী মরুপ শান্তি কৌবিশে থোইদোক লোন্দক্লা ইকাইখিবীনি মাগী লাইবক্তা কারিবা হুমাং মরিকশিং অসি ইকাইবগী থওনথুদম অদুনি। অদুবু মতম শাংনা ঐখোয় চৎমিন্নরবদি অদোমসু মহাকী মুংশিরবা খোঞ্জেল থরদি তাবা ফংবসু ময়াই— ।"

সুরিতিগী রাহৈ থুদিং তাখোয়রকপনা ময়ম ওইরম্লুনা মুপা। অদুগী রাখলগী লংলা লংজিল পুম্নমক মথুল অমত্তনা হোদনা ফাজিনবা চৌথ্রবমাল্লে। মাগী পম্মোমথাদা সুরিতিবু লৈননবত্তা হেৎনরকই— । সুরতগী লেংবান অমি মানা চেৎপক্ল কোন-শিনলদুনা হায়রকই— "অচুম্বক্লি নোংবী মুপীমচাশিংগী ময়াং কাইনা লৈজবা মরল হাযববু ইকাইবা হয়বদুনি। অসিগুম্বা তাংলবা ইকাইব অদু লমশানবা কনাগুম্বা অমনা তশেংনা থুত্নম চনখিবা ঙমলবদি নহোয়গী থম্মোই অদু তশেংনা তয়াং তশোয়রকই। নিংচবা মাগী মক্লমদা থূপচনবা হোৎনরকই। নহাককুম্না ইচং খোবা ঙমংকই। নহাককুম্না মুংশিংগী কুয়োম্না হকচাং অদু য়োমশিল্লকই।"

করম্বা মওংদগী ঐগী ইমিং লোৎতুনা সুরিতিনা ঐবু তাকলক্লিবনো— । অমদি অসিগুমলবা থুদোং খিরবা কৈশাল

অসি থেংনরগা মাগী মিংলমগী রাংমদ থরাই কয়নবা চেনখিগে থম্রিবসিনা কয়থা অপাংবা বুদ্ধনো ঐহাক ফল তবা ঙমলমদে। রাখল অসিদা ঈরাক্লরিতৈ মতম অসিদা ফুপা অতুনা অপনবা লৈতনা স্নুরিতিবু মাগী মথাদ চেৎনা কেনশিনখে। মহাক্কি চিম্বান অতুনা খোইরাংবগা লেয়ননা স্নুংতাতগী চিম্বান তমনা লুকথরক্লে। লৈরিক্লা থল্লবা থম্বাল লৈরাং থরাই পেন্না লৈহী চুপকে খোরাংলক্লে। মাগী চিম্বানগী নিশানগী মপাদগী ঙাক খোক্লবা স্নুরিতি কম্না হোৎনক্লে। অতুবু ঈথক ইপোমদা অখোৎপা লৈকা কয়া শে কলুবদ॥ ফুদেংলবা মাগী মিতিখাদা কয়াম কুইনা খাঙতুনা লৈবা ঙসগনি পাঙ্গল শোনবী অমনা।

ঙাকখোকপা ঙমলরোই উরতুনা স্নুরিতিনা ইচং খোনা ফুপা অতুগী মকমদা রাহং অমা হংলকই—"ঙাকপিগনি! অশাংবা স্বয় অমুক্তং হোন্থবিয়ু। নফমদা ঐগী বসন্ত লৈরাংবু খুদোলজো তাকপিরবদি অহানবমক্তদা ঐনা হায়বা রাফম অমা য়াবিগনি হায়না রাশকপিয়ু—। নত্রবদি অনি বত্র থুংবিরোই। তপথবিয়ু।"

বসন্ত ইপোমলক্লা হেংগুগী মুংশিং অমা থঙহৌদনা নাকোইদগী শিংলকপসি উবদা ফুপা অতু অকিং অফায় ওইনা স্নুরিতিবু থাদোক্লগা খোগংলবা যাত্রিক্লা মতম কুইনা চানিংবগী মৈশাদা তাউক্লরগা লমলানবী অমগী মকমদা তিক্ষা নিবগুম— শোন্থাংনবা খোঞ্জেলনা হংলকই—

"চায়থোইরবী! লাইররবা রেলরে কর্ম্মচারি অমগী মকমদগী তানবিগদৌরিবা অপাম্বদু করিনো? ঐহাক্কি ঐনা কংজরিবা চাকরি অসিগী পিক্লবা তলব অসিনা য়ুমগী মুপী অঙাং থাকতুনা হিংজবা নহাক্কী থুয়াখাগী উকুলগুম্বনি।"

থৃদক অসিমক্তদ স্থরিতনা মমাই কৎ লৈথোকতুনা অশাউবা ফিভম উৎলক্লে—অনিকপা খোঙ্খোক্তা হায়রকলম্মী—‘অদু ওইরবদি কারগী অডুক মিসুংশি থংত্রি ? ভরাংত শাৎচবী লৈরাং ঐবু হেকতোক পরগা থাংউথক্ত মাংহনবিগেরা ? য়ুমগী মুপা অঙাং লৈনা লৈনা করম নংঙোন্দ ঐগী মুংশিবা থ৲লুগনি— ?” মতাং অসতদা মুপা অদু থংজরক্লে—পুংজা থরতগী ওইনা শান্নরিবা লিলা অসি মাগী প্লেট থর লানথ্র—দাইয়েলোগ থর ওয়খরে। মহাক্কা শারব চরিত্রদু, মশক থর থিহনথরে। মরম অসিমক্কা স্থরিত্তিগী য়াহংগী মতিকচাবা পাউথুম পাক হেক পিথোকপা ঙমদরে।

মহাক অদু মতম ঙাংহাক লানলুরবা—অশোই’ রাকম অদুগী-দমক মু বংনহৈঙদা স্থরিত্তিনা মুপা অদু তম্না চাগদোবগী মতাগুম শুক্তোকতুনা য়েংতুনা লৈরম্মী। ঐখোয়না কমলিবা বক্ক অদুগী কাগী থোংবাগা থনবা মচি অদুদা মুপা অদু তুমীন কমহুনা লৈ। হৈ-শিংলবী মুপীমচা অমগী মকমদগী মতিকচাবা পাউথুম-গীদমক মাইথিবা কংলগদরা নিংলুবদগী ইকাইরমাল্লে মথুং মশাশিং অসে অহাংবা মকমদা হাইবা হৌরকলে। মথুং মশা অদু প্রোক প্রোক থেকলকলে। মানা মথুং অস্তুম হাইদোকপদা লেপলিবা কম্পার্টমেণ্টকী থোং অদুগী কবচ অদুদা নমলুরবমাল্লে মতোমতা থোং অদু হাংদোকথরে। মপান্দগী শিৎচিল্লকপা অকনবা অইংবা মুংশিৎনা কা অদুদা ফুজিল্লকলে। অথেংবা অহিংগী অইংবা মুংশিৎনা কুবদা মুপা অদু মতিকচাবা পাউথুম কংলমাল্লে স্থশিদা তম্না থোইরুম মমোন নোক্লহুনা ওনশিল্লকলে। মহাকী মথদাং অদু পায়রহুনা হায়রকলম্মী — “ কজরবী ! করিগী অডুক য়ারোরিবনো - ? ঐগী রার্রশে হায় ভাখো —। চুম্মী ঐহাক য়ুম পানলুরে অদুবু ঐগী মুপীগা ঐগা পুন্সিগী ওইনা কাইনবদি শাংলবা থা ৬কী মতম স্থয়ক্লবনি। মরম অসিমক্কা

ঐহাক কনাবুসু চিংনবা লৈতনা লৈক'দা শাৎলমবা থমবাল নহাক ঐগী মোলাংগী লৈভেং ওইরগনি —।" মতাং অসিদা স্থরিতিনা হরাওমমোন মচা অমা শোক্লগা অকিবা কংনা মমিৎ অনিচু লাওথোক্লুনা মশাগী লৈজবী থাত্নুনা মুপা অম্বু হাং- দোকলিবা থোং অদুগী মপাদা ইস্থ্রে কন্তবগীদমক থোশাচৌ- ত্রবা কৈশাল অদু লাউ থোংনা অমম্বা সমুত্র মরক্তা চো'থখ্রে।

অ'কিবা কংলবা থোঁদোক অসি উবদ ঐহাক পাথৎপগা লোয়ননা থংলাউ লাউরম্মী- ফমলমবদগী " মী হৎলে " " মী হাৎলে " হায়দুনা কোইচোং চোংলম্মী। স্থরিত্তিনা ম্নাম্না তপথনা ঐবু ফাহ্নুনা করিসু চিংনবা লৈতবগী মও'দা হাযরম্মী — " কি অৎকমু মুশিলা ! ঐনা তৌরু রবা থবকসে অচুম্ব'ন হায়না খন্দুনা নবুক্লিং অদু ফাথৌ। ঙসি ঐথোয় অনিগী স'ত্তিত্ব ঙাকপতা নত্তনা মতু'দা কন গুৰা রেপরেগী কম্চারী অমত্তনা মপাং য়াওদনা চৎচবী পাঙ্গলশো বী মুপী চ শিংদা অত্যাচার তৌদনবা পাউ অমা তমবীরমলম্বনি। অচু.বগীদমক্ত দ অকিবা পোক্লগমু। পুন্সি হায়বসে লানফমনি।" মহাকী ম্নাওাং তারগা ঐহাক স্বয় থরদি ফাথয়ে। অদুবু পাথৎপা অদুদি হন্থো হায়বা যাত্রে —। ঐন হ'য়রম্মী — স্থ'র'ভি। ন াক.স প'ঙ্গল শোনবী মুপীমচা অমা নত্তে! নহাক্তি মিহাৎপী।নি! হৌজিক ঐথোয়দা করি থোকনি নহাক থওপবরা ? ঐথোয় চাঁন্দপুর য়োবা কান্দা মরাপ লৈরবী ডাক্তনি হাযবসে মীপুম তি না খংনরগনি। থানাশিংনা ঐথোয়বু ফাররগদবনি।"

মহাক্তি পাথৎপা লৈত্তনা ইচং থোনা অমুকম্ন ঙাংলকই — " ঐহাক অইনগী বীরুদ্ধদা থবক অমত্তা তৌংদে। ইশা কজ্ঞনব- গীদমক ঐঙোন্দা অপনবা পী'রিবা মরাল লৈরবা মীশক অদুদি হাৎপগী অধিকার ইশাদা লৈজে আইম্না য়াই। মতুগীদমক

কিক্কক্কম লৈতে। অতুগীসু মথক্তা অসুক থূনা মাগী অশিবা মশা অত্তু কনানা থেংনরুগদগে ? মহাক্কী অশিবা মশা অতুনা থানাগী তদন্তদা লৈররবা মতম অতুদদি ঐখোই পাকচাওরবা মীয়ামগী সমুদ্রদা তিনখ্রগনী। সহর অচৌবা কয়াগী মক্কমদা থুপলুরগনী। চিংনগন্থু, ঐখোইগীদমকসু ঈশ্বর লৈরম্বা য়াউ—।"

অঙনবা অয়ুক্তা ঐখোই চান্দপুরদা থুংগে। খুদক অতুমক্তদা ঐখোই গোলান্দোগীদমক জহাজ তোংখংলে। য়ামদ্রবদা জহাজ মথক্তা ঐখোই পুং ৮গী মতমদি লৈগনী। হৌখিবা খোদোক্কী নিংশিং ইপোম্মা কৈতাক্কম খংদ্রবা হকচাং অসে পদ্মা তুরেলগী ঈংলবা মুংশিৎনা য়েবদা খরমখৈদি তেকখৎলে। তানচানা থাংবা জগোইগী খোংথাংগুম পদ্মা তুরেলগী লোইরোই লোইরোই কায়কপা ঈশিংগী জরায় অতু য়েংলুবদা হকচাং অসি পুমসুম শুনহৎখে। যান্ত্রিক লিশিং কয়া কয়া মতম্বাক্তা লানথোক্লুনা মাগী মাগী লমথুংক্কম য়োন্নখবসু অযুক মুংথিল নাইদনা পদ্মা ইচেলদি অসুম চেন্থহৌখিগনি। অপাকপা ইমাইগা অইংবা মুশিংকা থেক্কাথেক নোংগানৌ ইরোইননা শান্নহৌখিগনি। খুৎশেমগী শক্তিসু মপাল নাইদে, অতুম ওইনমক প্রকৃতিগী ফজবসিদি মুশিবা থংবা মী ঐখোযগী মকমলাংদগী লাপথোক্লিংদে। থাঙ্গৈশেংবনি প্রকৃতি হায়বসে ঈশ্বরগী খুৎশেম নত্তে।

জহাজ অতুদা তোংলিবশিং অতু মুপী কয়া য়াওরবসু ঙাকপি শেনবীবা মবুং মপা কয়াগা চৎমিন্নবা ঙাক্কা ওইনা তৌই। ঐখোইদি কনাসু য়াওদনা লৈবতু উবদা কনাগুম্বা নৌরিবা পাথং মচা কয় ঐখোইগা নকশিন্ননা খোংলোই ওইনিংবগী ইঙ্গিং অতু তম্তুনা তেরকই। থুমাংদি থক চাওশিল্লক্লে। ঐখোইগী দমক মমিত্তু রাই চিঞ্জরিবা পাথং মচাশিং অতু অয়াম্বনা কলেজগী ছাত্র ঙাক্তা ওইরমাল্লে লাইরিক মচা অমমমদি নাকলদা কোল্লি।

মতাং অমিদা সুরিতিনা ঐগী নাকোং ময়াদা চংশিলক্লুনা লোয়া হায়রকই— "সুশিলা ! য়েংউ কলেজগী নহারোল ছত্রশিং লসে। মখোই অসিদি অপাম্বা থবক্তা ফজবক্তুদা য়েংনিংবা লৌকরিবা ঙাক্তনী, খানবা অথদি ঙমজংগী কুপা অতুগুম্না ঊমখিবা নত্রে। মখোইদি য়েংজবক্তা হরাওজবনী হৃৎ কল্পনাতনা হিংজবা ঙম্বা ঙাক্তনী। মখোই 'সুংলি' কাবক্তা কয়া বাকর কয়া ইনবগী মথক্তাই ভানা থুম্নাশিংবু য়েংজে। ফকরজ্রবু কল্পকউদে। ফজবক্তুতবু য়েংনিংবনী। নহাক্ত মখোই অসি পরিক্ষা তৌনিংলবদি ঐহাক্ত অমা কৌশিনগে মখোইগী লোনচংতু য়েংউ—।" ঐনা থুনা য়াংনা থুমলুম্মী— "ঐ কনা থুম্বা অমত্তবু পরিক্ষা তৌজনিংদে। অনৌবা থুদোংথীব অমগীদমক বার্ত্তন তৌজবা ঐ ঙমজরোই। কৌরুগম্মু।" সুশিলা'দ ঐগী রাহৈ অসনা মাগী অ'নংবত্তু থুগাইবা য়ারোই ঐ থংই। মহাক্তি মওং অমনি। মহাক্তা মহাক্তী থুদোম্বী অচুনা মখোই ময়ামগী মরক্তগী অমবু হত্তুনা কৌথোক্তরম্মী। কলেজগী ছাত্র অচুদি মংদকাওবা মংজত্রবা থোদোক অসিনা ফকমনত্রচুনা ঙ ইহাক ঙকচানচুনা লৈরে। সুরিতিন্দু অরেপ্পা লৈতনা হন্না মথুং হত্তুনা কৌশিনবা হোৎরক্লে। সুপামচা অচুপ্ত মহাক্তি হায়বা ডশেংনা থংজক্লবদা থংহৌদনা পংথখিনা অমগা লোইননা তপ্না তপ্না ঐখোইগী ইনাক ভান্না চংশিলক্লে—। সুরিতিনা মহাক্তা হেক চংলকপগা কৌরম্মী— "ঙাকপিগনি ! অদোমগী মকমদ অয়েংপা থরদি ওইরগনী। রাকম অমত্তা নিংশিংজগে— হোৎক্তক ঐখোইগী থক্তবা ঈশিং থরদা ফাওবা য়াওজত্রে খোরাংবনদি শিক্ষদোরে। করিগুম্বা খোজালনিরবদি ঐখোইগীদমক ঈশিং থর পুথিরকপা ঙম্বীগদরা ?" সুপামচা অচুনি অতিয়াগী থাজসে মথুবাম মসুংদা লৈরবোই থজরমাক্লে। হরাও মীনোক্তা লোইননা থুনা য়াংনা জহাজগী

হোটেলদা চেনখিহুনা ঐখোইগী থক্লনবগীদমক ওলাবজল গীলাস ফর্নি পুরকলে। থেংদৌ অসিদা মুশিল্লুনা ঐঙোন্দা মিৎ কুপলমই অহুগা হায়রকই— "পরিক্ষাগী ফলসি করম্না ?" ঊবত্রা করম্না হুপীমচাশিংনা হুপামচাবু পাওখোল্লোই ওইহনবগে হায়রগী অঙ্ক অসে। থংজিল্লু কলেজগী ছাত্র নহারোলশিংগী থখোইশিদী ওহোক্লা তরু তহেনবনী। চরাং অমত্তকাওবা নৈতবনী।"

হুপামচা অহুনা ঐখোইদা ঔশিংতু পিবগা লোইন লোইননা হুরিত্রিনা মত্তোন্দ হায়রম্মী "করিগীদমক্তা অদোম্না ঐখোইগী ইনাক অপিদা ফম্বিদ্রীবনো ? ঐখোই খোংচৎ অসি ঙাকপি শেনবিনবা য়াওজদবা মরম্না ওহোক্লা অরাবা হায়বহু ওইরে। কারণুম্বা অদোম্না গোলান্দো তাম্না খোংবু ওইবিগদবা লৈরবদি ঐখোইগী খোংচৎকীদমক অদোমগী মফমদা আশা য়াম্না তৌজরি। হুরিতগী রাহৈ অসি তাবদা মহাকমু ঐখোইগী ইনাক্তা তপ্না তপ্না ফমথরকলম্মী অহুগা পাওখুম পিরমই— "অহোই ঐ গোলান্দো সহর তাম্না চৎচগনী। ঐগী খোংবু ওইরিবৈজদ্রি থোইদোক্ল রাক্লবগী দরকার লৈতে। ঙমজবা মতেংদি পাংজগনী। হোরেল গোলান্দো station গী মীয়ামগীদমক্তদি থোইদোক্লা রাবীক্লগনু য়ামত্রবদা ঐহাক্তা খোংবু ওইরবনিনা অদোমখোইগী মতেংদী ঐসু ঙমজবা মতেং পাংজরগে—।" মতাং অসিম্না হুরিতিগী মিৎচিনা ঐঙোন্দা পাওদমলক্লম্মী— মহাকী পিজুম অচ খোইথরহুনা— নিংবা থুংদে হায়বগী অর্থ ফুমলহুনা ইঙ্খিৎ তৌরকই। ঐসু হরাও মখোন মীনোক মচা অমা পাথং মচা অহুগী মথেল ওইনা লংশিল্লী। মখোইশিং অহুগী চুম্না ঙাওজবা অহু উবদা ঐহাক থোইদোক্লা হরাওজরে। ঐখোইগী ইনাক্তা লৈবহু মহাক ওহোক্ল ইকাইনা নৌরিবা মাইখোং অহু অমুক্তা কাওবা থাঙ্গহুনা লৈজবা ঙমদ্রে। কোইরৈ লৈজনা কলকত্তা

মমীদা নোংমতা য়েংজক্লব্রিবা তক তরুবা মীৎপ্না অনি অদু কোইরৈ লৈহৗনা লৈরে। ঐখোইনা মানা পুরকপা ঈশিং অদু থকপা লোইরবা মতুংদা অহাংবা গ্লাসশিং অদু মঙোন্দা পীরে। সুরিতিনা অমুকস্থু হায়রকই—"অরাবা মতমসিদা মতেং পাংবী-বগীদমক অমুক হল্লা থাগৎচরী। অদুগা রারৌবিদনা হোরেল Steamer অসিনা গোলান্দো থুংলমদাইদা ঐখোইগী মতেংগী-দমক অমুক নিংশিংবীগনী।" সুরিতিগী নায়িকা অমা ওইনা খোকলকপা শুমহৎলবা ছন্দহৗনা মহাক্‌ পুমত্তে তেখ্রে। পাওথুম পিকম খোক্ক্‌মাগ্নে— নোকফেৎ তৌরমলগা গ্লাসশিং অদু খিন্দোকপা চৎখ্রে।

মতাং অসিদা সুরিতিনা বর্ণনা তৌরকই—"সুশিলা নাটকশি চংখোদ্রা? অসিগুম্বা পাথংমচাশিংশিদী, রা ঙাংনবগীদমক মতম সুকমাং মাংহন্দনা—শাইনোলশিদা লৈখোক্‌না মুংখিলগী শম্বাল লাংলকপা শংব্রৈ মনাগী চেংহি মনম অদুতা তাহনলু—মপুক্তিসিংদু মুক্তী কংজয়ে খন্দুনা—শাহিং চাবা কৈশাল মচাদু তেথহৗনা ইনাক্তা কুনলগদবনী। মখোইশিং অসিনা ইনথৎলকপগী মকে শেমহৗনা লৈহাও লৈনম্না হায়বা ফিজোলশিং শেত্তুনা মিৎ মাংশিদা চৎচরিবগে —মুপীমচা ওইবিশিংগী মিৎয়েং অমমমহৗগীদমক্তনী। মীৎয়েংশিং অহুতনা হোৎনজরুবগী মহৈ য়ানলে হায়না নিংবা থুংজরিবনী। খংজিল্লু মখোই অসি মীৎচী অমত্তনা শিজিন্নবা য়াবা য়ুমশানী।"

মুমিদাংরাইরমদা গোলান্দোদা ঐখোইগী Steamer অদু থুংলে। Calcutta য়োবগী Passenger train অদুদা ঐখোই কাখৎপগী খোইদোকপা খুদোংখিবা লৈত্রে। মরমদি ঐখোইগা লোইনরীবা অনৌবা মরূপ অদুনা ঐখোইগীদমক লাইবক্তা ছমাং মরিক মরিক কাবমথৈ হোৎনবী। Train অদু, মুমিদাংগী পুং ১০ দা Plat-form অদু থাদোকদবনী। মতমত কাওবদা মহাক,

ঐখোইবু ভাক শেনবীবগী ইছুন লৈরী। মহাক্না ঐখোইবু মুপীশিংগী Compartment অমদা কমহল্লগা—অথুম-অহাও থয় লৈজরক্কে হায়না চংলকই। য়াহং অহুদা মুয়িতি নোককেৎ তৌই। খোইরুম মীনোক্তুদা উবদা পম্বদে—থুনা য়াংনা চৎখি—। মীকুপ'মগী মতুংদা চম্প্রা মহিগী লৈ-গ্লাশ অনি অমগা অথুম অহাও থয়গা পুয়কই। ঐখোইগী সেবাগীদমক মহাক, মপোক্তু পুমকাও কাও-খোকপগুম তৌখ্রে। মহাক্নী মতৌদু উবদা ঐহাক, নিংঙমদবা অমম্ভু পোকলকলে'। মহাক্নী খ লমলোইদো তো'লীব' মুপীমচা অনি'সে লমথুংকম থংদবা খোংচত্তা খোংদায়ক্লবনী হায়বনে। থৌজালগী অমুত কংকম কনা'মত্তদা লৈজরবনী হায়বসি। মহাক্না পুন্সিগী মুংঙাইবা থিয়্রী, ঐখোইনা মপোকসিগী অথাবা মহাওম্ভু তংবা চৎলি। অসিগুম্বা অচম্বা মপোক্তুল লৈজবা মখোইশিং অসিগী মকমদা পুন্সি হায়'সে ওম্মোক্না তমখি হায়বগী নিংশিং থুদম কয়া অসি লিলাং শিংনা লিখবগী থুদো' চাবা কংলবদি-মখোইশিং অসি মপোক অসিমগীদমক কথে কপা ঐখোইগীদমক ঙমগদরা? কয়াতি থাজদে। মীওইবা হায়বসে থাজকম লৈতে। কনা থংগনী মহাক য়াওরবা ঐখোইগী পুন্সিগী ইতিহাস অসি তায়গা মহাকম্ভু কৈশাল ওল্লকপা য়াই। তোংখাগীদমক ময়াদু লাঞ্জনা কাখোয়ক্তুনা চংশিল্লকপা য়াই। নরকম্ভু অমুত লৈবা থৌনত্র? পাপকী কুয়োমতুনা যোমলবা মকমসিদ পুক্তা ধাম কদাইদনো?

মকম খ'হৌদনা মুন্সিদাংগী পুং ১০ তাশিনখ্রে। Train অহু মকমদু থাদোক্লবগী Signal পিখ্রে: কাইনরমদ ইগী মীকুপ অসিদা ঐনা পাপ য়াওরবা মহাক্নী হকচাং অদু অমমজা ওইনা মীৎ শেন্না য়েংলে। Train না তপ্না তপ্না চেনলকপগা লোইননা ঐখোইনা থুংশিং অসি থাজতুনা ভাইহাক্নী ওইবা অশেংবা মকুপ

অহ বিদায় পিরে। ঐখোইনা অহুম লাপথোকখিবগা লোইননা মহাক্কী মাইথোং অহু Train গী অচাকপা কয়লাগী মৈথু মরক্তা থুমজিনখ্রে। উবা ঙমবগী শক্তি ফাওবদি মথুং অহু হায়ংলহনা মহাক্কা ঐখোইবু পুন্সিগী ওইনা বিদায় পীরী। মীৎমাংগী য়ায়ংদা লৈপ্রবা উবা ফংলক্রবা মতমদা ঐহাক্কা শুরিত্তিদা হায়রম্মী— "College গী ছত্রশিং অসিগী থাঙ্গৈশেংবা কামদেবগী" থূদক্রদা শুরিত্তিনা পাওথুম পিরকই—"ঙুপা হায়বসিদৌ কৈশালনী।"

* * * *

অঙনবা অযুক্তা ঐখোই Sealdah junction দা থুংলে। অঙকপনি! পাকচাওরবা Junction অহুগী অয়াংবা ইরাঙখোল অহু উবদা ঐহাক পুমঙক ঙকখ্রে। মীয়ামতগী সমুদ্রনী। মীয়ামতগী ইপোমনী। তাথ্রবা—তাখিত্রবা অমদি থরদং থংবা খোঞ্জেল কয়া কয়া অমগা অমগা লাওনরী। তাবদা শোক্লিংবা, তাবদা ফজবা—তাবদা অর্থ থংবা মথল কয়াগী লোনগৈশিংগী পুকৈনী। পুন্সি হায়বসে খোদাংনী হায়বগী মিৎমাংগী চাংয়েংহু য়েংবগীদমক ফল তাত্রবা অচৌবা Junction অসিদা থংবা ঙম্মী। মসিনী হিংননবগী লালফমদা গায়ত্রংগী পোরমদা শকওন কয়া পুথোক্রনা শক্তম লাংখিবা—লোইননা মাঙ্গদবা খোংথাংশিংগী ময়েক লায়বা চরিত্র অমা ময়েক লানা য়েকলিবা। মতম থরগী মমাংদনা চিক্রবা আশ্রমদা অহুগা মীকুপ অসিদনা শকথংদবা লম-লানবতনা থল্লবা সাগরসিদা। মসিনী পুন্সিগী খোংচৎ— লমদাফম য়েংলগে। অহুমঙাইয়ে।

থুঙংগী নিংঙোল ওইনা চাওরকপা মরম্মা Junction অসিদা য়েংবদা ঐহাক্কী অহানবা চাংয়েংগুম থোকখ্রে। হকচাংশি পুমন্নুম ঙমহৎখ্রে।

সুরিত্তিনা মীকুপকী তাম্বোয়কপা মৈতালবু মুথৎলগা খংহনলকলে—চংলকলিবা লালকম অসিগী চোইচাং। মহাক্কা ঐনা train দগী কুমথরগা Plat-form দা চত্তুনবা লেপ্লিরৈদা রা তাংবা হৌরকলম্মী।

"ইরাওখোল য়াওদবা—মীয়ামগী সমুদ্রগী ইপাক অসি উবত্তদা পাঙ্গল শোন্থরকপগী শক্তৌত্রু লাক্লবরা? খল্লদবা য়াত্রবনিনা হৌজিক ঐখোইগী সমস্যাসি নৈনরশি। —হায়য় ঐখোইগী লমথুংকমসি মকম কদাইদা ওইক্লগনী?"

মহাকী য়াহংগী পিননবগী খোম্বোক মচা অমত্তং ক্ষাওবা খোক্লনবা ঐগী চিন্নানসিগী শক্তি লৈখিদে। মাগী লাংতক্লরবা মীৎয়া অনিহুদা য়েংখৎলগা—"উপায় লৈতে" হায়বগী পঞ্জেংত্থু কাজিনলীবা চিন্নানশিনা কোংদোকখি। ঐগী ইকমদগী অতোপ্পা পাওখুম অমতা ফংত্রবদা মানা অমুক হায়রকই—"পংখত্রুনা লৈবগী কান্নবা ফংলোই সুসলা! হৌজিক্তী ঐখোইগী খোংথাং খুদিংগী পোলোই লৈরবনী। নোংমত্তসু ইপাক অমত্তদা নৈরোইবা তমজরক্তিবী ঐখোই অনি ওসিদা সমুদ্র ইয়াওখোললকশিদা মপাং য়াওদনা চোংথরক্লবনী।"

হ'য়নবা য়াওদনা ইখিল অমগী ভুংইরা ঐঃখোই অনিমক মীনিলতনা থামলবা Plat form অদুগী মকম চাবা কাচিন অমদা লেপলুরে। য়েংননবগীদমক হোৎনজরবী মীৎয়া অনিসিনা য়েংবা তাখি—পাওখুম য়াওত্রবা য়াহং কয়াগী লিলাসী! খোক্লবা লাক্লগনী। নিশানা য়াওদবা মকম অসিদা মতম খরদি লমদনবা তারী।

*          *          *          *

থাঙ্গৈশেংবমক্ষি—। Calcutta সহর অসি মপাল নাইত্রবা সাগরনি। লম্বাগী অরোইবা—মীৎয়েংগী পম্বুংকম মকম অসিদা

নত্রগা কদোমদগী ওইথ্রিবা থোদোক্তো হায়না ক'বগী অধিকারশিং অত্তুস্থু লৈনদে। অথেংবা অহিংদা থঙনবা যুম্ম অকনবা মৈরীগা লোইননা মৈ চাকলকপা তাম্নবস্থু মতুগীদমক্তা ·ীওইব অমা ওইনা থোদাং যারুনবগী ইল্লুশ অত্তু মশাদ ক্বাওরমদে। মৈ কম্ননবগীদমক Fire Brigade নত্রগা মতুগীদমক শেংথুম পিতুনা তোঙানবা মীওই কয়া থমলিবা অত্তুগী মথৌনী থম্দোক্কুনা মুংঙাইনা তুমথুন লনবা ঙম্মী। অওইবমক্তা হিংনবগী উপায় ইংত্রব লৈকংলাদনা লোইনা তেম্নত্তুম অচোবা সহর কসিদগী চানবী মৈগী মীংয়েং অত্তু লেংবরমগদ্রা হায়না থৈজে। অত্তুবু মীপুম খুদিংমকুদি অচোবা সহব কা শম্বু ত মৈ। মকম অসিদ ৈ নবতা মহোংনৈ। মসিগী কাকুপ্পা অর্থ দ ঐমক্ক থংবা ঙমদে। খুঙ্গংগী ফজরবা অশংবা ..শিংলা ফল্লবা লবুক-লমহাং কয়া, অশেংবা মুংশিংলা ফুবদা চকচ'শি ন'হৌনা তেকথংপা মুংদাংরাইংমগী ফজরবা দৃশ্য কয়া অত্তু চুম্দোক্কুনা চরাংনববা লৌনম লাংলক থসপ মীপুম খুদিংমক্তা ৈসনিংলবা অসি কয়গীনো? অকুপ্পা মলোংবস্তুনা অমদ লৈরমগনী লৈম্ন থংমৈ।

Calcutta সহরসগী মতুণ থব কুরবদ- সহর অসি অপুংবা মকম অত্তুনী, মতুদ মকম অমদ চাদনবা লোগংলবা লাঙবৰা যত্রীক কয়া কয়া লাক্ষপংগী মপু থৈরিপা অঞ্জাও পাইবা ভিখারী কয়া মডক্তা চাম্নবা ওইনা চৎংবা অতপুম্বা তকমনী। মকম অসিদদি মাওইবা সমাজগী চংলিবা সম্বংধ ওইব সম্বন্ধ অসি পুওন ওৈমু। মুংশিবগী মৃত্তিল মতম কুইন ইরাংচরুবগা মতুগী খুদোল ওইনা ফংজরকপা মথাম্নুংগী নরাকাওবা মকম থংদনা সড়ক্তা চুম্দোকপা ঙম্নগী শক্তিকাওবা লৈনৈ। শাগৈগী মৌ কয়া মপুরোইবা মুংশিবা মচা-মশু কয়াবু নিংঙাইবা লৈতনা চুম্দোক্লমলগা লমলানবা

অমগী সেগাদা কাইদোং ওইদুনা হেক্তুমক মচংখি। য়ুমগী হুপীনা ছন্দোকপিরমলবা মুপাশিং অদু মতম কুইনগী ওইনা মাগী খোপ্তা থাইন মৈশাগী তমখিরবা তিন্দুনা লৈহোই। পুম্নমক অসি য়াওরম-ল্লবদি Calcutta সহরস্থ মমিং চৎলমলোইদবনী। মীপুম খুদিংমক্তা মকম অসিদা লৈনিংলমলোইদবনী। মরমদি চিকথৎপনা তোইরবা মফমশিংসে মীওইবা সমাজনা মতম খুদিংমক্তা পরিক্ষা তৌনিংই, চাং য়েংনিংই, মহাও তংনিংই। খংদবনদি হায়—পাপতনা থল্লবা মফমসি সমাজ নত্রে। অখংবনদি শোয়ৈ—পাপ য়াওত্রবা মফমচুবু সমাজ কৌবা য়াত্রা? মফমসিনি মীপুম্না তাম্নরিবা সমাজ অদু। ব্রহ্মামক্তা পোকঙমত্রবা মপোক অসিবু ঐখোয় মশেল অমগা অমগা য়ৈথৎনবা য়াওত্রবদি সংসার অসি করম্না সংসার ওইগনী। মসিনী চাওরাকপা অচৌবা সহর অমগী তেনলপ্পা ইতিহাস, চাওরাকপা সহরগী নিল খোংবা য়েংলুরগা মসিগী সমালোচনাদা ঐগী অমদি ঐগী খোংবুগী অরাবা অসি ঙাইহাক মিকুপ্তা কাওথোকলুরে—অদুবু কাওথোকপা ঐগী মপোক অসি ওন্তোকখিবদী য়াদবনীনা অরাবা মহাও তংবতদা হকচাংসে অথুম্বা মহাও অমা লাক্লবনিনা মথা চৎথনা ঐখোয়গী অরাবসিদা মিংয়েং অদু অমুক চিংশিজরী।

হাপ্তা অমা চুপ্পা ঐখোয় Sealdah junction গী platform দা, তুংগী —পল্লেপক্ষমগীদমক ফল তাদবা অঙ্ক অমা হোত্তুনা ঐখোয় লৈরক্রে। ভারতকী লমদাইগী রাথোক্তগী মতম অসিদা নোংপোক পাকিস্থান্দগী চেনলকপা refugee কয়াম্থ platform অসিদা লমদনফম ওইরি। ঐখোয় অনিমকস্থ লৈরিবা মফম অসিদগী খোংকাপ অমত্তা থাংদোকপা ঙমদরে। খোংকাপ অমত্তং থাদোকলুবদা মফম খংহোদনা খুদি অমতং থিরুবদা, রাজরকলবা মপোকসে মরু ফ.না কেমথ্রগদরা নত্রগা।

চিটাগোংদগী মমল য়াম্না মাংখ্রগনি হায়না লাইর ক্লিজিশিদা চেক্কশিন্না য়োন্নতুনা পুক্করক্লবা মুপী ওইবগী মমল লৈত্রবা ইজ্জৎ অসি মাংপ্রগদরা—হায়বগী রাখল অসিনা তত্তনা অয়েৎপা পিদুনা ঐখোয়গী খোং-খুৎ পুম্নমকসে পুনশিন্দুনা লৈবগা চপ মান্ননা মকম অসিদা লৈবা তাখি। অতুবু অরাবা রাকম অমদি—মতম্নদি ওাইহাক্তং ওাইবিয়ু হায়জবগী চৎনবিতু লৈতবনা অরেপ্পা লৈতনা হৌজিনখি। স্বামিজীগী শেঙ্গাওদগী মুরিত্তিনা খরদং হুরানলকপা শেলকম অতুনা ট্রেনগী ভারা অমদি হৌপ্রিবা মুমিৎ খরনিগী মতম অসিদা ঐখোয় অনিগী শিদনবা চাবদা পুম্নমক লোইশিনখ্রে। হৌজিক ঐখোয় অনিগী পুন্সি অসিগীদমক খোংথাং খরদি থাংবা তারি। করম্বা লম্বেলদা খোংদাবা হৌগদৌরিবনো হায়বতুদি লেপ্পা ওমদে। ঐখোয় অনি মুন্না নৈনরবা মতুংদা ঐখোয়না খংজবা লম্বেল অতুমদি পুখোক্লে—মখোয়শিং অতুদি—ঐখোয়না তৌবা য়াবা ওমজবা থবক অমমম খিবা নত্রগা য়ুমখোং য়ুমখোং থুদিং চংলগা জীবিকাগীদমক ভীক্ষা নিবা অনি নত্রগনা মহৌশা ওইনা সমাজসিনা পামদুনা লৈরক্লবা ঐখোয়গী তোংশাশিং অসি লুক-মাইদা হাপ্লগা কৈথেন্দা য়োম্থোকপা অমা—হায়রিবা লম্বেল অতুমসিদা ঐখোয় হৌজিক খরাইদগী হেন্না ঐখোয়দা য়াইক-গদবা লম্বেল অমদি খনবা তারবনি। অতোপ্পা খোংদাকম য়াবা লম্বেলদি ঐখোয়গী পংলবা বুদ্ধিসিনা লাপ্পা কংলুত্রে। কংত্রসনু মসিতমক খংলগে। অতোপ্পা কয়া অমুক খংজিনবা ওমলুরবদি লেপ্তুনা লৈরিবা হকচাং অসিসু মাংদা চেল্লিবা ট্রেন অসিদা চোংশিনখিবসু য়াই। মতুদি খিররোই। তমলকপা বিধাতাগী লীলাসি রঙ্গমঞ্চসিদা মপুং ফানবা উংননবদি লৈজরিবা শক্তিসিনা হোংনরগে—। নায়িকা ঐখোয়না ফজ্রবদি ভাবক ওইরিবা ঈশ্বরসু শাওখিবা য়াই।

অহুবু মথকী লম্বেলশিং অসিদগী অকোনবগী লম্বেলসিমদি মপোক অসিমগী হৌমলরোইদবনি হায়না খন্দাকপস্থু য়ারবনি। অতুগা অনিশুবা লম্বেলসিস্থু—ইশাগী ইজ্জৎ লাক্ক চৎচবা পামজবী ঐখোয়না করম্না পাংথোকলুগনি—? অতুনা লেমচৌরিবা থরক অমমম থিবগী য়াকম অসিদা থুনাং চাওশনবা তাববদা চাওরাক্লা হিরম অসিদা খস্থরকপদা—করম্বা থবক্লা নৈথে য়গী মতিক চাবা ওইগদগে? করম্বা কনাদা চংজরুরগ ঐখোয়না পাকজ্রবা থবক অতু ফংগদগে? ঐখোয়না পামজৈ হায়না খনদোঁরবা থবক অতুনা করিনো? য়াহংশিং অসি লাকদ।—মতাং অমা। ইশা ইতোমতনা খনজবা য়ারে—'নিংশিংলু বসা অসিস্থু মংলাক' হায়না। তশংমমক লুংথিল হাইহাক পোশাক্লনদা মশুবা অংগা অমগা শমজিন্নবা—লিশাংশিংনা য়াবী অমা ওকবা ইচা নুপু মশুদা তারবনি। ফত্তবদা খনলুনবতা ফকনা মাইথোক্কবগ্রব ননা—করিগুম্বা অনিংবা য়াকম অমত্তা মতু পাংথোক্রবা চৎথগা হুমদ্রে। করিনা সংসার অসি ঐখোয়দদ চংজফম নৈত্রব লৈকংদা ওহৈ; করিগুম্বা লাইবক ফবদগী ঐখোয় য়াহফকোন অমগী য়ুমদা মিনাইমুবী ওইনা জাবিকা ওইনবা চংজবা ফংজকবস্থু কনানা খগনী পুম্নমক অতুনা ঐখোয়গী নহা শুইরবা তোংশাশিং অসিবু খংনাংবা পোকলক্তুনা—ঐখোযবু শান্নবগী অধিকার তাম্নকলবদি—? মতু নৈক নত্রগা ফত্তে হায়বা করিবুত্তা খংদনা চংলুবা মীকুপদি—মশাক্লা অরানবা থবক ঋরা তৌত্তনা পাপ লংজকবা তৎগস্থু মত্তু পাপ নত্তে খন্দোকপা য়াই। নপোক হায়বসি অনৌবা তোংশদবু থিবনী হায়বগী ফখ্রবা পাড়া অসিবু হম্না হম্না চিনফা পুরবা ঐখোযনা—পাপকী থবক অসি তৌরক্কনী থংনা থংনা নরক অতুদা খোংদারুবা তারগাদ ঐখোই অসে ভাকপিকম লৈতনা লানথ্রগনি। পুম্নমক অসি খনলুরগা—চরাংনরবা লোনম লাংলকী

platform মথক সিদা থুং তুংবুরদুনা লেপতুনা লৈবদা তাখি। অসুম্না শিবা ঙাইবা ত ৱবরা—? মচুদি হায়দোকপা ঙমদ্রে।

পুন্সি হায়বসে অশিবগী মহাও তংবা ঙাক্তনী। পোলোইদা থোঙ্গাল অসি চংলকদবনী। অদুবু শিবগীদমক পোকলকপা মপোক্তী নত্তে। জীব পুন্সিমক্তগী শক্তিশালী ওইবদি মীওইবনী। সমাজ অসিতনা খোংকম কযাদা মবোক থোংন লাকলিবনী। ভুংশিনবগী শক্তি, য়েংথিবগী শক্ত, মুংঙাইবগী শক্তি—পুন্সিমক অসিগী তুংনকমনী। লৈকংলাদা উল্লেন তাহন্দুনা ইংবতন, চিং-শিনহনগে লাক্রবস্তু র ককতুদগী মথা পোনবনী। মতাং অসিদা য়াথল অ স অনিথেক্রা থাকদোকখিবা য়াই—থরাইনগী ভুংঙাইবা মকম অগ—থোংইদোক কেন্দোক্র র বক্রবা মতম অমা—। থোইদোকপ হায়বসে উকত্ত-কত্তে। অকংগী মশক্তি। হায়রিব খোংকম অনিসিদা ভুংঙাইবা হ রবচুদি মথল কয়দা অমদি লখেল কয়াদা চিংশিন মাই অতুংগা অর বা হায়বা মতমসিদী—জীব ওইনা পোকলকপা মপোক্তী হৌনব"—জীব অসিবু শক্তি হাপলিবা চিঙ্গাক ক যবসি য়াংলকলবাদ মহাক্কী অবাবগী পন্থে য়োঁরবনি। চাকথাউগী ইন্দ্রসুংনা মচাক য়াংপগী লডাই লাক্রবদি মহাক অদু মকোক চিকথংপা হায়ক্রবনি। কবিনা মথরাই পান্ববা হজিনফাওবা মচাক মাওদ্রবন থবক ভৌবা ঙংদে। অতুনা হায়রিবা লনফম অসিদা লোংদারকপা মরম্না—অহাংব চ কথাউসি পূক্তনা ঐখোই platform অতুলগী মপান থেকপা তাখি। ঐখোই অরাবা অদুবু বার্ত্তন তৌবা ওইন। সডক তম্না পল্লেপকম য়াওদনা থোরকলে। থংহৌদনা নাকলদগী শিংলকপা কাইনব। পুবা মুংশিং অমা শিংলকতুনা চংমিন্নরীবী ঐখোই অনিবু অমগা অমগ শেংনহনখিবা য়াই থম্মুনা মুরিতি ঐখোই অনি, থুংশাশিং অসি কম্না দাইশিন্নদুনা পাকচাওবা হেন্নিসন রোডকী খোংলম্বীদা লেংঙম শাঙমদনা চংলম্মী।

